অফোংবা—

সারুংবম লোচনমনি



অহানবা খুৎনম—মঃ কুম ৩৬৭৯

খুঃ চহি ১৯৮২-৮৩

মসিং— ১০০০ লাইরিক।




মমল লুপা ৭

লাইরিক্ অসিদা লৈবা খিবিক অফোংবগীনি ॥

# অহৈবগী ৱাহৈ খরদং

পোকপা লৈতবা সিবসু নাইদবা মপু অমা লৈবনা তেংবাঙ্বগী মওং লেপ্পি। মপান নাইদ্রবা তেংবাঙ্বা ( Universe, সংসার ) অসিগী মমিনা তাইবংপাঙ্বদা তাই। তাইবংপাঙ্বা ( World of beings, জীব জগত ) অসি সেম্লিবা মৈ ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক-অতিয়া ৫ না তাইবং মীগী হকচাংদা চংহনা লৈ॥ মৈ ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক-অতিয়া ৫ গী মমিনা পুক্লিংদা তাই, ৫ অসিগী ময়াইনা পুক্লিংদা তিল্লি, ৱাখল পোকই। পুক্লিংনা থৌৱাইদা-য়াইবীদা তিল্লি, য়াইবীনা পোকপা সিবা নাইদবা মপু সিদবদা তিনখি॥ মসিবু হৌরকফমদা হনজিন্বা কৌই ; অসিগুম্বা তাইবংপাংগী অরেপ্পা লম্বেল অসিবু লাইনিং লম্বীনা ঙানথোকহল্লি, উহল্লি, খঙহল্লি অমসুং লমজিংবী॥ লাইনিং লম্বীগী থোঙবু মপুগী মিংথৈনা হাংদোকই, মপুগী মিংথৈনা পুন্সি লম্বেল অসিগী মৈরাসু ওই, চৈসু ওই। মিংথৈ অদু কংববু সনামহী লাইনিংদা "লাইমিং লৌবা" কৌই॥ লাইমিং অসিগী নুং অমসুং পানগী লৌথুল তাকপবু "লাইমিং-কাংলোন" "মিংথৈ-কাংলোন" অসুম্না খঙনৈ॥

য়াম্না লুরিবদি অসুক ফজগ্রবা সনামহী লাইনিং অসি চহি-চা কয়া পুয়া মৈ থাদুনা লাইরিক লাইসু কয়া লোৎস্লিন্দবা য়াদহুনা মথি ফোংহন্দনা লৈখিবদগী ঙসিদি পাবা য়াবা মিংথৈ-কাংলোনগী লাইরিক অমা ফাওবা লৈত্রি॥ সনামহী লাইনিং চৎলিবা পুম্নমক্না খঙদুবা য়াদ্রবা মিংথৈগী লৌথুল অহকপসিং অদুমদি লৈতবা ইয়ামক য়াদবনি॥ ঙসিদি অমম্বা লম্বীদা চংকদবা মতম অদু নত্রে, মঙালগী লম্বীদা পুন্সিরোন কাংলোন চুম্না লাইনিং লম্বী চংপা তাবনি॥ মরম অদুনা তঙাইফদনা লাইমিং-কাংলোনগী লাইরিক থুনাই অসিগী মাংদা তাদবা য়াদবনি॥ লম্বী অসিদা ইহান হাম্বা লাইরিক ওইনা মসিগী মচাক লৌফম অসি অরিবা পুয়াসিংনা ওইজখি॥ অনিসুবা মচাক তানফম্না কাংলোন হৈবা অহল লমল, অখঙ অহৈ কয়ানা ওইজখি॥ পুয়া কয়া ইবিরম্বা কংলৈপাক

অসিগী লাইপোকসিং, সীংথাবগী লোইবা নাইররোইদবা মাংলমচংকী মায়চৌসিং, চিংউসিং অমদি ঐহাক্কী পুন্সিদা থেংনজ্ঞহৌবা লৈখিদ্রবা সিত্তাকপসিং, কাংলোন তম্বীরম্বসিং অমদি ঐহাক্কা মিংথৈগী কাংলোন ইজবা মতমসিদা তাইবং সিন্না মায় পাক্কা পাঙবিরিবা তেংবাংবিবা ঈরমদম- সিমী অথোইবা মীওইপোকসিং— পুম্নমক্কী সিংঙমদ্রবা লমল চাউনা তোনজরে ॥ তেংবাম্বা মপুনা পুম্নমকপু উবিরসন্নু ॥

অসিগুম্বা সনামহী লাইনিংগী নৌনা চংসিল্লকপা খোংথাং অমবু ঈরৈপাক মচা পুম্নমক্কী মাঙদা য়োহনবিনবা হোৎনবদা চোংথোক্কনা খোৗদাং চাউনা লৌবিরিবা অচংবা পোৎলুম পুম্নমক পুথোকপিরিবা অফোঙবা ( Publisher ) দমু লমল চাউনা তোনসিনজরে ॥ ঐহাক্কী মচোই মচোই লৈবা মচাক মউসিং, অমদি মচাক সাগৎলকপগী ফাইল ময়াম পুনসিনবিবা, ইথোকপিবা, সিন্দোকপিবা অমসুং নোত্‌বুক সেমগৎপদা মতম চংনা তেংবাংবিখিবী কংলৈপাক খোসিনকোন চন্নুবা সংলুপকী এক্স- কাংলুপ লুচিংবী খোংঙাম নিংত্তোল ঙানথোইবী অমসুং কংলৈখোলগী খোরিলাংবী ( Editor ) পোইবীলৈমা লোইননা থৌরম কয়াদা মতেং পা বিখিবা খোসিনকোন ময়াক সংলেনগী মরুপলোয় (member) পুম্নমক্কী লমলসু চাউনা তোল্লবনি ॥ ঙম্নমক তাইবংপানবগী মপুনা থঙবিবা ঙইরসন্নু ॥

লোয়নননা মতমগী খোংলৈ থাবিরম্বা
মরমদমঙ্গীদমক পুন্সি পিথন্নুখ্রবা
চিংউ মায়চৌ খোংনাংথাবগী থুবাক্তা
কৎথোকচরি লাইরিক মসা পুম্নমক

মেরা থাবুং ;
মন্সিয়া কুমসীং ৩৩৭৯ ॥

পাংদ্রবা নমু—
এনজী, কাংজীয়া ॥

# অফোঙবগী বাৱোল

কংলৈপাক্তা য়েহ্লোঊদগী লৈজরক্লবা লাইনিং-লিচং, লাইসোন-সিংবু, মীয়ানচাগী লম্মখাংদা ফেনজিনলকপা লিচংতা পংথরুবদগী, তুং-ওইননা থমলুরবা হৌজিক্তা খজিক-খজিক মাই ওনসিন্নরক্লীবা লাইনিং (সনামহী) বু পামজবসিংদা থরদং কান্নবা ফংহনবা ঙমগদ্রা খঙ্গহুনা লাইনিং-লিচংকা মরি লৈনবা পুয়া/লাইরিক কয়াবু ফোংদোকচহুনা থুরাই তরাদা লানথোকচনিংখি। ইথিল অসিদগী হৌখিবা চহীদা লাইনিং অহলসিংনা চেংনা থম্মীরম্বা পুয়া লাইরিক কয়াদগী সন্তোক্তুনা থোকচোম থোকাচানবনা ইথোকলম্ববু অনিস্থবা খুংনম ওইনা ফোংদোকচথরে।।

হন্দক্কী পায়খৎচরীবা লাইরিক—সনামহী লাইনিংগী "মিংথৈ-কাংলোন" কৌবা প্রো: কাংজীয়ানা পুয়া কয়াদগী থিজিন খোমজিন-বীহুনা লেংথোকলবা; অরুবা মিংথৈ মঙাগী কাংলোন অমদি সিজিন্নবগী মওং হোংফম্রববু মরিক চুন্না সন্দোক্লা তাক্লবা লাইরিক অমনি। মসিবু ফোঙদোক্লবগী অয়াবা পীবীরক্নুনা ময়ামদা লান্থোকচরি।

প্রোঃ কাংজীয়া কংলৈচা অমা ওইনা ইনাং-লিচং অমদি অরি অরিবা পুয়া কয়াবু থিজিন খোমজনবদা পুন্সি কংথোকচগে খঙবগা লোয়ননা মরি লৈনবা লাইরিক্ (পুয়াশিংদগী) কয়া মশানা ইথোক ফোঙদোকথ্রবনি। অমদি মীতৈ/কংলৈ ইয়েক লেপ্পগী এক্সপার্ট কমিটিগী মেমম্বর অমা ওইবদ নত্তনা মালেমদা ফুরুপপু মশক তাক্লবগীদমক্তা হোৎনরক্লিবা অমনি। হৌজিক ওঝাসিগী থোনা হন্দ্রি মতুংদস্থু অসিগুম্বা থুন্নাইসিদা কান্নগদবা লাইরিক কয়া পুথোকপীরকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা লৈরি। হৌজিক হৌজিকমক লৈঙাক লোয়সংনা পায়খৎপা থৌরাংগী মথাদা হায়-স্কুল/জু: হায়স্কুলসিংগী খনগৎলবা ওঝাসিংবু মীতৈ ময়েক তম্বীবগী Orientation cum Training Course চথরিবা অসিদস্থু সরকারনা খনগৎলবা সিন্তাকপা অমা ওইনা প্রো: কাংজীয়ানা থৌপুবিরিবনি।।

**মিংথৈ-কাংলোন** হায়বা লাইরিক অসিবু নমথোক্নুনা পুথোক্লবা হোৎনবদা ইনোৎ হাপ্লীখিবা ইচিল-ইনাওসিং অমদি মরুপ মপাং খুদিংমক অমদি লাইরিক ওইনা নমথোক্লবা হোৎনবদা থবাই য়াওনা সরুক য়াবিখিবা নুক্রমনি প্রেসকী মীওইসিংবু পুন্সিগী কাওজরোই।

অরোইবদা হায়জগদবনা—লাইরিক অসিগী লোন্চন্দা ( বনান ) অইবনদি চুম্না ইবিরক্লগা নম্বদা লানখিবা সোয়খিবা য়াওরবসু মথংগী খুৎনমদা সেমদোকচাগ, মসিগীদমক ভাকপীগনি॥

ময়ামগী—

লোচনমনি

# য়াওফম্ম তাকপা

হা*—হুং*, হৈ*—হে*—হিং* ।

( ১ )

# লাইমিং লৌবা করিনো

কংলৈপাক অসিদা পোকখিবা সনামহী লাইনিং চৎখিবা কংলৈ-চাসিং অদুনা চৎথরম্বা "লাইমিং লৌবা" হায়বা থৌরম অসি পুনসিগী তঙাইফদবা সিন্থা অমা ওইনা পাংথোক্লরম্মী ॥ সনামহী লাইনিং হায়বসি মীওইবা অমগী পুন্সিগী অহোবদগী অরোইবফাওবা মঙালগী লম্বীদা পুদুনা চৎলিবা মৈরা অমনি ॥ মৈরা অসি মসক মুন্না খঙলবা পীবা অমনা নত্রগা মায়চৌ অমনা নত্রগা মপা মমা ওইবা অমনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা নহা নত্রগা অহল অমদা পুন্সিগী মৈরা অসি মথুৎমক্তদা সিন্নদুনা মতোমতা মৈরাদু পাইজনবা পাংথোক্লস্বা অমদি পাংথোক্লরিবা লাইথৌ অসিবু সমপৎনা "লাইমিং পীবা" কৌই ॥ চুথৎপিরবা পুন্সিগী লমজিং মৈরা অদু কংজরিবা মুপী নত্রগা মুপা ওইরিবা নহা নত্রগা অহল অদুগী মায়কৈদগী লৌদুনা থোল্লগা লাইথৌ অসি "লাইমিং লৌবা" হায়না চৎনরম্বতনি ॥

অচৌবা ঈপাক অমদা ঙা অমনা মহাক্কী পন্থুংফম তান্না চাদুনা চৎপদা মসাইগুপ অনিদুনা হোন্দুনা থপ্পুনা লেং ওৎলি ॥ ঙা অদুগী লমথুংফম সোয়খিদনবা মমৈ অদুনা থেক্নুনা হুমদুনা হিনাও সাবনা হিমায় চুম্বগুম্না মমায় চুমদুনা চৎলি ॥ অদুম্না মীওইবগী পুন্সিদসু লমথুংফম অমা তান্না চৎপদা চৎহল্লিবা সাফু অমা চংই, মমায় চুম্নবা ইনগী খুচিংলী অমা নত্রগা হিনাও সাবা অমা চংই, পুম্নমক অসিগী মথক্তা চৎননবা লমথুংফমগা অহোবগা পুমকোক, কোক্না, সম্নবা মঙালনা থম্নবা

অমম্বা সরুক লৈত্তবা লম্বেল অমদি তণ্ডাইফদনা হাম্না লৈবা মতাম্রবনি ॥ সনামহী লাইনিংনা ঙা অমগী সাফু পিরিবা মসাইগুপ অনি অসিবু য়েৎথংবনা "হকচাংগী তী." নম্রগা মথো তৌবা ঙমহন্নবগী পাঙ্গল অহুগা ওইথংবা মসাইগুপ্না। "পুম্নমক খংলিবা উরিবা লৌসিং" ওইনা মীওইবগী পুন্সিদা চাংদম্লে। মমায় চুম্লিমা ঙা অহুগী মমৈ মৈতোন অহুনা ওইদা চৎকে, য়েৎতা চৎকে, থক্তা কাগে, খাদা কুমগে ঙমহল্লিবা "পুন্সিরোন" হায়বা কাংলোন অসিগা চাংদম্লে ॥ সাংলবা পন্থুংফম অমা তাল্লিবা লম্বেল অহুবুনা "লাইনিং লম্বী" হায়রিবা অসিনি ॥

অসুম্না মীওইবগী পুন্সি-লানফমদা থোদাং লৌরক্লবগী সাফু পিরিবসি লৌসিং অমসুং হকচাংগী মতীংনি ॥ সাংলবা মণ্ডালগী লম্বীনা লাইনিং লম্বীনি ॥ সনামহী লাইনিংনা মীওইবগী অমম্বা কোকহল্লি, খঙদবদগী পুন্সিবু কিনা য়েংলম্বহু কোকহল্লি, অরেপ্পা লৈতবা পুক্নিং অসিবু অরেপ্পা লৈহল্লি, লমথুংফম উদবগী খোইরাংবা কোকহল্লি, অচুম্বা ফজবা অমসুং অফবা হায়বসিগী মাঙবা য়াম্রবা মমলসিং অহু হকথেংননা উহল্লি ॥ মরম অসিদগী সনামহী লাইনিংবু লাইনিং অসি চৎলিবা লাইনিংলোয়সিংনা পুন্সিগী মৈরা, মুৎথিবা লৈররোইদবা অমনি হায়না থম্মোয়দা ফাওথি ॥ মৈরা অসিগী মণ্ডালদগী লেংদবা লম্বীহু মসক সেংনা উরক্লবা মতমদদি লম্বেল অসিগা মৈরা অহুগা মসা অমত্তা অমুক ওইরম্লে ॥ লম্বীগা মণ্ডালগা মসাদা মসা ওইনা লোয়নজবনি ॥ লম্বী অহু উননবা মণ্ডালসু লম্বী অহুদা য়াওজহুনা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নবতনি ॥

পুন্সিগী মচু পুম্নমক খঙহল্লিবা উহল্লিবা লমথুংফম তাম্না লমজিংলিবা "লাইনিং লম্বী" কৌবা পুন্সিগী লম্বেল অসিদা লমজীংবা লাইনিংলোয় অমনা মসাগা সাগোম্নজরিবা "লাইনিং মৈরা" অহুবু মসক তাক্নুনা নৌনা লম্বেল অসিদা খোংদারক্লিবা মীওই অমদা মতিক ময়াম পাঙ্গল হাপ্পিবগা লোইননা থাজবগী থোঙ হাংদোকপিহুনা খুৎসিন্নবিবা থৌরম অসিবু সনামহী লাইনিংদা "লাইনিং লৌবা" হায়না কৌই ॥

"লাইমিং লৌবা" হায়বা লাইথৌ অসিদা লাইনিংলোয় অমনা থৌৱাই মঙা মিগা থানা তরুকমক সুপ্পবা মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া ৫ না তিল্লগা মিগা থানা ৬ না পুন্না তোংলিবা লৈহৌরোন ৫ ইমুলোন ৬ পুন্না ১১ সুপ্পা পুরিবা মিংথৈ অমা লাইমিং ফংগদৌরিবা অতুদা পিগনি॥ অসুম্না মসানা য়ানা, বারী বাথোঙ, খঙনা, মঙালগী লম্বেল অসিগা লমথুংফম অতুগা পুন্না উজতুনা খুংসিন্নবিরবা লাইগী মিংথৈ অতুবু কাং-লোন চুম্না ফংজববু "লাইমিং ফংবা" কৌই॥ লাইগী মিংথৈ মরু অসি হেক ফংবগা লাইনিংলোয় অমা ওইতুনা সনামহী লাইনিংগী লম্বী চংপা হেরে হায়না খঙনগনি॥ লাইমিং কাংলোন অসি চুম্না পাংথোকত্রিবা মী অমনা মসাবু সনামহী লাইনিং চংলে হায়না হায়জবা য়াদে, হায়জ-রবসু অসেংবা লাইনিংলোয় অমা ওইনা লৌবা য়াদ্রি॥ মরম অতুনা ঈসানা ঈসাগী লাইনিং মৈরা অতু ঈথুংমক্কা পায়জতুনা মঙালগী লম্বীদা থোং হাংদোকপিতুনা চংপা হৌবা "লাইমিং লৌবা" হায়বা লাইথৌ অসি সনামহী লাইনিং চংকে খল্লিবা অমদি চংতুনা লৈরক্লবসিংগী মফমদদি লাইনিং লম্বী অসিগী থৌৱাইবু হকথেংননা ফংজবনি॥ লাইথৌ অসি খ্বাইদগী মরু ওইবা সনামহী লাইনিংগী অহৌবা থৌদাং অমনি।

## (i) লাইনিং লম্বীগী অহকপা

লাইনিং লম্বী হায়বসি পুন্সিবু মঙ্গং হুজিন্না য়েংবা মপাম্ফোংগী তাইবংদগী মুংপুং বাখলনা হিরু ওইতুনা ইনুংপুংগী লৈমায়দা লুপথরগা পুক্নিংগী চীক ফংলবা মতমদতা অসেংবা মপু অমা লৈ হায়বগী অসেংব মঙাল ফংগদবনি॥ মাংদা লৈবা পোৎ অমবু মীওইবগী হকচাংনা লৈ হায়বা কাওই মিৎনা উই॥ মিৎ নহাদা মমি তাব্রিবা অতুবু মিৎলীদা চংখিতুনা কোক্কী উফমদা (ওসিপেতেল লোবতা) তসেংনা অমুক হন্না উই—উফম্না উরিবতুবু অমুক পুক্নিংনা উই—পুক্নিংনা উরিবা পোৎ অতুবু

অমুক হন্না "ঐহাক" কৌবা থোৱাই অসিনা উই—"ঐহাক" কৌবা থোৱাই অদুবু তাইবংগী হকচাংদা চংদুনা "অচংবা" ওইদুনা লৈরিবা, তব দমু হিহোন্দুনা লৈরিবা, লক্লিদমু থোৎসাদুনা লেংদনা মথৌ লেপ্পা লৈতনা তাইবংপান ওইননবা সান্নরিবা "তাইবং কুমহৈ" পুথোক্লিবা, "লৈসেমলোন" সান্নরিবা তাইবংপানবগী থোৱাই য়াইবীরেন ওইরিবা "লাইনিংথৌ সনামহী" কৌবা সিদবা মপগী সাইওল মহাক্না অমুক উদুনা লৈ, মতোন্দা তিল্লে—মসাগী সাইওল কুমহৈ ওইজবা তাইবং কুমহৈ সান্নবা য়াওদুনা লৈরিবা লাইনিংথৌ সনামহীনা অমুক মপু সিদবগী অরোইবা মসাদা তিনখি, মসাদা মসা ওইখি ॥

"সনামহীনা তাইবং কুমহৈ সান্নৈ" হায়বদি মপু অমা লৈ হায়বা খঙহনগে হায়বগীদমক তাইবংপান্বা অসি সেমদুনা মীওইবা কৌবা মপুবু খঙননবা লম্খেল থিরকপা ওন্নগদবা মপোক অসি পুথোক্তুনা হঙৎ হন্দা সান্নদুনা মপুগী মসক খঙননবা লম্বীবু মপুং ফাহন্নবা মপু সিদবা মসামক্না সনামহী ওইনা সাইওন্দুনা তাইবংগী হকচাংমু দা মন্নুং হুঞ্জিন্না চংদুনা কুমহৈ সান্নরিবা অসিনি ॥ অসিগুম্বা তাইবংপান্বগী কুমহৈ অসি মৈ ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক-অতিয়া মঙা অসিদা তোংদুনা সান্নবনি ॥ময়াই মঙা অসিদা "নমু মি" হায়বসিগা থানা "অখঙবা" হায়বদু ওইদুনা মতোল লোমহল্লিবনি ॥ অখঙবা ওইরিবা "মি" অদুগা পুক্লিংগী চীক ফংনা হীবীবোন কাংলোন চৎতুনা'লুপথপ্রগা মপু মহাক্কী মসাদগী ফুদোংবা অসেংবা মঙাল অদু ফংদুনা "মপু অমা লৈ" হায়বসি হকথেংননা খঙই ॥

"মপু অমা লৈ" হায়বসি হকথেংননা খঙবা ঙম্নবা মপোক অসি মীওইবগী মপোক অসি নত্তনা অতৈ অমমুক লৈত্রে ॥ মরম অসি লৈবনা লাই-তিন, হেলোয়, লমলৈমা, তম্নলাই, লম্বুবা লাই, সরোই -খাংরোই পুন্নমক্না তাইবং মীগী পুন্সিবু কল্লক্লিবনি ॥ অতৈ লাইনিং লম্বীসিংগী মপা মপুগী খ্বারীসিংদা লাইয়াম্না মী ওইনা অমুক্তং পোকচগে

অয়ান থুকম অমুক্তা তাল্লগে হায়দুনা নিংজবদা পোকওমদদুনা ভোকখি হায়বসি অত্তুম চপ মান্নবা হায়দুনা লৈ ॥ লাইনিংথৌ সলাইলেল সিদবা লাইমরুস্থ কোম্মোজম চন্নু তক্ষাবু মীওইবগী মপোকপু কল্লকপদগী লৌই ॥ কোম্মোজম চন্নু ত'ফানা তক্কা লাইরেম্বী ওইদুনা লাইরৈপাক্তা সলাইলেলগী মথক্তা লৈগ্রবদা তাইবং মীওইবগী মপোকপু কাউবা ওমদদুনা, মীওইবা খুন্নাইগী চংনবীবু কাউথোকপা ওমদদুনা অমুক হন্না মালেমদা কুমথরক্তুনা মীওইবগী মরক্তা লৈখি ॥ মরম অত্তুনা খ্বাইদগী চাউবা মপোক্তি মী-ওইবগী মপোক অসিনি ॥

অন্নুন্না পোক্লিবা মপোক পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউরবা মীগী মপোক অসিদা ফংওম্বা পুক্সিগী লম্বী অমদি অরোইবা পন্থুং মসক সেংনা উননবা অচৌবা লম্বেলদি সুপ্রতগী লাইনিং লম্বীতনি ॥ লাইনিং লম্বীদদি লৌসিং, পুক্সিগী তীং, থবক অমম্থুং থাজবা মরিমক তিন্দুনা সোয়ফত্রবা মৈরা পায়বকপা মরম্না মপোক অসিমগী অসেংবা মমল লোকপা ওমই ॥ মরম পুন্নমক অসিদগী খ্বাইদগী অহকপা পুক্সিগী লম্বেল অমদি লাইনিং লম্বীনি হায়রিবনি ॥ মায় পাক্লা লম্বী অসি চংকে হায়রবদি অপম্বা কল্লা মথং মথং লাক্কনি । অপম্বসিং অসি লাইনিংলোয় পুন্নমক্লা লাম্থোকপা ওম্নবা হোৎনগদবনি ॥ ইহান হাম্বা পুক্লিংগী অপনবা ৭ থক লাম্থোক্লবা মতুংদদি লাইনিং লম্বীদা অপনবা লৈতনা চংসিনবা ওমহল্লি ॥ অহানবা পুক্লিংগী অপম্বা ৭ অত্তুদি মখাগী অসিনি :—

(১) হকচাং ফত্তবা, লায়না চেম্বা, শোম্বা, পথগনবা ॥
(২) থাজবা ওমজদবা
(৩) অফবা ফীদমফম ওইবা মরুপ-মপাং ভিন্নফম লৈতবা
(৪) খুন্নাইগী চাইগোইন্নুং ( এনভাইরনমেন্ত ) ফত্তবা
(৫) কা হেনমন্না লাইরবা
(৬) তম্বা, হৈনিংদবা
(৭) মীগী মীথা পোম্না লৈবা, নিং-তম্বা ওমজদবা অসিনি ॥

## ( ২ )

## লাইনিং লৌবগী থৌরম

লাইনিং লৌবগী থৌরম অমদা ইহান হাল্লা চংদবা য়াদবা অসি লাইগী ফম্বাল অমা সাবনি ॥ ফম্বাল হায়বসি তেংবানবদা মপান ঙমথৈ নাইদনা সিনবা থুংনা লৈরিবা পুম্নমকপু খঙবা হায়বদু ওইরিবা মপু অদুবু পুক্লিংদা লাকসিন্দুনা লেংসিনহল্লবা মফম অদুবুনি ॥ ফম্বাল অমা লৈরবদি পাফল অমা লৈগনি ॥ পাফল হায়বসি পাল্লিবা, হিংলিবা, উরিবা থৌদাই পানবা অমনা মফম অমা কন্দুনা ফল্লিবা হকচাং কয়াৎ অদুবুনি =পা+ফল হায়বনি ॥

হকচাং কয়াৎকী সিংলী নাউরী তোংসানা ফল্লিবা, কল্লিবা সরুক অদুদা লাইনিংথৌ সনামহীনা তোংদুনা থৌই ॥ হকচাং কাংলোন অসিদা সনামহীনা তোংববু "সনামহী কাংদোংবা" কৌই ॥ সনামহীনা তোংলিবা তাইবং হকচাং কাংলেন অসিবু মপুং মরৈ হেক ফাবদা "কাংদোং ফাবা" হায়না কৌই ॥ অসুম্না কাংদোং ফারবা তাইবং হকচাং কয়াৎ অদুবু পাফল হায়না সনামহী লাইনিংগী কাংলোন্দা থঙনম্নতনি ॥ মপুং ফারবা কাংদোং ফারবা পাফল অসিবু মৈ ঈসিং-নুংসিং-লৈপাক-অতিয়া ৫ না তিল্লবা মিগা থানা ও সুদুনা অচংপা—অরেংবা অথঙবা ওইরে, মপুম অমা ওইরে হায়বগী "লাংপুম" অমা কৌই ॥ পাফল লাংপুম অমগী মসকপু লাইগী ফম্বালনা লৈবা মফম অদুদা সংবলৈ, লাংথলৈ, মৈরা, ফম্বাল লৈহুল, লাইজা ঈশিং থেল্লিবা ঈরাংথু, নাহৈ তাইরেন-পুংফাই) লুপা

কোনয়াই সনা কোনয়াই হুন্দুনা সোক্লবা সোকফমগী মমিং হায়হনা মথৌবাই হাপ্লবা লাইজ ঈরা পুম্নমক অসিনা য়েং-ওই-য়াই থক-খা তুং-মাং মায়ওন লেপ্তুনা অনম অথৌ কোকথোক্তুনা লৈহুল তমগনি ॥

কয়াংলোন খণ্ডনা পাফল লাংপুম স্থনা কাংলোন মচা তানা খণ্ডনা তম্নবা লৈহুল অহুনা য়ুমফম ওইরগা লাইগী মিংথৈ, লাইরোল, নাহৈংবোল অমদি পুক্লি-ইহুল, নিংশা-কালোম্না লাংপুম অহুগী থৌবাই মি হাপ্তুনা মপুগী খুভম সেমগনি ॥ অমুম্না "ফম্বাল পাফল" অহুবু লাইজ ঈরিক খিক্তুনা লাইরোল সোন্দুনা "লাংপুম অচংবা" ওইহল্লি হায়বগীদমক "ফম্বাল ঈরাংপা" হায়না খণ্ডনবতনি ॥

## (i) লংহিং লংসেং

ফম্বাল ঈরাংপা লোইরগা লাইরোল সোন্দুনা লাইপুংথৌ ৭পু নিংসিংগনি ॥ লাইপুংথৌ ৭কী মিংথৈ সোম্বা লোইরগা লাইনিংথৌ সনামহীগী মমিং ১৮বু নিংসিংহনা লাইনিংথৌগী মিংথৈ অয়াম্ববু স্থপচিন্না সোল্লগা ফম্বালদা লৈ কংকনি ॥ খুবী, খুদোম্বী, খুংয়াই, খুংনিংথৌ, খুংনাওবী পুম্না খুংসা ১০ মক মথৌ মঙম লাকসিন্দুনা খুতুম তাসিন্দুন লাইনিংথৌ সনামহীবু থৌনিগনি ॥

মচা ৭না লাইপুংথৌ ৭কী মসক ওইহনা তারিবা লংহিং লংসেং অহু লংলী ৭ ঈপুথৌ পাখঙবগী পাফল্লী ৭কী মসক লাক্তুনা সেমগনি ॥ (১) থাইরেন (২) লাই ইরেন (৩) থোইলিলতীং (৪) ইখায়রেন (৫) ঈচেংলেন (৬) ঈতাউরেন (৭) তীললীবেন, তরেং অসিনা ঈপুথৌ পাখঙবগী পাফল্লী ৭ নি ॥

লংলী ৭ মক অসি লংহিং লংসেং ফংজগদৌরিবা মুপা নত্রগা মুগী অহুগী য়েংকী খুদোম্বী-খুংয়ায়-খুংনিংথৌ অহুমগী ময়ায় থংবা তাংগী মপাদা ১৮ লক য়েংকনি ॥ খুদোন অহুমদা ১৮ লক য়েংপা অসিনা লংহিং লংসেং অহুগী অসাংবা ওইগনি ॥ সেম্বা মতম্দদি ১৮লক য়েংলিবা অসাংবা

অসিনা অকোয়বা অমা ওইহল্লগা লংবুম অমনা ৭ লক চত্তুনা মতোন অনি অহু পুনসিন্নগনি ॥ মচিন অমনা য়েৎলোমদগী হৌনা লংলী ৭ মক পুন্-সিন্দুনা অহুমলক য়েৎকনি॥ অহুম অসিনা হকচাং পাক্কল্লী পুম্নমক্তা তোংতুনা পুথিবা মৈ ঈসিং-নুংসিং অহুমক্কী মসক্নি ॥ য়েৎথংবা লংপোপ্পা লাইনিংথৌ সনামহীগী মিংথৈ সানগনি, ওই থংবা য়েৎলিবা লংপোপ্পা ঈপুধৌ পাখংবগী মিংথৈ সোনগনি, ময়ায় থংবা লংপোপ্পা লাইনিংথৌ সলাইলেলগী মিংথৈ সোনগনি ॥ মি থৈসিং অহুদি মখাগীসিং অসিনি—

(১) য়েৎ থংবদা— "হা-হুং, হৈ হে-হিং
হে-হিং, হৈ-হা-হুং ॥"

(২) ওই থংবদা— "লি-হিং, হৈ-হে ॥"

(৩) ময়ায় থংবদা— "হৈ-হৌ, হুং-লুম ॥"

অসুম্না ৩ লক য়েৎলকপগী লংজীল অহুগা হান্নগী কিসি মথক্তা লৈহৌরিবা লংজীল অহুগা ২ অসি কিসি অহুম্লক কিহুনা পুনসিনগনি ॥ কিসি ৩ অসি মৈ-ঈসিং-নুংসিংকী ফিথুপ অমমমনি—অহান্বগীদা ইহীলেন থাজনা থোকই, অনিসুবা কিসিদা থৌরাইমিচাক নিংথৌ সিদবা থোকই, অহুমসুবা মথক ইথং থংবা কিসিনা কোইলোহম্বা নুমিৎনা থোকই ॥ কাংলোন অসিনা তাইবং মীগী হকচাং কয়াৎনুংদা সাথৌরিবা মৈ-ঈসিং-নুংসিংতা লাইগী মতিক ময়ায়না মঙাল ওইনা চ হুনা মীগা লাইগা অনিগী তৎন থানবা লৈত্রবা নুংগী মবী অহু নিংসিংহল্লি ॥ তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা, হকথি সোইনাই, ফত্ত হৌদি অমত্তা কাংলোন চুম্না য়েৎপ্রবা লংহিং লংসেং সাগোম্নরিবা নুপা/নুপী অহুদা চংলকপা ভমদে অথোইননা মসাগী মতিক মঙম হেনগৎহল্লি ॥

লংহিং লংসেং অসি পুনবা লোইরগা থায়না মমাংঙৈদগী চৎনরকপা কাংলোনগী মতুংইন্না য়েংলবদি অকোয়বা অহু সুপ্পা পায়সিল্লগা ময়ায়দা থুপ্পুনা কিসি তান্নিবা নাকল অহুনা লংকোক ওইরগা কিসি লৈতবা

থুপক্কম মতোন অতুনা লংমৈ তাইহন্দুনা থাংদা থোইদৌ মথা থুদোল ২ই ( অনিমথায় ) চৎথরগা য়েৎলোম থংবা খাংজিদা থোককি ওইনা পুনগনি॥

লংহিং লংসেং পুম্বগী কান্নবাঃ— লংহিং লংসেং হায়বা অসিবু কাংলোন্না য়ুমফম ওইরগা চহি লিসিং মমাংদগী অথক অহৈ-সিংনা চেংনা ডাক্কুনা চৎনরক্লবা অতু ইকায় কায়হন্দনা হকচাংদা পক্লবদি য়েক্লবা খুদোংথিবা য়াম্বা মীওইবগী পুন্সিসিদা কান্নবা মহৈঃ কয়ামরুম ফংই॥ থৌরম্না চুয়ে তাকপ্রবা খরদং লৌখৎপা য়াই॥

(ক) লাই তিন ফত্তবা, হেল্লোয়, লমলৈমা, তম্নলাইনচিংবা কয়ানা লংহিং লংসেং পক্লিবা মুপা নত্রগা মুপী অতুগী মনাক নকপা ওমদে, সিংমবা ওমদে॥

(স) মতু পাম্বা লিন, সা, উচেক্লচিংবনা চিকপা লাকপদা লংহিং লংসেংনা মিংথৈ সোল্লবা ঈচেল থিংডুনা পুনখৎপা ফাগৎপদা মু হাইগৎপা ওমদে, ঈসাদা সাগোম্নতুনতা লৈবা মরম্না খুদক্তা অফবা পাম্বৈ অমা থায়নৈডেদগীমু ওইনরক্লবনি॥ চাওখৎলবা মতম অসিদা রাফম অসি সোয়দ্রবা পাম্বৈ অমনি হায়বসি খডনরবনি, খডনবতা নত্তনা খবক ওইনা মাম্নবা অতৈ পাম্বৈনা চৎথনরিবনি॥

(ল) ঈসাদা সাগোম্নতুনতা লৈরবা লংলাসিং অসিনা অতোপ্পা খুদোংথিবসিদা লৌথোক্কুনা থদৎতুনা সিজিন্নরবমু খুদক্তা কান্নবা ফংগনি॥ থদৎতুনা সিজিন্নপ্রবসিংদি অমুক নৌনা লংহিং লংসেং লাওতুনা হকচাংদা পুনগনি॥

(ম) য়ুম্বাল্লোন খওবা য়ুম্বাল্লোয়সিংনা মুপা অমসুং মুপীগী য়ুম্বাল পুন্সি চংমিন্নবদমু অফবা মচা পোক্লবা থৌনিজরগা লংহিং লংসেং অসিগী পাম্বৈনা মচা মুপা পোকে মুপী পোকে অপাম্বা থুংননবা সিজিন্নরম্মী॥ মসিদি য়ুম্বাল্লোনগী লাইরিক্তা য়েংবিরগা খওগনি॥

(প) লংহিং লংসেংনা খোইলিন-তীংনা লেংদনা লৈরিবা খাংগী মপাদা কাংলোন অমত্তা সোয়হন্দনা পুন্দুনা লৈবনা মী অতুগী মতীং হেনগৎহল্লি, পুন্সিরোন সান্নবদা পুক্লিংগী ময়ায় হাপকৎলি ॥

(ন) লাইনিং লম্বীচু ম্না সেমগ্রবা লংহিং লংসেং অসিনা পুক্লিংগী অমদি হকচাংগী মাঙনিঙাই ওইবা অমোৎপা কয়া অস্তুম অস্তুম মাঙহল্লকই, অসেংবা পুন্সি হায়বত্থু ওইহল্লকই ॥

## (ii) নিংসা-কাংলোন তাকপা

নিংসা-কাংলোন হায়বা অসি লাইনিং লম্বীদদি উ স্থবা অমগী খুৎলাইগুম্বনি ॥ উ স্থবা মী অমনা মহাক্কী উ স্থবগী লৌসিং ময়াম অতু খুৎলাই উপুদা য়াওরিবা খুৎলাইসিং অতুগী মপান্না থবক ওইনা পাংথোকপা ওমহল্লি ॥ খুৎলাই মতিক চাত্রগনা থবক অতুদা অপন্থা ওই ॥ অস্তুম্না লাইনিং লম্বী হায়বসিদি পুক্লিং চংবগী মথৌ তাবনিনা পুক্লিংনা লাকসিনবদা মতেং পিরিবা নিংসা হোন্দোক-হোঞ্জিল-থিংবা অমদি নিংসা য়েংলোমদা লৈহন্না ওইরোমদা লৈহন্না হায়রিবা কাংলোনসিং অসি স্নাওত্রবদি থুনা মপুং ফাহনবা ওমদে ॥

নিংসাগী ঈথক কয়ামরুম লৈ—(১) নিংসা থাদোকখিবা (২) নিংসা চিংসিল্লকপা (৩) নিংসাবু চিংসিল্লগা থিংবা (৪) নিংসাবু হোন্দোকগ্রগা থিংবা (৫) হোম্বস্থু নত্তবা থিংবস্থু নত্তবা পুম্নেপ লেপ্লগা লৈবা অমস্তুং ৫ অসি নত্তবা (৬) নিংসানা ওইগী নাতোন মখুলদা লৈবা (৭) নিংসানা য়েংকী নাতোন মখুলদা লৈবা (৮) নিংসা ওই-য়েং অনিমক ফুন্দুনা লৈবা (৯) নিংসা ওই-য়েং অনিমক হাংদুনা লৈবা (১০) নিংসানা অমুক্কা য়েত্তা, অমুক্কা ওইদা অমুক্কা পুমহো অমুক্কা পুংফুল তৌতুনা চৎপা ॥ নিংসাগী ঈথক ১০ অসি মুম্না কুপ্না খঙতুনা কাংলোন অচুম্বা, নিংসা অফবা, নিংসা অচংবা য়েংতুনা অফবা থবক পুম্নমক তোগনি ॥

**অফবা নিংসাগী ঈথকসিং :**—(১) নিংসাগী ঈথকসিংগী মমুংদা খ্বাইদগী ফবা অসি নিংসানা নাত্তোন মখুল য়েংলোমদা হোত্নুনা লৈবা ওইগী মরম ফুৱা অসিনি॥ মসিদা নিংসানা লৈরিঙৈদা পুক্নিংগী থৌদাং তৌবদা য়াম্না য়াইফবা ওই, হকচাং অমসুং পুক্নিংগী তীংসু কনখৎলি॥ (২) য়েংলোমদা হোরিবা নিংসাবু হোনজিন্দুনা লৈরিঙৈ মতম অফবা ঈথক্নি॥ হকচাংগী তীং ময়েং তাদে, য়ুম্বাল্লোন ঙাক্লিঙৈদসু অফবা মচা মসু পোকই, তুসিন্বা-য়ৈরকপা-ফুরকপা-অসোক অপন নংলবসু বাম্থত্নুনা তুগল্দে, সিদে॥ (৩) নিংসা য়েংতা লৈরিঙৈদা হোজিল্লগা থিংত্নুনা লৈরিঙৈদা য়ুম্বাল্লোন ঙাক্লবদি অফবা মচা মসু পোকই, হকচাংগী চৈনা পুন্নমক খাঙবা ঙমই, বাম্থত্নুনা তুদে, পুক্নিংসু খোঙফমসু চেৎলি॥ (৪) মহৈ মসিং, লৌসিং অমদি লাইরিক লাইসু তম্বগী মতাংদদি নিংসা ওইদা লৈরবসু অত্নুম চপ মান্ননা কৈ, মহৈ চায়॥

**অতৈ ঈথক**— য়েংলোম-মায়রোম ফুল্লবদি নিংসাগী ঈথক অত্নু অফবা কৌদে॥ য়েং-ওই অনিমক চপ মান্ননা হাংলবদি মত্নুসু ফত্তে, ফত্তবা অসি-অনা, অথাবা নংই॥

**কাংলোন তাকপা :**—নিংসাগী ঈথক ১০ অসিগী মমুংদগী লংহিং লংসেং ক্বংগদৌরিবা লাইনিংলোয় অসিদা পীগদৌরিবা অখঙ্বা পীবা অত্নুনা তাক্কদবসি অহান্বগী "নিংসাবু য়েংলোমদা লৈহন্বা" হায়বসিনি॥ লংহিং পুনগদৌরিবা পুংজা অত্নুমক্তদা নিংসা অত্নু ওইদা লৈগ্রবদি পীবা অত্নুনা য়েংতা লাক্লবা কাংলোন-ফিথুপ তম্বীগদবনি॥ মিংথৈ পিবা, লংহিং লংসেং পুম্বা হায়বসি নিংসানা য়েত্তা লৈরিঙৈদা লৌগদবনি॥ নিংসা য়েংলোমদা লৈহন্নবগী কাংলোন্দি—

(ক) খোং য়েং ফম্বৈননা লৈতাত্নুনা খোংগাই চম্বগী অত্নুগুম্না লৈমায়দা য়াত্তাত্নুনা লৈগনি॥

(স) খোং ওইগী খুকউগী কাংবু সেগ্রাক ওইথংবদা ফাজিন্দুনা য়েংকী লোংখংলক্লিবা খোংদোলডুগী মথক্তা ওইগী খোংদোলনা নেংসিল্লগা থমগনি ॥

(ল) ওইগী খুংশা চুম্না থাদনক্লুনা খোংদোল অনিমক পায়সিন্দুনা তপ নপ্না থমগনি ॥

(ম) খুং য়েংনা য়া তিংনা ফনন্দুনা ওইগী নাতোন মথুল ওইথ ববু খুংনিংথৌগী পাম্বেনা মেনসিনগনি, অদুগা খুবী মপাদা য়েংকী নাতোন মথুলডু থনডুনা মেনসিন্দনা থাদোক্লগা নিংসা হোংদোক হোপ্লিল ঙৈহাক্ত সান্নগনি ॥

মিংথৈ পিরিবা পীবা নত্রগা লায়নিংলোয় অডুনা মিংথৈ ফলিবা অডুদা পিথুপ অসি তাকপিগনি ॥ অসুম্না মিংথৈ পিবদসু, লংহিং লংসে পুনবিবদসু মখোয় অনিমক নিংসানা য়েংকী নাতোন মথুলদা চংথোক চংসিন তৌডুনা হাংলিঙৈদা লোইনা পা থোক্কনি ॥ কাংলোন অসিবু সনামহী লাইনিংদা নিংসা-কা লোনগী মনুং চন্না "নিংসা চুনথোক্কবা ফমফম" হায়না খঙনরকই ॥

## (iii) ঙক্লী লংসেং সেম্বা

লাইমিং লৌবগী থৌরমদা তঙাইফদনা খাংলৌদি মুপীসু মুপাসু সেমদবা য়াদে ॥ লৌক ওইনা ঙক্তা সিনবা লাইনিং লম্বীগী কাংলোন অমসু কংলৈপাক্তা চংনরম্মী ॥ থায়নদি ঙক্লী লৌক্লোয় সেম্বা অসি মাগী মাগী সলাইগী মচুনা সেম্নরম্মী, নত্রগা পুম্ননক্কী ওইনা লংসুং অঙৌবনা সেম্নরম্মী ॥ লংলা ৭ না তাডুনা থাংসুং তাবগা লংসুংতা ওইনসু সিনরম্মী ॥

**অঙাং ওইরিঙৈগী লংসুং**—লাইমিং লৌবগী তাংকক য়ৌদ্রিঙৈ অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা লাই তিন চদনবা লসুং অমুবা সিন্নরম্মী ॥ লংসুং অমুবদা কুন্না অঙৌবনা লীক্লু সেম্লগা তাইরেনগী লীক্লুগা পুন্না ঙক্লীদা হাপ্লুনা ফওবা মী, নুংশিং চেম্বা মী অমদি লাইমাং থেংনরবনু ফত্তবা



( ১ক মমি-সক্তম )

( রেংলোমদা নিংসা লৈরমদবনু লৈহন্ননবা সান্নবা নিংসা-কাংলোন॥ সক্তম অ.স কংলৈপাক খোংসিনকোনগী কংলৈরোয় অমা ওইবিবা হৌজিক হৌজিক থোবুরেলস্থ পুবিবা য়ুমখাইবমচা লুরাংখন্বা লাইনিংলোয়গী মমি-সক্রমনি ॥)

থোরক্তনবা ঙাক্লৌ ওইনা সিজিন্নরকই ॥ লংস্থং সিবা অসিদা কোরৌগী লৌকক মথ্বাং লাকপী হাপ্তুনা মতুগী মস্থংদা হকচাংদা পকপদা কান্নগদবা পোৎচাক কয়া হাপ্তুনা য়াম্না থাজননা চৎনরম্মী ॥ হৌজিক্তি সনা নত্রগা লুপাগী লৌক্তা হায়রিবা হকচাংদা পকপদা কান্নবা পোৎসিং অসি নিংথিনা সেম-সাহুনা হাপ্লরে ॥

লাইমিং লৌবগী ঙক্লী লংসেং :—থরা মপুং ফারক্লবা পুন্সিগী তাংকক্তা লাইমিং লৌননবগী থোরম লাকই ॥ লাইমিং লৌবগী থোরম অসিদা ঙক্তা সিননবা ঙক্লী লসেং অসি মুপাসিংগীদি থোরাং তৌরবস্থ তৌত্রবস্থ ইয়া য়াৎনৈ ॥ মুপীসিংগীদি তঙাইফদনা লাঙনরম্মী, মসিনা মুম পাল্লবী মুপীসিংগীদি য়ুম্বাল্লোন ঙাকপদা কাংলোন থঙনা সিজিন্নরম্মী ॥

অমরোমদা খ্বাংলী পুনগ্রবী চন্থবা অমদদি ঙক্লী অসি মুমিৎ অসিদা থোরাং তৌত্রবস্থ মতুং সিনথ্রে হায়না থল্লগা অতুম ময়াই ॥ থোরাং তৌজগে হায়রবস্থ কাংলোন কায়হন্দনা অতুম চৎনরকই, মসিগী কান্নবদি করিস্থ মাঙখিবা লৈতে ॥

ঙক্লীগী অসাংবা :—খ্বাংলীগী অকক্লবা অসাংবা অমা মী অতুগী মসাদগী ওল্লগা লৈবগুম্না ঙক্লীগীস্থ লৈরম্মী ॥ ঙক্লী সিগদোরিবা মী অতুগী খুৎ য়েৎকী খুদোম্বী, খুৎয়ায় অমদি খুৎনিংথৌ অতুম অসিগী ময়ায় থংবা তাংগী মপাদা লংস্থং অতু খুৎনিংথৌগী তাং মপাদগী ৫ রক হন্না য়েৎকনি ; ৫ রক য়েৎপগী অসাংবা অতুনা ঙক্লী লংস্থংগী অসাংবা ওইগনি ॥ অতুগা কিসি কিগেরা কোংগোই পাল্লগা হুক্তোক হুকচিল তৌবা য়ানবা সেমগেরা অনিগী মরক্তগী অমা থল্লগা অতুম পুনসিনগনি ॥ মতুদা হকচাংগা সাগোম্নবদা কান্নবা পোৎলমসিং সিবা য়াই, সনা-লুপা-কোরৌগী লৌক্লুন-চিংবা সিজিন্নবা য়াই ॥

ঙক্লীগী লংজা ৭ অতুনা ঈবুধৌ পাখংবগী পাকল্লী খোংলম ৭ মক্তি হায়না খনগনি ॥ ঙক্লী অতু লাইদা কৎতুনা লাইমিং মক্ল সোন্দুনা কিসি কিগনি ॥ লৈক্তেংগীদমক উগী লৌক্লু হাপ্লনচিংবা তৌনরবস্থ কবিস্থ কায়দে সিনিংবা সিজবা য়াই ॥ মক্ল ওইনা মুপীসিংগীদি য়ুম্বাল্লোনগী কাংলোন্দা সিজিন্নকম লৈবা মরম্না ঙক্লী লংসেং থোরাং তৌহৌবনা য়াম্না কান্নগনি ॥

( ৩ )

## লাইমিং লৌবগী মিংখে

সনামহী লাইনিংগী ইহানমক হান্না মঙাকগী লম্বীদা চৎসিন্নবা থোং হাংদিবা মিংথৈবু লাইগী মিংনি হায়হুনা "লাইমিং" কৌই ॥ লাইগী মিং অসিনা লাইগা হেক সম্নহল্লি লাইগী লম্বী অরোইবফাওবা ( অখৈব-কাওবা ) পুহুনা চৎলি হায়হুনা "মিংথৈ"=মমিং + অথৈব ( পম্মুংবা ) হায়নস্তু কৌই ॥

মিংথৈ অসিনা "মপু" অমা লৈ হায়বসি খঙনবা পাম্বি ওই হায়হুনা "বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" কৌবা পুয়াদা "মপুগী মিংলেন" হায়না কৌই[১] ॥ হায়রিবা "মপু" অদুদি তাইবংগী হকচাং কয়াৎ মতুংদা তোংহুনা লৈ, অচংবা ( চংহুনা লৈবা ) ওইহুনা, হকচাংদা ময়াই-প্যাঙ্গল পিহুনা লৈ। হকচাংগী ময়াই তীং অদুবু পী হায়বগী হকচাং মতুংদা লৈরগা মপুগী মিংবু "য়াইবীরেল" কৌই ॥ অদুগুম্বা মপুগী মিংলেন অদু সোল্লগা, পুক্লিংগী চীক ফংনা নিংজরগা হকচাংগী য়াইবীরেলবু মসক খঙলকই হোৌদোকই হায়হুনা "বাকোকলোন থিলেল" পুয়া অসিদা মিংথৈ অসিবু "য়াইপিলেল মিংথৈ" হায়নস্তু ইরি[২] ॥

সুগচিবা অমসুং লৈপাক্লা খঙনবা বাহৈদা থায়নদগী হৌবা "লাইমিং" হুয়না চৎনরকই ॥ থৌরম্বুনা "লাইমিং লৌবা" হায়না খঙনরকই ॥ মরম

(১) বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক লা: ২৩ (অরিবগী)
(২) বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক, লা: ২৩ (অরিবা)

অসিদগী "লাইমিংলোন" কৌবা ঈনিংথৌ ঈবুংঙো নাউথিংখোংগী হাকথক্তা ইবা পুয়া অসিদা "নিংথৌ নাউথিংখোংগী হাকথক্তা মচাক লাইনিংলোয় অনৌবনা লাইমিং লোখিবনী মরোম্রে ॥" হায়রদুনা লাইরিক অসি ইয়রকপদা ইরি ॥(৩) লাতম অসিমক্তু লৈপাক্কী য়াইপিনের মিংথৈ অসিবু "লাইমিং" হায়রগা খঙনরকপা অসি তসেং তসেংনা উৎনি ॥

## (।) লাইমিংগী মরেক্রসিং

চহি ২৫০ হেন্না মুৎলুরবা সনামহী লাইমিংগী লাইমিং ওইবনা হৌজিক তোঙান তোঙাবা মওদা লাইমিং পিনরি ॥ কনাগুম্বনা হরিনামগী মওং মতৌ য়েংলগা "হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। অসিগী মতৌ তমদুনা "ঙৌবা ঙৌবা হয়া ঙৌবা ॥" হায়দুনা সেম-দোক্তুনা পি ॥ কনাগুম্বনা "হুং নিং হুং নিং সন্নী সিদবা ॥" হায়গ-দবনি হায়দুনা লাইমিং লৌবদা সোলহল্লি ॥ কনাগুম্বনা "পোকলেন পোকপা সাংলেন সাংপা সিদবা মপু ঈবুংঙো ॥" অসিনা লাইমিংনি হায়দুনা পিনবা য়াওরি ॥

রায়েৎ খরা :—(১) "... ঙৌবা ঙৌবা হয়া ঙৌবা" হায়বা অসি থায়নদগী চৎনরকপা লাইমিং নত্তে ॥ করিগুম্বা লাইমিংগী মরমদা ইবা পুয়া অমত্তদা য়াওদে ॥ মক্তওইনা বাহৈসিং অসি পুয়াদা লাইমিংগী মতাং অমত্তা উক্রিবা, লাইমিং করিনো হায়বা কংলৈপাক অসিগী অথরবা কাংলোন্দু খোইনা থেংনরক্রিবা মীওই কাংলুপ্পা মংকোকখোক্তগী লেমখিবনি ॥ য়াম্না ওন্না হায়রবদা খৃষ্টগী চহিরোন ১৯৩০ হায়বদি মলিয়া কম্বাক্চাগী চহিরোন ৩৩২৭ অসিগী মমাংদা লৈরমদে ॥

বাহৈ অমথক্তা হন্না হন্না হায়বা হিন্দুসিংগী হরিনামগুম্বতদা চৎনবা লাইমিং মওং অসিবু চপ চানা মওং লাক্তুনা "ঙৌবা" হায়বা বাহৈসিমদা

(৩) লাইমিংলোন; লা: ১ ॥

অহল্লক হুম্না হায়রুনা সেম্বা অসিমক মরক্তা কোম্না সেম্নকপা ওইখিবগী অচৌবা খুন্দমনি॥

অরোইবদা বাহৈসিং অসিবু লাইমিংগী মিংথৈনি হায়রুনা সিজিন্নরম্বা অয়াম্বা মীওইসিংনা কংলৈপাক্কী তাংলবা পুয়া পুবারীসিংগা কয়া সম্নরমদবা ওইনা তৌই॥ পুয়ানা তাকপা লৈখুনগী কাংলোন ওইনা চৎনদে নৌনা হৌদোকপগী মওং ওইনা লোইনা সিজিন্নৈ॥ মসিমক্তসু বাহৈসিং অসিদি থোইনা খম্নরুবা য়াদে॥ লাইমিং হায়বসিদি পংসেম সেম্বা য়াবা পোৎ অমা কৈদৌঙৈদসু ওইরক্তে, মতুংদসু ওইবোই॥

(২) "হুং নিং" হায়বা বাহৈ অসিদি কংলৈপাক্কী পুয়াসিংদসু য়াওবা মরোলনি॥ "হুং" হায়বনা লোইনরিবা সিদবা, মহাক্না য়াইবী ওইহুনা পল চোংখিবদা "য়াইবী পল চোংবা" "ইম সীবা" হায়বত্তু ওইহুনা তাইব পুন্সি লোমগদৌরিবা অহুগী মমিংনি। "নি" হায়বা বাহৈ অসিমা ইমা লৈমরেল সিদবী "লুমাং সমচিন সাইকোইবী ঈমা কোনা কৌবদা হাউ হায়না পাউখুম্বী॥ লুতুং সমচিন তাপুন লৈলিপা পলেম হায়না পাউহংপত্তা হোই হায়না পাউখুম্বী" তাইবংগী মমারেল সিদবীগী মিংথৈনি॥ অনি পুম্না পুয়াদা ইরম্বদি তাইবং পাম্বগী মপা অরোইবা অমসুং মমারেল অরোইবী অসিবু নিংসিংলম্বা মিংথৈনি।

"হুং-নিং" হায়বা মিংথৈ অসিদি তাইবং মীনা মপান তাইবংবু থাদোক্তুনা মপুগী নাক্তা তিল্লুনবা হকচাং ঈম আসিবু সীহুনা "সিবা—অমল য়াইথোং কুম্নবা" মতম অহু য়োৌরবা মতাংদত্তা পুন্সি চেংজেল লোমহৌজ্রিবা তাইবংচাসিংহুনা মপুগী অরান খুবম তানগ্রবা তাইবং থোবাই অহুগীদনক কংফম নৈথু খুফম পোৎসি পোৎলোইফম অহুদা সোনগদবা মিংনি॥

"খমওই য়াংওই স্নেকনিং" পুয়াদা হায়রি—"লোইনপা থংমানপীতা ইহ-হা অলুমপা অয়াংপা অনিমককি-খোনচেননা হুং মথিং কৌলপতি ঈলুলো॥ খচিক কেমলে নমসা থিললো॥ সিংলৈ তিংলো, নচিল ননাউ

নচল নচে, নঙাই নসেন, চাননলো ॥ মালুপ মপাং পুমনমক পুললো ॥ ১৯ ॥ ৯৬ ॥ —অসিকুমপা মতমদা পমনমকনা হুং-নিং হায়না সোনপিয়ো ॥ হু না লোইনপা সিতপনে ॥ নিং না লৈময়লল সিতপীনে ॥ ১৯ ॥ ৯৮[(৪)] ॥"

মরম অদুনা মথক্কী "হুং নিং" হায়বিবা মিংথৈ অসিদি পুয়ানা 'তাকপা লীথুল অমনি ॥ অদুবু মিংথৈ অসিমক্তি সনামহী লাইনিং চৎপা অমদা "লাইমিং লৌবনা সিজিন্নগদবা অদুদি নত্তে ॥ সিবা মতমদা হিংজুনা মথৌ য়াংগেল্লক্কদৌরিবা মকুপ মপাং সাগৈ নাতৈ মরেয মনাওসিংনা লৈথিদ্রবা তাইব চা ওইবম্বা অদুগীদমক সোনবিগদবা মিংথৈনি ॥ মিংথৈ অসিগা লাইমিং লৌবগী মিথৈগা থেন্নৈ ॥ সম্না হায়ববদা মিংথৈ অসি লাইমিং লৌবদা পিসিল্বা য়াদে, তৌহৈদবা ৱানি ॥ অহল মনাক নিংথিনা নকপা লাইনিংলোয় অমত্তনা তৌহৈদবা কাংলোন কারম্নবা অসি থক তৌফম থোক্কে ॥

"সবী সিদবা" হায়বসিনা অতৈ লাইরোলদগী লৌথোকপনি ॥ ৱাহৈ অনি অসি থেংচিন্দুনা লাইমিং লৌনবা মিংথৈ সেম্বা অসি তসেংনা লংজবা অমসি ॥ মসি মা লমচৎকী ঈবুধৌ অমত্তনা তৌনরক্কে ॥

(৩) "পোকলেন পোকপা সাংলেন সাংপা" হায়বসি লাইনিংথৌ সনামহীগী মমিং ১০০ লৈবগী মনুদগী অমনি ॥ "লৈরক সাথৌবা" "খোংবান লাল্লুম্বা" "তরংদা হিংহাম্বা" "লক্লিদা খৌসাবা"—অসিনচিংবা পুম্নমক লাইনিংথৌ সনামহীগী মমিংমক্তনি ॥ লাইনিংথৌগী মমিং ময়াম লৈবদগী অমত্তং লৌথোক্লগা লাইমিং লৌবগী মিংথৈ ওইনা মথক্তা হৌথিবা কনামত্তনা তৌথিবা লৈতে ॥ মসি পুয়াগী কাংলোনগা তায়োম্নবা অমনি ॥

"সিদবা মপু ঈবু ঙো" হায়বসিসু মপুবু লৈসি লৈথোম্বদা সিজিন্নবা ৱাহৈ কয়াগী মরক্তগী খরনি ॥ মথক্কী অসিগা মথাগী অসিগা পুনসিল্লগা লাইমিং লৌবগী মিংথৈ ওইহন্বা অসি তসেংনা খুৎসেমনি ॥ "লাইবু লৈসি

(৪) খমওই য়্যাং ওই সেকনিং : লাঃ ১৯ ( অরিবা ) ॥

লৈথোনবদা সিজিন্নবা য়াহৈ থরনা মপাল-মক্ক নাইনা লৈবা লাইনিং লশী অমগী লাইমিং—মিংথৈ হেক্তা ওইবা য়াদে॥ মাংলমচংতা তৌনরক্তে॥

(ii) মিংথৈগী অসেংবা ময়েকসিং

লাইমিং লৌবা মতমদা পিনরকপা মিংথৈগী অসেংবা ময়েকসিংদি চহি চা কয়াগী মমাংদগী সনামহী লাইনিং অসিদা তসেংনা চৎনরক্লবা অমস্তুং পুয়াসিংদা তুপ্তুনা থম্নমলবা য়ুমফম চাউনা লৈজরিবা অসিনা ওইগনি॥ মরক্তা কনামক্তনা হোংদোক হোংজিল তৌবা য়াদে—লংজবা ওইগনি॥

মিংথৈবু হৌদোকপা ঃ—সনামহী লাইনিংগী লাইমিং লৌবগী মিংথৈ অসি অচম্বা নত্তে, থৌরাই পান্দুনা হিংলিবা—কয়াৎ স্থনা তিল্লবা লাংপুম অমনি॥ মিংথৈ অসি থৌরাই পান্দুনা মীওইবদা মতৌং পি, মঙাল পি, ময়াই পাঙ্গল হাপ্পি॥ মিংথৈগী ময়েকসিং অসিবু লৈতোন্দা লৈয়াইদা অমস্তুং লৈয়েংদা তোংভুনা লৌরবী লোল্লম-লোলখাই লিসিং লাখা থোকহল্লিবী লৈমরেলগী সাইওন অহুম্মকী মিংথৈনা হৌদোকনি॥ লৈমরেল সিদবীনা তাইবংপানগী লোসিং পিবিবা মমা ওইভুনা লৈতোন-লৈয়েং-লৈয়াইদা লৈমা অহুম সাইওল্লিভৈগী মমিংবু "লাইরিক লৈমা" হায়নস্তু মাংলমচক্তগী কৌনরকই "মহৈ লাইরেম্বী" কৌনস্তু সোম্নরকই॥

অসিগুম্বা লাইরোল-তৌল্লোল, লাইবা-তৌলবা, লাইমিং-মিংথৈ পুম্নমকপু য়াকায়হল্লিবা, মতিক ময়াই হৌদোক্লিবা লাইরেম্বীগী মিংথৈনা হায়্না লৈয়েং-লৈয়াই-লৈতোন্না থৎতুনা সোল্লগা লাইমিংগী মিংথৈ অসিগী ময়াইবু হৌদোকনি॥ লাইরেম্বীগী মিংথৈদি মথাগী অসিনি—

"লৈতোন্দা লৈবী ঈয়েক লৈমা ঈমা ঈবেম্মা
লৈয়াইদা লৈবী লাইথুরেম্বী ঈমা ঈবেম্মা
লৈয়েংদা লৈবী লাইনৌতাবী
লাইরেম্বী অহুম্মকী মমিংদি
মুং তলেং তলেংবী কৌঐ॥"(১)

(১) বাকোকলোন খিলেল সলাই অম্নাইলোন পুকোক পুয়া, অরিবা চেদা —লাঃ ২১ সুবা॥

অস্থুমা ঈয়েক লৈমা, লাইথুরেম্বী, লাইনৌতাবী—লাইরেম্বী অমস্থুং মিংথৈ সোন্দুনা হৌদোক্লগা লাইরেম্বীগী মিংথৈ অসিনা লাইমিংগী মিংথৈবুস্থু হৌদোকনি ॥

**তীলমিংবু হৌদোকপা :**—লাইমিং পুম্নমক্তা তীলমিংনা চংহুনা লৈ ॥ লাইমিং পুম্নমক্কী "ফম্বী" হায়বা অমমম লৈ ॥ "লাইমিংগী ফম্বী" হায়বসি চপ চাবা বাহৈদা "তীলমিং" হায়বা অসিনি ॥

হকচাংগী খাইদগী মচি ওইবা পোৎসকপূ ফম্বী কৌই।। চাখি থকথিবা চিনজাক অহুদগী ২সুবা থাক্তা মচি ৩াক্তা থনগৎলগা মহী ওই, ৩সুবদা মহীদগী ঈ ওইরকই, ৪ সুবদা ঈদগী মচিনা সাদোংগী মরক্তা লাকই, ৫ সুবদা সাদোংদগী মচি ওইবা এচাক্লা মহাও সেমগৎলকই, ৬ সুবদা মহাওদগী মচিনা সরু পোলাংসিংসি সেমগৎলি, ৭ সুবদা সরুগী মচিদা তোংসা সেমগৎলি অহুগা ইরোই লোইবদা খাইদগী মচি ওইবা পোৎসক অহুতনা হকচাংদা ফম্বী ওইবনি ॥ অস্থুম্না লাইমিং হায়বসিদা লাইমিংগী "মতীং" অমমম লৈ ॥ লাইমিং অহুনা ৩স্বা মঙম, লাইমিং অহুগী মতীং অমস্থুং বাহৈ অমস্থুং খোঞ্জেল অহুগী খোলয়াই—অহুম্মক অসিনা পুল্লগা লাইমিং অহুগী "তীলমিং" কৌই ॥ সম্না হায়রবদা লাইমিং অহুগী মস্থুংদা য়াওরিবা মথৌরাই পাবা অমগুম মথৌ তৌরিবা মপাঙ্গল-তীংয়াই-খোলয়াই অহুমগী তিন্নবদগী থোরকপা মহৈঃ অহুবু লাইমিং অহুগী "ফম্বী" কৌই, ফম্বী অহু ওইরকপদা চংলিবা তিন্নথ্রিবা ময়াই ৩ গী তিন্ন-কাংলোন মসকওইনা বারী ওইনা পুথোকপা য়াবা অহুবুনা "তীল" কৌবতনি, "তীল" অহুবু থুগাইহুনা মনিং অমমমতা ওইনা পিহুনা হুংগী কাংলোন্দা লৈথিবসিং অহুবুনা "তীলমিং" কৌথিবতনি ॥ মরম অসিগী লাইমিং তীলমিং, লাইবা-তীলবা, লাইয়োল-তীললোল, লাই-তীল, লাইরম-তীল্লম হায়হুনা খায়রিবনি ॥ লাইসোল-তীলসোল হায়হুনা সকপা সোনবদস্থু ময়াই অহুগী "তিন্ন-কাংলোন" অহুবু চিথরম্বা লৈতে ॥

লাইমিং অমগী মনুংদা তীলমিংগী কাংলোন অমা লৈত্রবদি লাইমিং অতুগী কান্নবা করিমত্তা লৈত্রে ॥

মরম অসি লৈবনা লাইমিংবু হৌদোকপা হায়তুনা লাইরেম্বীগী মিংখৈনা হান্না য়াকায়রিবসি অতৈ করিব্স্তু নত্তে "তীলমিং" অতুবু হৌদোকপনি ॥ অসুম্না ঈয়েক লৈমা, লাইখুরেম্বী, লাইনৌ তাবী লাইরেম্বী অতুম্মকী মিখৈনা "নুং তলেং তলেংবী"—"নুংগী মতীক মরাই অতুনা লেংলক্কুনা পান্দা কারকপা" ওইতুনা তুমতুনা লৈরিবা মীওইবগী মতীংবু হৌদোক্লকপা অতুনা অমুক হন্না লাইমিং অতুবুস্তু হৌদোকনি ॥ মথংদা অহুম সুবা ওইনা লাইমি অতুগী মনুংদা চতুনা লৈরিবা তীলমিংবুস্তু মিংখৈ অসিনা হোদোক্কুনা য়াকায়গনি (২) ॥

মরম অসিনা "থমওই য়াং ওই সেকনিং" কৌবা ঈয়েক ঈপী ১৮তনা ইরম্বা পুয়া অসিদা "তীলমিং" অসিবু ওন্থোক্লা লুনা হায়রম্মী ॥ পুয়া অসিদা ইরি—

"লাইমিং মনুংতা লৈলিপা খৈপিকাতি তিলমিং কৌপনে ॥ ১৪ ॥ ৬৫ ॥"

---

(১) লৈয়েং-লৈয়াই-লৈতোন অসিনা লেংওংতুনা খোরক্লিবা বাহৈ খোন্থোক অসিদা পুক্রি গী মপাঙ্গল অমস্তু চংতুনা লৈ ॥ মরম অতুনা বাহৈ পুন্নমক খোৎবাই পাল্লি হায়নরিবনি হায়বদি মপাঙ্গল ময়াই অমমম লৈ হায়বনি ॥ ময়াই-পাঙ্গল অসিননি লাইমিং-লাইবা অমনা মীওইবগী পুন্সিবু কনবা ঙম্লিবা, মাংহন্নবস্তু ঙম্লিবা ॥ বাইবলনস্তু হায়রিবতুনি—"In the beginning was the Word"—তেংবানবগী "অহৌবমক্তদা বাহৈ অতু লৈখি ॥" মুসলমানসিংগী "হদিসস্যারিফ" অসিদা ইরি—"বনা মে জাহাঁদের জা আদরী। হকীমে সখুন ববজ্জব আদরী"—"মপু সিদবা নংবু থাগৎচৈ মগাক্লা লৈদা তোংসিন্দুনা মীওইবগী লোলবু সেম্বীরকখি ॥" জেঁদআবেস্তানস্তু লোইবা নাইদনা চাক্লিবা মৈগী মনুংদা লৈবা লাইগী মমিং ময়াই চবুক্তগী লোল থোকখি হায়তুনা সিংথানরম্মী ॥ হিন্দুসিংগী ন্যায় শাস্ত্রদস্তু—(১) প্রত্যক্ষ প্রমান (২) অনুমান প্রমান (৩) উপমান প্রমান অমস্তুং (৪) শব্দ প্রমান হায়তুনা লৈরবা লৌসিংগীপোক্লকক্রম (soucre

কাংলোন অসি 'নবা'গী সনামহী লাইনিংগী লাইনিংলোয় অসেংবসিংহুনা "লাইরম্বদি তীল্লম্না থেম্না লুই" হায়রহুনা ঙসিফাওবতা হায়নহুনা লাক্লিবা অসিনি ॥ কাংলোন অসি চুম্না লৈমরেল সাইওনগী মিংথৈবু পনথৈ অহুমক থোক্না সোন্দুনা তীলসিংবু হোৌদোক্লবা তুংদা মিংথৈ পিগদৌরিবা পীবানা "মিংথৈ অহুগী থৌবাই মঙা অমস্থুং থৌবাই-মিগা তরুকমকপু" বারী ওইনা লিবিহুনা থংহল্লগনি ॥ মিংথৈগী থৌবাই ৫ থৌবাই-মিগা থানা ৬পু নিসি হল্লগ। লাইমি-পীবা অহুনা লাইনিংলোয় ওইগদৌরিবা অহুদা লাইমিংগী "য়াইপীলেল মিংথৈ" অসি পিগনি ॥

লাইমিং পীরিবা লাইমিং-পীবা অমস্থুং লাইমিং লৌরিবা লাইনিংলোয় অনিমক্না "ৱাহৈ থোনফম" হায়বসিদা পুক্নিংগী পাঙ্গল য়াওনা থোরকই অমস্থুং ৱাহৈ অহুগী মসাগী মতিক ময়ায় অনিমক য়াওরিবনি হায়বসি থক কাওবিরোইদবনি ॥ অচম্বা ৱাহৈ অমনা মপা মমা ওইবনা মচাবু নোকহনবা ঙম্মী, কিহনবা ঙম্মী, কপহনবা ঙম্মী, হুংঙাইহনবস্থু ঙম্মী, থৌবাই ৱাহনবস্থু ঙম্মী, ঙকহনবস্থু ঙম্মী, হুংসিহনবস্থু ঙম্মী, হুংসিহন্দবস্থু ঙম্মী ॥ উম ৱামংসিংনা কৈ-নোংসাগী থোঙ্জেলতনা মসক উদনা থৌবাইপানবসিংবু নিকহনবা ঙম্মী ॥ পি-থাদোইগী থোঙ্জেল তাবতদা মোইরাংগী মীদৈগোল অসৈবসিংনা কংলৈরোলবু নোহোৌনা নিংসিংলকথি থোঙ্জেল ৱাহৈদা অঙকপা ময়াই পাঙ্গলনা চংহুনা লৈ হায়বসি ল লৌবা মতমদা নিংসিংগদবা তাই ॥

---

of knowledge ) ৪ অসিগী মমুংদা ৱাহৈ-পাইস্থৈ ( শব্দ প্রমান ) অসিনা খাইদগী অথোইবনি হায়হুনা লৈ ॥ মসিবু নোংচুপলোমগী ৱাহৈদা Testimonial source কৌই।

লৈমরেলগী কাইদোং ৩: লৈয়েং-লৈয়াই-লৈতোন অসি—সাইন্টিফিক ওইবা মিৎয়েংদা য়েংলবস্থু মালেমসিগী খোন্থোকলোন হৈবা (phonologist) অমস্থুং লোল্লম খঙবা ( linguist) কয়ানা মকম ৩ অসি লোলগী থোরকফম থাইমক্তগী মরু ওইবনি ( three essential articulators ) হায়হুনা লেপ্পপ্রবনি ॥

বাহৈ পুন্নমক অসিদগী থ্বাইদগী হেন্না ময়াই কনবা, থৌবাই স্থবদি লাইমিংগী মিংথৈনা ইথ্বাইমক্তগীস্থ হেল্লি ॥ মিংথৈ অসিদি লৈকম থোকপা বাহৈ অমগী মরল পুন্নমক স্থনা তিল্লবনি ॥ মরম অহুনবু বাহৈ পুন্নমক্তগী লাইমিংগী মিংথৈনা তোঙাম্না খাইমক্তগী বাংনা লৈরিবনি ॥ অস্থন্না লৈয়েং-লৈয়াই-লৈতোনবু হৌদোকপা, মিংথৈবু হৌদোকপা, তীলমিংবু হৌদোকপ—মথং মথং অহুম্নক য়াকায়রম্বা অসি লাইনিংলোয়পিংনা কাউ-রোইদবনি॥ নিংথিনা থিজিন্দ্রিবা, অহল-লমল মসক খঙনা খঙ্গ্রিবা, পুয়া কয়াৎ স্থনা নৈনদ্রিবা, লাইনিং-লম্বী নিংথিনা তমলুদ্রিবা মীনা মিংথৈ পিবা য়াদে॥ মিংথৈ-কাংলোন খংবসি তদা মিংথৈ লোগদবানি॥ নত্রবদি অনিমক্কী অমাঙবা ওই, লংজবা ওই ॥

য়াইপীলেল মীংথৈ ঃ—বাচেংলোন পাথুপ, থমওই য়াংওই সেকনিং, বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক, লাইমিংলোন অসিনচিংবা পুয়াগী লাতমসিংদা য়াইপীলেল মিংথৈগী অসেংবা ময়েকসি য়াম্না মরীক চুম্না পীরি॥ তাইবংগী থৌরাই ৫ মিগা থানা ৬ মক অসি স্থপ্নবা, কয়াৎ স্থনা থৌরাই-মি স্থনা য়াওবা মিংথৈ হায়রিবসি য়াইপীলেল মিংথৈ অসিনি॥ মিংথৈ অসিগী ময়েক-খোম্লোক ৫ নি, মিংথৈগী খোলহায় ৩ নি, তুংনফম ৩ নি, থৌরাইনা ৫ নি—মমিং হাপ্পগা ৬ নি।

য়াইপীলেল মিংথৈ—

"হা—হুং, হৈ—হে—হিং।" অসিনি॥

সনামহী লাইনিংগী লাইমিং লৌবা হায়রুনা লৌনরিবা মিংথৈদি ময়েক ৫ অসিনি॥ মসিদগী হেন্না কয়াৎ-ফিথুপ স্থবা মিংথৈ অমমুক লৈত্রে॥ বাকোকলোন থিলেল পুয়ানা হায়—"তাইবংপানপা অমা ওইলকনপা ঈপুলোইকী মুংপুঙ বাখলতগী থোকখিপা পূমনামকপু তাক-পিলকে খনতুনা অমতি থককা খাকা তাইনপা অনিকী মলকতা লাইকী মহৈপু তাইপংমী ওইনা পালহললে॥ অতুকী মলমনা তাইনপাতা পাললে হায়তনা তাইপংপাল কৌথিপা, অসি থৈপিককী মলমপু ঈপুংঙো

কোনচিল তুকথপাতা তাকপিপা মলমনা মপুকী মিংলেন হা-হুং, হৈ-হে-হিং য়াইপীলেল মিংথৈপু ফংচলাপা ঈপু অথোপা পাখঙ্‌পানা তাচখি [৩]॥"

থমওই য়াংওই সেকনিং পুয়ানা হায়—"লাইমিংগী মহুংতা লৈলিপা খৈপিকতি তীলনিং কৌপনে। খুংথিল সাথিল থোকপতি হুং-কী ঈবাই ঈনিল খোলচেন অমসুং হিংকি ঈবাই ঈনিল খোলচেন অমসুং হৈ-হা-হে মঙা অসিপু অমংতনি। হা-হুং, হৈ-হে-হিং মঙা অসি অমংতনে॥ লাইমিং কৌপতে ময়েক মঙা অসিপু কৌয়ে॥ খঙরো ॥ ১৪ ॥ ৬৫ [৪]॥"

বাচেংলোন পাথুপ পুয়ানা অমুক হায়—"হা-হুং, হৈ-হে-হিং অসিতি মপুমকনি হায়না খুমুক অইনা মপুকী বাকোনপুংতা থককা থাকা নোংপৌ লাইপাককী য়াফমতা তাইনপা তলং-হুং-য়াইফুলেল সিতপা অতুপা অসুম তৌনা মিংথৈলাথু অসি নিংকাতনে, হায়কাতনে।"[৫]

অসুম্না লৈরিবা য়াইপীলেল মিংথৈ ময়েক ৫ অসিনা মীওইবগী থোংলোন ৩ বু হাংদোক্তুনা মপুগী মসেক মঙালবু উঙবা ফংই, তাইবংমীগী অহুমসুবা মিংপু পাংহনা খঙদবা উদবা পুন্নমক উবা ঙম্লকই। সনামহী লাইনিংদা লাইপক ময়াইদা পকলৈ নমসা থিল্লিবা মখম অসি বাকোনপুংগী থোংলোন ৩ লোম্না লৈবা মপুগী মসেক্না য়ৈনফম ওইরিব "লাইগী মসেক মঙালনা পকই—লাই পকই" হায়বগী লাইপক কৌরম্লিবা মফম অসিনি॥ মিংথৈ ময়েক ৫ অসি সোল্লগা খুংনিংথৌনা লাইপক থোংলোন অসিদা পকলৈ নমসা থিল্লগা তাইবংমীনা পাংবা ঙম্লদ্রিবা অহুমসুবা মিং অসিবু পাংহল্লি॥ মরম অসিনবু কাংলোন লালহৈদে

---

(৩) বাকোকলোন খিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক পুয়া অরিবা চেদা লাঃ ২৬, ২৭ সুবা॥ অহাম্বা খুংনমগী লাঃ ৯৪, ৯৫ সুবা॥

(৪) থমওই য়াংওই সেকনিং—অহাম্বা খুংনমগী লাঃ ৭২-৭৩ সুবদসু য়েংবিয়ু॥

(৫) বাচেংলোন পাথুপ পুয়া—অরিবা চেদা, লাঃ ৯—লামাই ১৮ সুবা॥

হায়রিবনি। ম্রিংখৈ অসিগা লোয়ননা নমসা থিবা অমসুং তাইবং মীগী থোংলোন ৩ হাংদুনা মপুগী মপান নাইদ্রবা মসেক মঙালবু ফংজবা ওম্নগী মতাংদা বাচেংলোন পাথুপ পুয়ানা অমুক হায়—"খুমুকনা হা হুং,হৈ-হে-হিং অসিপু কোকসোম সানা চিঙ্ মতোন থোংলোন অলোনপতা নমসা থিললকা; মপুগী বাকোন মনুংতা লৈপা থোবাইনে হায়না খঙকতনে॥ মপুগী ঈয়েকনে হায়না নিংকতনে॥ • ॥ লাই মঙামকনে হায়না নিংচকতনে॥ মথককী ঈয়েক মিংখৈ অসি সোনকতনে॥ মিংখৈ অসি সোলললপতা থোংলোন ৩( অহুম ) পু হাংপানে হায়না নিংকনি হায়পপু হায়পনে॥" (৬)

মপুগী মসেক মঙালনা পক্নুনা লৈবা ( পক+লৈ ) মফম থোংলোন অরোনববু খুৎনিংথৌ ( খুৎসাসিংগী+নিংথৌ ) অসিনা নমদুনা, সোক্নুনা হৌদোকপপু "পকলৈ-নমসা" কৌই॥ মপুগী অরোনবা থোংলোন মরোল ৩ বু সোক্নু য়াকায়ববু "থোং-থিনব," কৌই, "থোং থিন্দুনা হৌদোকপা হায়বনি॥ অসুম্না সুপ্না পুল্লগা "পকলৈ নমসা থিনবা" হায়না সনামহী লাইনিংদা ওসিফাওবা খঙনয়ক্নি॥ লাইপক্তা নম্ববু "থিনবা" হায়রমন্নিবসিবু বাহস্তোক চানদে হায়না নৌনা ং গৎলকপা কয়ানা চিংনরম্বা অদু মুংগী কাংলোন অসি লৈবননি॥

লাইনিংথৌ সনামহীগী মমিং চা কয়া লৈরিবা অসিদসু ময়েক ৫ অসি চং ১ দুনা লৈরিবঙাক্নি॥ সনামহীগী মিং পরেংদা (১) হং-মহী (২) হুং-মহী (৩) হৈ-মহী (৪) মে-মে, হে-হে, হুম-হুম, হে-হে (৫) চী—হিং-স হিং অসুম্না সিংথান্নি॥(৭)

ঈনিংথো ঈবুংঙো মঙাংঙম্বা নাউথিংথোং সনা হাকথক্তা মঙাং লাইনিংলোয় অনৌবনা লাইমিং লৌথিবগী বারীদসু লংহিং লংসেং মচা

(৬) বাচেংলোন পাথুপ পুয়া—অরিবা চেদা, লা: ১৪ লা: ৭ সুবা॥
(৭) সনামহীকী মমিংখৈ ( পুয়া )॥

৭ না। সেমহুনা সিবা অমস্থং য়াইপীলেল মিংথৈ অসি ফংহুনা লাইমিং লোথি ॥ ৮) "হা-হুং, হৈ-হে-হিং" হায়রিবা য়াইপীলেল মিংথৈ—ময়েক ৫ লৈরিবা, খোলহায় ও থাঙললিবা, লৈচং ৩ চংলিবা, থোবাই ৫ লাংলিবা— মিগা থানা ৬ তিল্লিবা মিংথৈ মন্ন অসিনা খাইমক্তগী অথোইবনি ॥ লাইমিং-কাংলোনগী মিংথৈ অরেপ্পদি ময়েক ৫ অসিনি।

মৈ ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক-অতিয়া ৫ না মিংথৈগী ময়েক অমমমগা নুংগা পানগা ওইনৈ ॥ নুংগী ময়েক ৫ গা পানগী ময়েক ৫ গা—১০ অসিবু পুন্না চুপসিল্লবা, ১০ অসিদা সিনবা থুংনা সন্দুনস্থ লৈরিবা নমু মিং-হায়বসিগা থানা ১১ অসিনা "তীল্লম" ওইহুনা তিন্নহুনা লৈ ॥ ১১ অসিনা অমত্তা ওইনা তিন্নহুনা "তীল্লম" ওইনা লোনসিন্নবগা থোরক্লিবা ময়াইসিং অসিবু তীলমিং" কৌহুনা মিং থৈ অসিনা মৈ-ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক-অতিয়া ৫ গা মিগা থানা ৬ তিন্নরিবনি হায়বা খঙহল্লি ॥ অস্থম্না তিন্নরিবা কাং-লোনবু মচা খায়না তুপ তুপ্তুনা মমিং মথা নাইনা খঙহুনা মিংথৈগী য়ুমফম খঙববুনা "লাইমিং-তীলমিং" স্থপ্পা খঙবা কৌই ॥ মরম অসি লৈবনা লাইমিংগী মন্নুদা তীলমিংনা চংহুনা মিংথৈগী ফম্বী ওইহুনা লৈ হায়না খমওই য়াংওই সেকনিং পুয়াদা ইরম্লিবনি ॥

(৮) লাইমিংলোন (পুয়া):—পুয়া অসি মজাং ভম্বা নিংথৌ নাউ-থিংখোং হায়রিবা মলিয়া কুমসিং ২০৬০-২১৬০ (খৃষ্টগী চহিরোল ৬৬৩-৭৬৩) অসিদা পাল্লম্বা অসিগী হ্যাকথক্তা ইরম্লনি। মজাং লাইনিংলোন অথোবা অসিনা লাইমিং লোহুনা লংহিং লংসেং মচা ৭ পুন্দুনা লাইনিংবা হৌখিবগী মজাং অমা পুয়া অসিদা ইরি ॥

## ময়েক মঙাগী কাংলোন ॥

লাইমিং পুন্নমক্কী তীলমিং অমমুং তীল্লোন অমমম লৈ হায়বসি মঙ্গাংদা নৈনম্রে ॥ অমুম্না তীলমিং অমমুং তীল্লোন লৈবা মিংথৈগী ময়েক পুন্নমক মাগী মাগী কাংলোন লৈ ॥ ময়েকসিং অতুগী কাংলোন মতুং ইন্না লাইমিং অতুগী তীলমিং ওইরক্কদৌরিবনি ॥ মরম অসিদগী "তীল্লমনা লাইরমদগী হেন্না লুই" হায়রিবনি ॥

মিংথৈ অমগী থৌবাই ৫ চংহুনা থৌবাই পাম্বা অমগুম্না মতীক মঙম মাংদনা লৈরবকাওবদা তীল্লম অসি খণ্ডম্রবদি নক্রগা লৈত্রবদি মিংথৈ অতুগী "থৌবাই-মি" ৬ সুবা অতুমদি হাপ্পা য়াদে ।। মমিঃ হাপ্পা হায়বসি মক্ক ওইনা লাইমিং অতুগী তীল্লম্না হাপকদবনি ॥ নক্রবদি থৌবাইদি য়াওবা মাখলদি য়াওদবা মী অমগুম্না মিংথৈ অতুসু ওই ॥ মি থৈ পিবা লুই হায়রিবসি মতাং অসিদা হায়নরিবনি ॥

### (i) মিংথৈগী অহানবা ময়েক— হা *

*(ক)* য়াইপীলেল মিংথৈ অসিগী "-হা-" হায়বা ময়েক অসিনা "লাইজ ঈসিং" বু খঙনৈ ॥ তাইবংপাম্বা সেম্লকপদা লাইজ ঈসিং য়াওদ্রবদি করিমত্তসু ওইবা য়াদে ॥ থৌবাই পাম্বা হায়হুনা লৈরিবা খোংলি লাউরিবা পুন্নমক অসি ঈসিং লৈতবা মফমদা অমত্তসু ওইথোক্কে ॥ তাইবংপাম্বা পুন্নমক্কী থক্কনবা, চকম ওইনরিবা মসাগী অহানবা অমমুং অরোইবা থোক্লাং ওইনরিবা পোৎসক্তি লাইজ ঈসিংতনি ॥

সিরমদাইগী .মতমদা য়াইবীনা পল লাম্রম্দাইদা লাইজ ঈসিংগী য়াথোকফম খোদাং ( খো ) অসিদা সাফোংলকপা ওাক্তনি॥ লাইজ ঈরম কংলক্লে খঙ্নবদি খোদাং অসি থ্রক থ্রক কংলকই, ঈসিংবু কৌরকই॥ লাইজ ঈহৌরক্লে খঙ্লবদি খোদাং অসিদা তীল্লাং-লোক্লম তিন্না হাথরকই, লোক হৌরকই, খোজেংবু লোক্লা ফুনজিল্লকই॥ মরম অসিনা খোবু লাইজ ঈসিংগী ঈহৌকম-ঈকংফম মফম্নি খঙনবা "থমওই য়াংওই সেকনিং" পুয়ানা অসুম্না সিংথাই—"খো কৌপতি ঈসিংনে, য়াই কৌপতি নুংসিৎনে, খুৎসু খুৎলাইতি মৈনে॥১০॥৫০" মসি থায়নগী পুয়াগী খুৎইনি, খোবু ঈসিংনে হায়বসিনা ফোংদোক্লিবদি "খো অসিনা হকচাংগী কয়াৎতা চেল্লিবা ঈসিংগী সরুক অসিগী য়াথোকফম, ঈহৌ-ঈকং ফোংদোরকফমনি" হায়বসিনি॥ অরিবা লাতমসিংদদি অসুম্না তুপৎ তুপৎ ইবসি চৎনরকই॥ অনাবনা খো কংলক্লবদি ঈরম কংলক্লবনি॥

(স) অসুম্না হকচাংদা মৈ-ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক-অতিয়া হায়তুনা লৈরিবা খোরাইগী পোৎচাক ৫ অসিগী মনুংদগী মরু ওগ্রবা ঈসিং ঈরমগী মিংথৈবু "-হা-" কৌই, "হা" হায়রিবা ময়েক্লা হকচাংগী লাঈজবু হৌদোকই হায়বসি খঙ্ননবা "বাচেৎলোন পাথুপ" কৌবা পুয়াদা অসুম্না ইরি—"হা-না ঈসিংনে। মিৎ ওইনে, থাচা পাখঙ্পানে॥"

(ল) অসিগুম্না লাইজ ঈসিংবু নিংসাদা তিল্লগা নুংসিৎকী মচু "সংবান্নবা" ওই॥ মরম অসিনা পুন্সিরোন খঙ্বা কংলৈ মাইচৌসিংনা নিংসা কাংলোন সান্নরকপদা লাইজগী মতীক ময়াইবু থবোম্বীদা চিংসিল্-লকপদা "নুংসিৎ সংবান্নবা" ওইনা পুক্লিংনা নিংতুনা য়োৎসিল্লি॥ সলাই ৭ কী অহন ৭ না লুবাং নিংথৌ পুন্সিবা কৌবা লাইনিংহল অসিদা বারী লিখিবা লাইনিং-লম্বেলগী লীক্লম অতুদসু লাইজ ঈসিংগী মিংথৈ "হা" বু নুংসিৎ সংবান্নবা (অসংবা) ওইনা মসক তাকখি॥ বারী অসিগী লীখুলবু চিংউ অপোইননা মচানা লীরগা পুন্সিরোক লাংকোল লুথোই মাইচৌনা লাইগী চৈ থাতুনা থমম্বা পুয়া "বাচেৎলোন পাথুপ" অসিদা 'হা' কৌবা

নিংথৈগী নিংম্না-কাংলোন অসিবু অহুক্না ইরি—"ঈনুংকী মালিতি খোইতৌ নুংসিংনা অসংপনে ॥ ঈসিংনা সংপামপনে ॥"

(ম). অমরোমদনা তাইবংপাম্বু খোল্লাং ওইনা য়োক্লিবসু লাইজ পসিংনি, ঈসিং নৈতরা মফমদা থোৱাইপাম্বা অমত্তসু হিংবা ঙমদে ॥ মসিদগী তাইবংগী খোল্লাং ওইরিবা লাইজগী মিংথৈ "হা" কৌবনু পলেম ঈমাগী মিংলেন ওইনা সিংথারকই ॥ "পোলপীলাং" কৌবা থোৱাই হকচাংগী লম্বেল ইরিবা: পুয়াদসু "হা" হায়বা মিংথৈ অসিবু তাইবংগী নাওয়োম (ঈমাগী পীবুকনুংগী নাওয়োম) অতুমক্কী মসক্কি হায়না সিংথারি ॥ পোলপীলাংদা ইরি—"মিংসা থোং অতুক্তা নৈপতি মমিং হা-কৌয়ে ॥ হা-না নাওয়োম ওইরে ॥ নৈচিল মসক-কুমনা নাওয়োম ওইনা নৈলে মীলাং অলেপপনে ॥" অসুম্না ঈমাগী পীবুকনুংদা নৈরিঙৈগী চকপু হা-চক হায়না কৌই ॥

(প) অসিগুম্না থাবদা লোইবা নাইদ্রবা থোৱাইগী মসক লৌরিবা লাইজ ঈসিং অসিনা তাইবংপানগী চুক ৪ দা চংতুনা তাইবং নৈসেল্লকপা অমদি থোৱাই পানবসিংবু পোকহল্লকপগী মনুং হুক্কিন্না নৈবা নুংসিগ্রবা বারীবু "পোলপীলাং" কৌবা পুয়াদা অসুম্না সিংথারি—"হৌচিকতি থোৱাইকী লমপেল হায়কে ॥ লুচিংপা থোৱাইতি অহুমনে ॥ ১ মাতি হৈ-নে ॥ হৈ-তি নুংসি নুংঙল ওইখিয়ে ॥ ২ নিতি হা-নে ॥ হা-তি থোৱাইনে সিতপা লাইকী মঙালনে, চুক ৪তা চংতুনা নৈলে, তেংপালপা কৌখলে ॥

"হা" কৌবা লাইমিং–মিংথৈ অসিগী "তীলম" "তীলমিং" অমদি "তীল্লোন" অসিদি সিংথাবগী লোইবা নাইবা নত্তে ॥ "বাকোকলোন থিলেল" পুন্নানা মীওইববু সিংথারকপদা "হা–না মথৌ লিংবা, হৈ–না মপান থাবা" হায়দুনা তাইবং-পলেমগী মিংথৈ ওইনা "হা" কৌবা লাইমিংবু ইতুনা থমলী ॥ অদুনা তাইবংচা ওইবসিংনা নিংসা হোন্দোক হোক্কিন্না তৌরিবসিংবুসু হৈ-হা কৌই ॥

## (ii) মিংথৈগী ২সুবা ময়েক—হুং*

(ক) য়াইপীলেল মিংথৈগী অনিসুবা ময়েক "হুং" হায়বসিদি থাইমক্কী থোইবা সিদবা কৌবা মপ্য অতুগী ঈরাই ইনিলনি ॥ ভেংরাম্বু পুম্নমক সিন থুনা মুংদা চংলিবা মুংসিং অতুগী মসক্নি ॥ তাইবং থৌরাই ওইনা চংলক্লগা মপান তাইবংগী "নোংসি" হায়বসিনা তাইবং ক্রয়াং মুংদা "মুংসি" —( মুংদা+সিংলিবা ) কৌদুনা চংদুনা লৈ ॥ অদুম্না তাইবংগী হকচা মুংদা, মুংদা + সিংপা ওইদুনা লৈরিবা অতুগী মুংহুম ( মুংদা + হুংলিবা ) ঈরাই ইনিলবু "হুং" হায়না কৌই ॥ মরম অদুনা মুংসিং—মুংহুম থৌরম অনিমক অসি অচংবা ওইরিবগী লেংদবগী খুদম্নি ॥

মপুগী মিংলেন "হুং" অসিনা তাইবংমুংদা মুংসিং সিদবা ওইদুনা মহাকী মুংসিং-মুংহুমগী ঈরাই ইনিল ওইথিবগী বাবু "বাচেংলোন পাথুপ" কৌবা পুয়ানা অস্নুম্না সিংথাই—"হুং-না অপকপা মপুনে, নিংসানে, মুংসিংনে, থৌরাইমিচাকনে ॥০॥" মসিদগীসু ঐথোক্না খঙ্ই—মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া থৌরাইগী পোৎচাক ৫ অসিগী মমুংদা য়াওরিবা মালংবা মুংসিং (মপুনা + ল হুনা + লৈবা, তাইবংগী + হকচাং + মমুংদা + সিংপা) অসিগী লাইমিং মিংথৈদি 'হুং' ময়েক অসিনি ॥

(খ) হুংসিংকী মচুদি অসংবনি ॥ হৈ-হা হায়হুনা হোন্দোক হোঙ্গিল তৌরিবা নিংসা অসিদা হুং-গী মতিক ময়াইনা মুংদা চংদুনা তৌংলগা থোবকপা মচুবু চিংউ মাইচৌসিংনা "অসংবা" মচু ওইনা সিংথারম্মী ॥ মসিবু "বাচেংলোন পাথুপ" পুয়াদা ইরি—"ঈমুংকী মালিতি; থোইতৌ মুংসিংনা অসংপনে ॥"

লুবাং নিংথৌ পুম্সিবনা খুমনগী পুংফম মুমিদাংবাইরমদা সারবুম্বা পুম্সিরোন কাংলোন্দা "নিংসা কাংলোন" অহকপা অমা য়াওরম্মী ॥ খুমন পুংফমদা লুবাং নিংথৌ পুম্সিবনা সারবগা নিংসা কাংলোন অসিদা "মুংসিং অসংবা" ওইনা পুক্লিংনা লাকসিন্দুনা নিংসাবু হা-লাউনা

ইহান হাবা তাংকক্তা চিংসিন্দুনা সান্নখি।। পুন্সিরোন খণ্ডবা অহল পুম্নমক্না মুংসিংকী মচু অসি মুন্না খণ্ডখিবা তাক্কনি।।

(ল) মুংসিংকী মুংহোরকপা—সাথৌ থোংলকপা—মুংহুম লেপ্পকপা পুম্নমক্কী ফুদোককম কয়াংতি "মালংখোং" হায়রিবা হকচাংগী ময়াইচবুক-মক্তদা চেল্লিবা খোংলম অসিনি।। খোংলম অসিবু হকচাংগী ময়ায়দা লৈ হায়বগীদমক "খমঙৈ য়াংঙৈ সেকনিং" পুয়ানা "য়াই" হায়না কৌই।। পুয়াসিদসু ইরি-"থৌ কৌপতি ঈসিংনে।। য়াই কৌপতি মুংসিংনে।।১০।। ৫০।।" অসুম্না সিংথানরিবা "য়াই" কৌবা মালংখোং অসিগী খোংজিন্দি নাতোন মথুল ২ অসিনি।। খোংলমগী ময়ায়না থবোম্বীনি, মমৈ মতোম্না খোইদৌনি।। তাইবং চেংজেল লোইশক্লহুনা মুং-পান ওম্নরক্লবা থারম-মুংসিংনা মুংহোরক্লবা মতমদদি খোইদৌ ফুক্লকই, সথৌ থোংলকই।। হোন্দোকখিবা নিংসানা কোল্লকই, হোজিল-লকপা নিংসানা চিল্লকই, বারকই, খোইদৌ মিহুন ফুক্লকই।। য়াইবীনা অরোইবা হকচাং পল্লানখিবা মতমদসু থৌবাইনা নিংসা হোল্লিবা মুংসিংতা "মুংসিং-নিংথৌ" ওইনা তোংহনা চংখি।। "হুং" কৌবা মালং-মুংসিংকী মিংথৈ অসিবু কাংলোন খণ্ডনা সোঙবা ওম্নবদি সিরমদাইদা সথৌ থোংদে। "হুং" মিংথৈবু চেংনা সেম্নরবদি মুংসিংকী ইহৌফম-খোইদৌ, থবোম্বী, নাতোন-সনজিং পরিং অসিদা লৈরম্বা অপনবা পুম্নমক মুমিংকী মঙালদা লেলনা তুমহনা মাঙখিবগুম্না মতম পুম্নমক্কী ওইনা মাঙখি।।

(ম) "হুং"-না হকচাংগী মুংদা মুংহুম ইনিল ওইনা চংহনা তাইবং কন্নাংতা মথৌ মঙম য়েন্নকপা অসিবু "মোইলাং কংলৈলোন" কৌবা পুয়ানা—"হুং-ময়েক থোলচেন অবাংপনা নমু হকচাং সানলকয়ে।। হৈ-ঈ-নোং কোইলৌ সিতপা মানা তমকা থিননলকয়ে।। সিতপা সলাই-লেল কোইলৌ লমতাংসাংপু ওইনা পাংকল চৈসৌ ওইনালিয়ে।।" মসিবু "পোলপীলাং" কৌবা থৌবাই হকচাংগী চিংউলোন ইবা পুয়ানা অসুম্না সিংথাই—"হৌচিকতি থৌবাইকী লমপেল হায়কে। লুচিংপা

থৌরাইতি ৩ হুমনে—১ মাতি হুং-নে, হুং-তি থৌরাইনে, মমিং থৌরাই লেল কৌয়ে ॥"

তাইবং হকচাংদা লৈরক সাথৌবা ওইহনা চংহনা লৈরিবা লাইনিংথৌ সনামহীগী মিংথৈ মিংলম পরিংদা "হুং-মহী" কৌবা য়াওরিবসি থৌরাইগী কাংলোন অসি লৈবননি ॥ মুংসিংনা "হুং" কৌহনা হকচাংগী সিংলী মরিল পুম্নমক্তা হুমহনা, চংহনা, সিত্তুনা হিংহল্লিবা অসিবু "খাকোকলোন থিলেল" পুয়ানা অহুম্মা সিংথাহনা ই—"কয়াং ১১ অমতি সিংলী পাকল ১০৮ কী লুচিংপা পাকললী ১০ নে, থোংলম ৯ নে, পনথৈ ৮ নে, ঈলম ৭ নে অসি থৈপিককী মলিনপু মুংতকী সিংলকত্তু তেংঙে হায়পকীপু মুংসিং কৌয়ে ॥"

(প) মিংথৈ অমা সোনবা সকপদা মুংদা হেক কাওবা, মুংদা হেক য়োসিনবা হায়বসি ঈবাই ইনিল অহুনা মুংসিত্তা তোংলগা মুংসিত্তা চংসল্লগা পুক্লিংদা ফাওরকই ॥ পুক্লিংদা কাওরকপা অহুনা "পুক্লিংগী চীক" য়োরগা লাইমিং সোল্লিবা অহুগী মতিক ময়ায় ফংবা ওই ॥ "থমওই য়াংওই সেকনিং" কৌবা পুয়াগী মতুং ইন্না মপান্দা সিংলিবা অসিবুনা "নোংসিং" কৌই, হকচাংগী কয়াংমুংদা সিংলিবা অচংবা কৌবা "হুং" না ইনিল ওইহনা সিনথুংহল্লিবা অসিবুদা কয়াংমু দা চংহনা লৈ হায়হনা "মুংসিং" কৌই ॥ মুংসিং অহুনা কয়াং মুংদা হুমহনা লৈববু "মুংহুম" হায়না কৌই, মুংসিংকী থৌরম্, "মুংহুম" হায়বতনি ॥ মুংসিং-মুংহুম" থৌরম ২ মক্কী ময়ায় চংহনা লৈবা মিংথৈবু "হুং" কৌনা সনামহী লাইনিংনা সিংথানবনি ॥ নাহৈরোল্লস্নু, হীচীং হীরাউদস্নু, মপুবু সিংথাবদস্নু, হিরি লাংসংলোয়চিংবা মুং-পান অনি সুমহল্লুনা তাইবা লাইথৌ থৌরম, পুম্নমক্তা মপুগী য়াকায়রোন মিংথৈবু "হুং" ময়েক্তা ওইরম্লিবসি মুংগী কাংলোনসিং অসি লৈবননি ॥

অহুম্মা য়াইপীলেল মিংথৈ "হা-হুং, হৈ-হৈ-হিং" অসিদা য়াওরিবা "হুং" কৌবা ময়েক্তী "তীরম" অসি মপান লাইদে ॥ হুং-গী কম্বীদি থাবগী লোইবা নত্তে ॥ য়াম্না তেঙ্গা-শঙ্কীক পনজবতনি ॥

## (iii) মিংথৈগী ও সুবা ময়েক—হৈ*

(ক) লাইরোল অমগী মচুংদা চংদুনা লৈরিবা "তীল্লোন" অচুগী মচুং ইন্না "হৈ" কৌবা লাইরোল অসিগী তীল্লমদি কাম্বী-মৈ ওইনা থগৈ ॥ মৈ-ঈসিং-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া ৫ গী মচুংদা য়াওরিবা মৈ অসিগী মিংথৈবু সনামহী লাইনিংনা "হৈ" হায়না সিংথানরম্বনি ॥

তীল্লম অসি তাক্তুনা "রাচেৎলোন পাথুপ" পুয়ানা হায়রি—
"হৈ-না মৈনে, মিৎ য়েংমে, কোইলৌ অপানপা নুমিৎনে ॥"
মসিনা অমুকস্থু থগহল্লি—হকচাংগী মৈনা মাগী মতিক ময়াই উৎথোকপা অসি মিৎ য়েংতা পাংথোকই ॥ তেংবানবগী মপান নাইদবা মসাইগোনবু য়েংলুরগনা মাংলম চৎকী লাইনিংলোয়সিংনা কাম্বী মৈগী তুংনকম ওইবা তাইবংপানবগা নরুবা অসি নুমিৎনি হায়না থগনরকই ॥ অসিগুম্বা নুমিৎকী মৈসানা য়ৈরগা মঙোন্দগী "মৈ-য়াই" কদুনা তাইবংপানবনা হিংলিবনি ॥

(স) হৈ-না মিংথৈ ওইরিবা হকচাংগী মৈ অসিগী অরোইবা মৈকম অসি লুথুম ২ দা ওই ॥ হকচাংগী লুথুম ২ হায়বদি কোক্তা লৈবা নারুমগী নাচি ২ বুনি ॥ চুপ্পী ২ অসিগা মসা মরেং লোংথ্রিবা হকচাংগী খাদা হাইথগ্রিবা সিংলী পংবেংসিংগা সম্লে ॥ লুথুম ২ গী মিহুলনা মমিং সাগ্লকুবদি "মাইবরোন" কাংলোন্দা "লৈমরেল সংগুম্বা" কৌই ॥ মৈগী অরোইবা ময়াই ফুদোরককম মৈকমদি হায়রিবা লুথুম ২ সিনি ॥ লুথুম ২গী মিহুল অনিনা লৈমরেল সংগুমগ্রবদি হকচাংগী মৈসা পোইরকই, মসিবু "পুক্তি মথোক লোয়রকপা" হায়নস্থু থগনৈ ॥ অসিগুম্বা মৈগী মমিংবু সনামহী লাইনিংনা "হৈ" হায়না সিংথানৈ ॥ হন্নি-হয়া হায়-বসিস্থু হৈ-হা অসিদগী থৈরকপা রাহৈনি ॥

"থমওই য়াংওই সেকনিং" পুয়াদদি হকচাংগী মৈবু "থুৎস্থু-থুৎলাই" হায়না কৌই ॥ অসিগুম্বা "হৈ" কৌবা থুৎস্থু-থুৎলাইবু থম্বদি লুথুম ২দা

থমই হায়না পুয়াসিদা তাক্লি ॥ পুয়াসিদা ইরি—লোইনপা সিতপকী খুৎসু খুৎলাই থমনপা মফমতি লুখুম ২ মকনে, তাঙ্না খঙও॥ —খুৎসু খুৎলাইতি মৈনে।" মসিদগী খঙ্বদি হকচাংগী মৈফম অয়াম্বা মুৎসিল্লক্লবদা ইকোন কোম্না মুৎপা মৈফম অসি নাচি-মিহুল ২ অসিনা ওই হায়বসিনি ॥ হৈ-মিংথৈগী মৈফম ২ হায়বদি অসিবুনি ॥

(ল) মৈগী মচুদি অঙাংবনি ॥ বাচেৎলোন পুয়ানা হায়—ঈসিংনা সংপানপনি॥ মৈনা অঙাংপনে ॥" লাইওইরবা সনামহী লাইনিংগী লাইনিংলোয় অহলসিংনা মৈগী মচুবু হিরী লাংসুং; লোন্দা অঙাংবা ওইনা ফাওহুনা অঙাংবদা মাগী মতিক ময়াইনা চংহুনা লৈববু সিংথারম্বনি ॥

মৈগী অঙাংবা মচুনা নিংসা হোল্লিবা মুংসিত্তা চংহুনা লৈরগা "মুংসিৎ-অঙাংবা" ওইহুনা নিংসা-কাংলোন সান্নবদা নিংসিংনরকই ॥ সলাই ৭ কী অহল লাইনিংলোয় ৭ না লুবা পুন্সিবা কৌবা ঈবুধৌ অহুদা তাকপিরম্বা পুন্সিবোনগী মতুং ইন্না থুমন সিদবগী পুংফম মুমিদাং-বাইরমদা মৈগী মৈ-য়াইনা ফুদোংলবা মুংসিং অঙাংববু চিংসিন্দুনা "উম লাউনা" থুয়া সিলফু ওম্না লোইসিল্লম্মী ।।

অসিগুম্বা পুন্সিরোন অসিবু চহি চা কয়া পুন্সিখিবা লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা সান্নখি, মীরোন কয়া নাদ য়েক্তনা পুন্সিরম্মী ॥ নিংসা-কাংলোন ওইনা থুমন সিদবগী মপুংয়াইদা সান্নবা পুন্সিরোন অসিবু অপোইননা মচা মাইচৌনা বারী লীহুনা লাংকোন লুখোই মাইচৌনা লাইগী চৈ থাদহুনা ইসিল্লম্মী ।। অসুন্না মৈ কৌবা থৌবাইগী মচুদি অঙাংবনি, হৈ-মিংথৈনা অঙাংবা মচুবু হৌদোকই হায়বসি লাইনিং লম্বীনা থিন্দুনা তাকই ॥

(ম) লুচিংবা থৌবাই ৩ গী মনুংদা মৈ হায়বসিনা অমনি হায়বসি "পোলপীলাং" পুয়াদা সেংনা ইরি ॥ মৈ কৌবা হকচাংগী তীং অসি লৈবনা মুংসি-মুংওল, অপাম-মুংসি নাইরিবনি হায়বসু "পোলপী-লাং" পুয়ানা নিংথিনা তাক্লি ॥ হকচাংগী মৈনা কল্লিভৈদা অপাম-মুংসি

তুংসি-তুংওল লোকপানি ; হকচাংগী মৈনা লোম্নরবা কনাক কুক কারকা লাইদা মতম ওইসিল্লকবদি অপাম-তুংসিগী মৈ-য়াই হন্নমকই ॥

মীওইবগী পুন্সিদা মৈ-য়াই ( মৈগী + ময়াই ) কাহল্লিবা, পাঙ্গল থৌগৎলিবা কুচু-কুমেন পানথোক্লিবা, মথোক কারিবা পুন্নমকসি থৌবাই ওইরিবা মৈগী + ময়াই = মৈ-য়াই পাঙ্গল অতুননি ॥ মসিবু "পোলপী-লাংই" পুয়ানা অসুম্না সিংথাই—"হৌচিকতি থৌরাইকি লমপেল হায়কে ॥ লুচিংপা থৌরাইতি অহুমনে ॥ ১ মাতি হৈ-নে ॥ হৈ-তি তুংসি-তুংওল ওইথিয়ে ॥" মরম অসি লৈবনা মৈ-য়াই ওইনা ঈপাদা তিন্দুনা লৈরিবগী মতম্, হৈ চক কৌই, ঈপাগী ঈরৌল্লা ঈমাগী পীবুকমুংদা কুমদয়কপদগী থাবুং ১০ বু হা-চক ( ঈমাগী + চক ) হায়না বাকোকলোন থিলেল পুয়ানা সিংথারিবনি ॥

(প) হিরীরোন কাংলোন্দদি "হৈ-হা" মিংথৈ অসি হোন্দোক-হোনজিল তৌতুনা চৎলিবা তাইবংগী নিংসা ২ অসিবু খঙনৈ ॥ নিংসানা চিংখৎলকপা মতমদা হকচাংগী মৈসা কনখৎলি, মৈ-য়াই হেনগৎল্লি, পাঙ্গল ময়েং তাদে ॥ নিংসা হোৎজিল্লিঙৈদা তুবা, তাবা, অকপ্পা পোৎনা হকচাংদা য়ৈরকপা-ফুরকপা থাংবা বাদে, নিংসা হোন্দোক্লিঙৈদা থোক্লবদি বাষ্পে, সোষ্পে ॥ অসুম্না চিংখৎথিবা নিংসাবু "হৈ" কৌই, মৈগী মৈ-য়াইদি মঙোন্দা তিন্দুনা লৈ ॥ "হৈ" মিংথৈবু কুপ্না খঙবা পুন্সিরোন চৎপা মীওইসিংদি খুদোংথিবা কয়াদগী মসাবু মসানা কঞ্জবা ঙমই ॥

তাইবংপানবগী মপুবু মীওইবনা নিংজরকপা মতমদসু নিংসা ফিপুপ কায়না লোইনা হোন্দোক্লিঙৈ, মৈ-য়াই মাঙলিঙৈদা ওইরবদি নিংথিনা মহৈ: চাবা ঙমদে ॥ মরম অতুনা "হৈ" কৌবা লাইমিংগী মিংথৈ অসিবু চেৎনা খঙবগী তঞ্জাই ফদবা লাইনিংলোয় পুন্নমক্তা লৈগনি ॥ কৌলজিং খঙদনা লাইমিং পিবা য়ারে হায়বদি মরম অসি লৈবননি ॥ লাইমিংগী কৌলমিংনা লুই" হায়বসু মরম অসিদগী হায়রবনি ॥

## (iv) মিংথৈগী প্রথুম্বা ময়েক—হেং

(ক) "হেং" কৌবা লাইমিং অসিগী তীল্লোন্দা—হে-না মৈ-ঈসিং মুংসিং-লৈপাক অতিয়া থৌবাই-পোংলম ৫ অসিগী মফুংদা লৈপাক হায়রিবা মপংগী সরুক অসিগী মিংথৈবু থওনৈ ॥ অহাংবা মফম্ভ্র মপংগী সরুক ওইনা কল্লিবা, মথল কয়াগী লৈহাও পিতুনা হৈরাং-লৈরাং কয়া হোৎহল্লিবা, থৌবাই পাম্বীসিংগী মচিজাক্তা মচি শিতুনা নোই পেলহল্লিবা —লৈপাক হায়বা লাইজ ঈসিংনা থোমলাং ওইরগা মহাক্তা তাইবংগী মমা ওইতুনা মতমপাকথক্তা থৌবাই পানবা কয়াবু য়োক্লিবা থৌবাই-পোংচাক অসিবু "হেং" হায়বা লাইমিংনা হৌদোকই ॥

সনামহী লাইনিংগী লাইমিং কাংলোন্দা থৌবাই অমগী থৌরম তৌরিবা লৈপাক্তী মতীক-ময়াই-মতম্ভ্র নিংসা হোল্লিবা থৌবাই পাম্বনা নিংসা ফিথুপতা খোঙ্গেন ওইনা মতৌসাগী খুংসেমদগী য়াওজরকুবা "হে" কৌবা ইনিল অসিনা মুং-পান কাওনা ফোংদোকই ॥ লৈপাক্তী লাইমিং "হে" কৌই হায়বসি "রাচেংলোন পাথুপ" পুয়ানস্ভ্র অসুম্না হায়— "হৈ-না মৈনে, মিং য়েংনে, কোইলৌ অপানপা নুমিৎনে ॥" হে-না হুকচাং মালেম লৈময়োনপু ওইপনে ॥" মসিদগীস্ভ্র মপংগী সকক, হুকচাংবু হুকচাংগী কয়াংসিং সুনা উহল্লিবা, অউবা ওইতুনা তাইবং সরুম লেপহল্লিবা পোংলস্ভ্র, লৈপাক কৌই, সুপচিল্লগা তাইবং হুকচাংগা মালেম লমজাউগা চাংদম্নৈ হায়বসি ঐখোয়না খঙই ॥

"পোলপীলাং" কৌবা পুয়ানা থৌবাইগী মসক অমবু তাক্লকপদা "থৌবাই অমতি মসকনে, মসীং লাকপা ঙমজলে, তেংপানপা কোৎহলে ॥" অসুম্না শিংথারি ॥ তেংবানবদা মিন থুংনা পোংচাক ওইনা লৈরিবা থিকিকপু লৈপাক্তী লৈসা ওইনা লাইরিক অসিনা মসক তাক্লহনি ॥ অসিগুম্বা তেংবানবগী সরুম থোকহল্লিবা চংবা ম্যাগ্রা থৌবাই অমা ওইরিবা অসিবু সনামহী লাইনিংনা 'হে' হায়না সিংথানৈ ॥

(স) "হে" কৌবা লৈপাক্কী লৈ-য়াইবু (লৈপাক্কী + ময়াঈ) নিংসানা পুক্লিংগী চীক ফংনা (পুক্লিংগী মথা থংবা লৈরোন) চিংসিন্দুনা পুন্সিরোন সান্নবদা মচু অমুবা ওইনা লাকসিনগনি॥ "রাচেৎলোন পাথুপ" পুয়ানা হায়—"মৈনা অঙাংপনে॥ লৈপাকনা অমুপনে॥" অসুম্না রারম অচেৎপা, অথুপ্পা মুংগী কাংলোন ইরিবা রাচেৎলোন পাথুপ পুয়ানা লৈপাক্কী মচুবু সিংথানরি।

সুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা চৎলম্বা খুমন সিন্দবগী পুংকমদা চৎলম্বা নিংসা-কাংলোন্দা মুংসিৎ অমুববু "হুম" হায়না চিংসিন্দুনা সান্নরম্মী॥ কাংলোন অসিনা মোংমগী মমুংদা চাং তাখিবা লৈপাকলৈমগী সরুক-মখেবু মীওইবগী হকচাং কয়াংতা অমুক চিংসিন্দুনা চনিং হঞ্জিনবা হায়বত্ পি॥

(ল) হৈ-হা হায়না চৎলিবা নিংসাগী ফিথুপ অসিদা নিংসাগী মতীং হাপ্লিবা "হে" কৌবা লাইমিং অসিনা মপুং ফাহনবগী সরুক ওইহল্লি॥ মরম অসিনা "হে" হায়বা লাইমিংগী সিংথাববু "থমওই য়াংওই সেকনিং" পুয়াদা অসুম্না ইরি—"হে-হা-হৈ কোৌপা লাইমিংখৈ অসিপু অমসু হৈ-হা-হে কৌপা লাইমিং অসিপু থোইপা অমা লৈলোইতপনে, তাংনা খণ্ড॥ ১৪॥ ৬৫॥" মসিনা "হে" হায়বা মিংথৈগী ময়াইগা অতৈ তাইবংপানগী থানবা লৈত্রবা ময়াইসিংগা তিন্নহুনা তাইবংচাসিংদা মগুম পিরকপগী "তীল্লম" অসি নিংথিনা তাকই॥

(ম) "হে" কৌবা থৌবাইগী মসক অসিনা অতৈ ময়াইসিংগা তিন্নরগা "লৈপাক অহিংবী" ওইহনা তাইবংপান য়োক্ত্না থম্ববু কংলৈপাক্কী লিরবা পুয়া কয়াদা রারী ওইনা ইহুনা থনম্মী॥ "লৈপাক অহিংবী" ওইরিবা মালেম লৈদা ময়াই কয়ানা তিল্লগা তাইবংপানবদা হিংননবা সাফু পিরি, মথৌ মগুম পাংথোকপা ভমতন্নবা পোৎচাক পি॥ "হে" হায়বা মিংথৈগী কম্বীদি থাবগী মপান নাইদে॥

লৈপাক অহিংবীগী লৈসাদা মতিক ময়াই মসিং লাকওমদবা সিদবা মপুনা য়াথোক্তুনা তাইবংগী চুপ্পি ওইহনা চংহনা লৈ ॥ ময়াই অহনা মচু কয়াগী, মসক কয়াগী, মথল কয়াগী তাইবংপান অসি পোক্লকপগী মরম ওই ॥ মসিবু "পাথংপা তুথেক লৈলোং" কৌবা পুয়ানা লৈরীক ১০০০ ( লিসিং ) পানথ্রবা মপুগী তুংনফম্দ পাথংবনা মচু লাংওল ৭ থোক্না য়োমহনা লৈবা ওইনা সিংথারম্মী ॥ "পাথংপা তুথেক লৈলোং" পুয়ানা হায়—"থমপালকী লৈলীকতি ১০০০ নে ॥ থংচেংকী মথকতা য়াই ওইনা লৈপতি তাইপংপানপকী মপু সিতপনে । পাথংপনা মচু লাংওল ৭ মকৃনা য়োমতনা লৈয়ে ॥" মপুগী ময়াই অহবু খওজরবা পাথংবনা ঈরম ৭ পোকই, সনাই ৭ পোকই, খোংলম ৭ পোকই ॥ সিদবগী মতিক ময়াইবু খওজহনা মপা খওবা=পাথংবা ওই ॥

অসিগুম্বা লৈপাকী লৈ য়াইদা লৈমরেল সিদবীগী মতিক ময়াইস্লু চংহনা লৈ ॥ মরম অসিনা "হে" মিংথৈগী অতৈ ময়াইসিংগা তিন্নহনা লৈবগী "তীল্লম" হায়বসি সিংথাবদা লোইবা লৈরোই । হা-হুং-হৈ-হে-হিং" হায়বা লাইমিং মিংথৈ অসিগী ময়েক অমমমতনা কায়থোকপগী লোইবা লৈত্রবা ললগৈ ওইনা তাইবংপান্নবু য়োক্লিবনি ॥

## (v) মিংথৈগী ৫ সুবা ময়েক— হিং *

(ক) "হা-হুং-হৈ-হে হিং" হাযবা লাইমিংগী মিংথৈ অসিগী ইরোই লোইবা ময়েক অসি "হিং" নি ॥ মিংথৈ অসিদি থৌরাই ৫ মিগা থারগা ৬ মক স্থাপ্লবা লাইমিংনি ॥ মিংথৈ অসিনা মৈ-ঈসিং-হুংসিং-লৈপাক-অতিয়া ৪ বু হোদোকই, পুক্লিংবু সিথা থুংনা য়োমহনা লৈরিবা "অথওবা কৌবা "মি" অসিবুস্লু পুল্লপা হোদোকই ॥ মরম অহনা সনামহী লাইনিংদা থৌরাই ৫ মিগা থানা ৬ মক্কী অস্লুম্না মিংথৈ হায়বসি য়াইপীলেল মিংথৈ ময়েক ৫ অসিবু থওনৈ ॥

মথক্তা মৈ-ঈসিং মুংসিৎ-লৈপাক ৪ গী লৈথ্রে॥ ৱাংহৌরিবা "অতিয়া" হায়বা থৌৱাইগী সক্লোন লৌরিবা হাংনা লৈবা তরং-ঈপাক অসিমদি লাইনিং লম্বীদা "হিং" কৌনা সিংথারম্মী। অতিয়াগী মিংথৈবু "হিং" কৌই, হিং-না তরং-ঈপাক্তা তিল্লিবা ময়াই-পাঙ্গল-মগুম পুম্নমকপু হৌদোকই॥

"ৱাচেৎলোন পাথুপ" পুয়ানা হিং-ন' অতিয়া তরংগী মিংথৈ ওই—"হে-না হুকচাং মালেম লৈময়োনপু ওইপনে॥ হিং-না নোংথৌ অতিয়াপু ওইপানে॥ অসুম্না সিংপাহুনা ইরি॥

(স) পুন্সিরোনগী মন্নুংদা চংহুনা লৈরিবা নিংসা কাংলোন্দা নোংথৌ অতিয়াগী মচুবু অঙৌবা ওইনা সিংথাই॥ অতিয়া তরংগী ময়াই-পাঙ্গলবু নিংসানা মুংসিৎ ওইনা চিংসিনবগী মুংসিৎ মচুবু পসোং-অঙৌবা ওইনা পুক্লিংগী চীক য়োনা লৌসিনগনি॥ "ৱাচেৎলোন পাথুপ" পুয়ানা অতিয়াগী নিংসা মচুবু পসোৎ-অঙৌবনি হায়বসি—"লৈপাকনা অমুপনি॥ অতিংপা অতিয়ানা পাসোৎনে, ঙৌপালেলনে॥" অসুম্না ইরি॥

লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা সাম্নরম্বা খুমন পুনসিবগী পুংকমদা চংলম্বা নিংসা কাংলোন্দা অতিয়াগী অঙৌবা মচুগী মুংসিৎপু খে লাউনা চিংসিল-লম্মী॥ পুন্সিরোন অসিনা তাইবং হকচাংদগী নোংমগী মন্নুংদা খুজিনখিবা চপসিনখিবা অহাংবা অতিয়া তরংগী সরুকসিং অহুবু হনজিনহল্লি॥ পুন্সিবু ময়েং তাহন্দে॥ অপোইননা মচা মাইচৌনা পুন্সিরোনগী অহকপা কাংলোন অসিবু ৱারী লীহুনা লাংকোল লুখোইদা লাইগী চৈ থাহুনা ইহল্লম্মী॥

(ল) মপান নাইথিত্রবা, পিকপদসু পিকফম খঙদবা, থৌৱাই পুম্নমকী তুংনফম সাফোংকম মঙোন্দা ওইবা, থৌবাই পুম্নমক লৈরগা ইয়োই হেক লোইবদা মহাক লৈত্রবদি ওইথোকপা অমত্তসু য়াদ্রবা—অহু-ওবা থৌৱাই ওইবা অতিয়া তরং অসি অঙকপা ওইনা অমসুং অয়োইবা

ওইনা পুয়াসিংনা সিংথাই॥ "পোলপীলাং" কৌবা পুয়ানা নোংথৌ অতিয়াবু অসুম্ন হায়—"থৌরাই অমতি মসকনে, মসীং লাকপা ওমতলে, তেংপানপা কৌলে॥ অমতি থৌরাই খিপিককী তোম্বোই ওইনা অহাংপতা লেংতনা লৈয়ে॥ পান্নাইতপা পিনাইতপা কৌয়ে॥" খাইদগী পিকপা পোংসু মঙোন্দা চন্দবা লৈতবা, খাইদগী চাউবসু মঙোন্দা চন্দবা হায়বা অমা লৈত্রবা, লৈরিবা থৌবাই পুম্নমক স্থরগা মহাক য়াওদ্রবদি লৈফম লৈতবা অতুগুম্বা অরোইবা থৌবাইবু নোংথৌ অতিয়া কৌনা "হিং" হায়না সিংথাবনি॥

মিংথৈগী মরু ওইরিবা হৈ-হা-হুং অহুম্মকনা অতিয়া তরংদা অমত্তা ওইনা লৈববু "পোলপীলাং" লাইরিক্তা "হৈ-হা-হুং ময়েক ৩ অসিতি মমিং অতিয়া কৌয়ে॥ অতুকুমপা লিসিং ১০ কি মচিনা তিল্লপা লিকলা ওইলে॥" অসুম্না সিংথাহুনা ই॥ পুম্নমক লৈরিবসু তিন্নকন পিরিবা অতিয়া কৌলৌ য়াওদ্রবদি অমত্তসু ওইথোকতবনি॥ মরম অহুনা মিংথৈগী ময়েক ৪ গী মতুংদা ইরোই লোইবদা "হিং" কৌবা ময়েক্না লোম্লিবনি॥

(স) পুম্নমক লৈরগা অহাংবা অতিয়া মকোয় অসি য়াওদ্রবদি করিসু ওইবা য়াদবনিনা তাবইংপানগী থৌবাই ৫ গী মতুংদা ইরোই লোইবা থৌবাই ওইরিবা অসিনা পনথৈ অমনি। অতোপ্পা মরম অমদনা পুম্নমক অসি লৈত্রিঙৈদা অহাংবা অসি লৈতনদি করিগুম্বা অমত্তসু লৈবা য়াদবা মরম্না পুম্নমকী মকোক্তা খাইমক্তগী হান্না নোংথৌ অতিয়ানা লৈতবা য়াদে॥

মপু সিদবনা করিমত্তা লৈত্রিঙৈদা মতোমতা ওন্না থোক্টনা লৈরিঙৈ মতমবু "তলং মালং" কৌই হায়হুনা "বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" পুরাদা ইরি॥ তলং-মালংগী মতমদগী নোংথৌ অতিয়ানা মপু সিদবগা তাইনহুনা লৈরকই॥ থৌবাইদগী অতোবা

অতিয়ানা থৌবাই পুম্নমক্কগীনু হাল্লি ॥ মরম অদুনা অরোইবদসু অকোনবদসু মঙোন্দা লোইনা তিল্লবনি ॥

মৈ-ঈসিং-নুংসিৎ-লৈপাক ৪ মক্কী মথৌ মঙম পুম্নমক অহাংবা অতিয়াদা মনিং তম্না ময়াই ফুদোকচরগা চোংথোরকপা ঙাক্তনি ॥ মঙোন্দা সাম্নরিবা, মহাক্কী অতিয়া সুমাংদা সাম্নগদবা তাইবং-কুমহৈ ঙাক্তনি ॥ সনামহী লাইনিংগী লাইমিংগী ময়েক্তা মঙোন্দা তোল্লোই পিরমদুনা পুম্নমক মঙোন্দা হাপ্তুনা থনমল্লিবসি ওম্থোক্না চুমথ্রবা অরাংবা রাথল্লোম্লি ॥ অসুম্না "হি" কৌবা মিংথৈ ময়েক অসিগী তীল্লোম-তীল্লমসিং অসি থুগাইদুনা নৈনবদা লোইবা নাঈবা নত্তে ॥ সনামহী লাইনিংগী লাইমিং কাংলোন অসিদি অরাং অপা লৈত্রবা, লৌথোক্লিবমথৈ লোইবা নাইদ্রবা তাইবং-পানগীললগৈ অমনি ॥ থোকউ থোকউ হায়বতা থোক্লিবা তম্ফা খুদোপ য়াইওইবগুম্বনি ॥ মঙোন্দা মসিমদি রাৎসি হায়বা লৈত্রবা য়াইপীলেল মিংথৈনি ॥

---

# ( ৫ )

## মিংথৈগী থৌবাই মণ্ডা ॥

হকচাং পোল্লাং অসি কয়াৎ সুনা লৈতুনসু থৌবাই যাওদ্রবা হকচাংদি মথৌ-মণ্ডম অমত্তসু পাংথোকপা ঙমদে ॥ য়েন্বীনা কোকচবা চপ মান্নবা য়েরুমদা লৈপাক মকমদি থৌবাই পান্দে পুমথরগা হামচৎনখি, অচংবা য়েরুমদি নোংমা নত্রগা নোংমদি য়েন্নাও ওইরকই, য়েন্নাওগী মচিন্না মতোমতগী পাঙ্গলনা য়েকুমগী মকুবু থুগাইদুনা তাইবংপান্দা মহাক লৈরি হায়বা উৎথোরকই ॥ অসিগুম্না লাইবা নত্রগা লাইমিং অসি অচংবা চংদবা হায়দুনা থায়দোকই ॥ মতিক ময়াই মাংদ্রিবা লাইমিংদি থৌবাইপানবসিংগুম্না মথৌ-মণ্ডম লৈ, মপাঙ্গল ফুদোকই ॥ থৌবাই য়াওদবা মতীং য়াওদবা লাইমিংদি হামচংনৈ, ময়াই-পাঙ্গল ফুদোরকতে, থৌবাই লৈত্রবা মীওইবগী হকচাং পোল্লাংগুম মহাক্কী মথৌ-মণ্ডম মাণ্ডখি ॥

মিংথৈ লৌবা হায়বসি মিংথৈ অতুগী মথৌবাই মমি নিংথিনা খণ্ডদ্রবদি, অখণ্ড–অহৈ অমদগী পুক্লিং তপ্পা য়াখল চংনা লৌদ্রবদি থোইনা কান্নবা লৈতে ॥ মিংথৈ অতুগী থৌবাই মসক তাকপিবা ঙমদবা, মিংথৈ অতুগী থৌবাই হাপ্পিবা ঙমদবা, কাংলোন তম্মুদ্রিবা কনানসু মিংথৈ অমগী মতীং মাংহন্দনা খুৎসিন্নব ঙম্লোই ॥ মরম অসিনা সনামহী লাইনিংগী মিংথৈ লৌবসি অথন্নবা মীওই থিনরম্লিবনি ॥ কাংলোন লান্না অরৌবসু অপিবসু চৎমিন্নদ্রবদি লম্বী লান্না লমজিংবগী লংজবা অনিমক্কা যংমিন্নৈ, য়াম্না তৌহৈদে ॥ মরম অদুনা সনামহী লাইমিংগী লাইমিং-মিংথৈদি য়াম্না অৱাংবা থাক্কীনি, অচম্বা নত্তে, তেংবানবা অমসুং তাইবংপানবা অনিমক

পুন্না হাপ্পা চৰা খ্বাইদগী মপুং ফাবা থোৱাই ৫ মিগা থানা ৬ সুপ্পবা ময়েকসিংনি ॥

লাইমিং অমগী মমুংদা তীলমিং লৈ, লাইরম অমদা তীল্লম য়াওই, লাইবা অমদা তীলবানা চংদুনা লৈ, লাইরোল অমদা তীল্লোল অমনা মতীং হাপ্পুনা লৈরিবগাকুনি হায়বসি সনামহী লাইমিং চংপিরিবা লাইনিংলোয় অমস্তুনা কৈদৌঙৈদস্ত কাউথোকপিরোইদবনি ॥

## (i) মিংথৈগী অহাম্বা থোৱাই

"হা-হুং হৈ-হে-হিং" হায়বা সনামহী লাইনিংগী মিংথৈ অসি মপান তাইবংদা তাইবংপান্বা(১) অমস্তুং তেংবান্বা (২) অনিমক সুপ্পনি ॥ তাইবং মীওইবা হায়দুনা লৈরিবা থোৱাই পানবা পুম্নমক্কী মথক্তা লৈবা লৈসেমলোন(৩) অমস্তুং চকপলোন্দা (৪) ইরোই লোইবা ফাওরকখিবা মপোক অসিদা হুখিল্লক্লগনা থোৱাই ৫ মিগা(৫) থানা ৬ সুপ্পবা লাইমিংনি ॥ হায়রিবা লাইমিং অসিদা য়েরুমদা য়েন্নাওনা থুপ্পুনা

(১) তাইবংপান:—তাইবংপান্ব হায়বসি থোৱাই পান্বা, উরী-উপাল্লা অথোইবা সরুক ওইদুনা লৈবা থক্তা থাগা তাইনবা মরক্তা মপুগী কুমহৈ য়াওদুনা পাল্লিবা অসিবুনি ॥ সংস্কৃত লোলদা তাইবংপান্ববু "জীব-জগত" কৌই, নোংচুপলোমগী লোলদা "World of beings" হায়রিবসিনি ॥

(২) তেংবান্বা:—তেংবান্বা হায়বসিদি তেংনা লোয়া পাল্লিবা মপান নাইত্রবা মুমিং, থা, থোৱাইমিচাক, অহাংবা পুম্নমক অমস্তা চিখবা লৈত্রবা মপুম অসিমবু খঙৈ ॥ সংস্কৃতনা "সংসার" নোংচুপকী লোলদা "Universe" হায়রিবসিনি ॥

(৩) লৈসেমলোন হায়বসিনা লেংলি পাল্লিববু সেম্লকখিবগী বারীনি ॥ Creation of the earth হায়বনি ॥

(৪) চকপলোন হায়বদি হৈ-চক, হা-চক, কোন-চক, লাংবা-চক, চক ৪ মক্তা সেমগৎলকপা ওইরক্লোন অদুনি theory of evolutionবু খঙৈ ॥

(৫) মি হায়বদি অখঙবা ওইহল্লিবা বাখলগী ময়াই consciousness অদুবুনি ॥ সংখ্য দর্শনদা মি-বু চৈতন্য কৌই ॥

লৈবগুম্না, মহী চেন্দুনা কুয়োমগী মমুংদা লৈবগুম লাইমিংগী থোরাই ৫ না থুপ্তুনা লৈ ॥ থুপ্তুনা মহী ওইনা লৈবা য়েক্লম্বু মৈসা পিহুনা য়েনবীনা কোল্ল কোল্লগা য়েল্লাও ওইরক্তুনা মপাঙ্গল কুহোক্তুনা য়েক্লমগী কুয়োম্বু থিনগাইহুনা থোরকপগুম মিংথৈ অসিদা থুপ্তুনা লৈরিবা থোরাই ৫ অসি নিংখিনা খঙনা, লুপসিল্লা অমদি থাক্তনা কাংলোন তমহুনা সোল্লবদি মহাক্কী তুমহুনা লৈরিবা ময়াই-পাঙ্গল অহু চৌগৎলকই, ফুদোরকই ॥ মরম অহুনা মিংথৈ অসিবু ময়াই গাপ্লিবা পোরাই ওইনা চংহুনা লৈবা বারম্বু অমমমতা ওইনা মসক খঙ্গনি, বারী তাগনি ॥

তসেংনা মতীং লৈবা মথো-মঙম মাঙখিদ্রিবা মিংথৈ হুয়বসি মহাক্কী অহানবা থোরাই ওইরিবা "পিনবিবা লাই" অমা লৈগনি ॥ করিগুম্বা অচৌবা মতিক-ময়াই অমনা তাইবং মীওইবদা ইহান হান্না সিন্নবিরকপা মিংথৈ অমা নত্তনদি মিংথৈ অহু মরু চঙদে ॥ অস্নুম্না মরাইবক ফবা মাপেমসিগী অথোইবা মীওইপোক অমদা মপুগী ময়াই ফুদোক্লিবা লাই অমনা পুক্নিংগী চৌক ফংনা মিংথৈগী ময়েকসিং অসি উৎথোকপিরকই, তাকপিরকই ॥ অহুগুম্বা ইহান হান্না মীওইবগী ইমুং-পুংদা (সবকন্সাস মাইন্দা) লৈবা মুংপুং বাখলদা (ইনত্যুইসন্দ) মিংথৈগী ময়েকসিংবু তাকপিবক্লিবা লাই অহুগী মমিং-মথা, পিরকখিবা মওং খঙববু "মিংথৈগী অহানবা থোরাই মসক খঙবা" কৌই ॥ সম্না হায়রগা মিংথৈ অহুবু তাইবং মীওইবদা ইহান হান্না হেক তাকপিরকখিবা লাই অহু মিংথৈ অহুগী অহানবা চংদবা য়াদ্রবা থোরাইনি ॥

সনামহী লাইনিংগী লাইমিং-মিংথৈ অসিদি ইহান হেক হান্বদা লাইনিংথৌ সনামহীনা পিনবিখিবনি ॥ লাইগী পনথৈ লোম্লহুনা, মীগী পনথৈ হৌরক্লবদা তাইবং মীওইবগী পুন্সি-মৈরা ওইননবা, লানঙমদবা তাইবংপাম্ববু অরান-খুকম পিবিননবা সিন্নবিখিবা মিংথৈনি ॥ মতাং অসিবু "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" পুয়াদা অস্নুম্না ইরি—"তাইপংপালপা অমা ওইলকনপা ঈপুঙলোইকী

নুংপুঙ রাখলতগী থোকখিপা পুম্নমকপু তাকপিলকে খনতুনা অমতি থককা খাকা তাইনপা অনিকী মলকতা লাইকী মহৈপু তাইপং মী ওইনা পালহললে।। অতুকী মলমনা তাইনপতা পাললে হায়তুনা তাইপংপাল কৌখিপা, অসি লৈপাককী মলমপু মসানৌ ঈপুংঙো কোনচিল্ল তুকথপতা তাকপিপা মলমনা মপুকী মিংলেন হ'-ভুং-হৈ-হে-হিং, য়াইপীলেল মিংথৈপু ফংচলপা ঈপু অথোপা পাখঙপনা তাচখি।।" অসিগুম্বা লাইমিং অমদি লাইগী লীকলম্বু ইরিবা কংলৈপাক্কী পুয়াবু লাই+লীক—লাইরিক অম্তুম্না কৌরম্বনি।। বাকোকলোন থিলেলনা লাইমিং অসিগী অমবা থৌরাই হৈরিবা লাইনিংথৌগী বারীবু ময়েক সেংনা তাকপিরম্মী।। মসিমক্না লাইরিক অসিবু "বাকোকলোন=বা +পুম্নমক্কী+মকোক+কাংলোন" হায়না সিংথারম্লিবনি।।

মতাং অসিদা ঈবুধৌ পাখঙ্বনা য়াইপীলেল মিংথৈ ফংখিবগী মরমদি অসিনি।। সিদবা মপুনা "মপু অমা লৈ" হায়বসি খঙ্ননবা হায়তুনা তাইবংপান্বা অচৎ-চত্তা অসি ওইহল্লগে নিংখি।। মতুগী মহৈঃ ওইনা তাইবং মীনা য়াল্লে।। মপু অতুগী নুংপুঙ রাখল অতুনা মপাল সারগা মহৈঃ না তাইবং মীওইবা ওইনা থক্কা খাগা তাইনবা মরক্তা পাল্লে। তাইনবা+মরক্তা+মহৈঃ+ওইনা+পাল্লে—তাইবংপাল কৌখরে।। অম্তুম্না মপুগী লীখুলবু থিরক্লবা তাইবং মীওঈবা সেম্লিবনি হায়বসি হেক খঙবগা মপুগী লীখুলদা লমজীং-মৈরা ওইরিবা, পুন্সিগী লম্বেলদা চৈস্ত্র ওইগদবা "হা-হুং-হৈ-হে-হিং" হায়বা থৌরাই ৫ মিগা থানা ৬ সুপ্লবা মিংথৈ অসি পিখিবনি।। মরম অসিনা মিংথৈ ফংখিবা অসি "মপু অমা লৈ হায়বা থিরক্লবা তাইবং মীওইবা পোকখি" হায়বসি খঙ্বদগীনি।

কাংলোন বারী অসিগী মতুং ইন্না লাইমিং পিবা মতমদা তাইবং-পানবগী বারী অসি মিংথৈ কংগদৌরিবা লাইনিংলোয় অতুগী মফমদা লিবিপদবনি।। মতুগী মতুং ইন্না লাইনিংথৌ সনামহীনা মিংথৈ অসি

মিংথৈ অসি তাকপিখি হায়বসি নিংসিংবিগনি॥ পিবিরকপা লাইগী লাইসক তাকপা অসিনা মিংথৈগী অহানবা থৌরাই মসক তাকপনি॥

কনাগুম্বা মীসক অমগী মমিং হায়বসি মমিংতুং খোনখিবা মীগুই অমত্তুং মতাং অমদি ইচং চংই॥ খোনখিবা মতাং অমত্তুং মসক লৈতনদি মী অমগী মমিং লৈবা য়ারোই॥ মমিং হায়বসি মসানা খোনবা, মশা মমানা খোনবা, কৈরোই লৈকাইনা খোনবরা নত্রগা কনাগুম্বা অমনা খোনবরা মীসক অমনা খোনবা নত্তনদি "মাগী মমিং তোম্বা কৌই" হায়বসি হায়বা য়াদে॥ অখোনবা মী লৈত্তনা করিগুম্বা বাহৈ অমত্তুনা মী অমগী মমিং ওইদে॥ ওইসু ওইথোক্তে॥ অসিগুম্বা মিংথৈ অমা হায়বসিগী ইহান হান্না তাকপিরকপা লাই নত্রগা লাইপোক অমগী ফুংপুং বাখলদা ফাওরকখিবা মতিক-ময়াই মঙাল অমা লৈখিদনা মিংথৈ অমা কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়াদে॥

## (ii) মিংথৈগী অনিসুবা থৌরাই

মিংথৈ অমবু লাইগী থৌজাল ওইনা তাইবং মীগুইবদা সিন্নবিরকপা মতমদা থৌজাল অদু ফংবা মন্নাইবক ফগ্রবা লাইপোক অমা লৈত্তবা য়াদে॥ লাইগী থৌজাল ফংলবা লাইপোক অমগী ফুংপুংদা (সবকন্স্যাস মাইন্দা) মন্নাইপক ফনা ফংজহৌবা ময়েকসি অদু মিংথৈগী ময়েকসিংনি॥ মিংথৈ অদুবু ইহান হেক হান্না ফংজরিবা মন্নাইবক ফগৎবা লাইপোক অদুগী মমিং-মথা, লৈথুল খাঙবা অদুনা মিংথৈ অদুগী অনিসুবা থৌরাই খঙকো কৌই॥

মতৌ অসুম্না য়াকৈরিলেল মিংথৈ অসিবু ইহান হান্না ফংজখিবা লাই-পোক্তি "বাকোকজোন থিলেল সলাইঃঅমাইলোন পুকোক" পুরবগী লৈথুল মচুং ইমা লাইরী মচিন মাগী মকোক হায়না নিংখাঙলিকা অবুধৌ পাখংবা কনিলি॥ মসু অদা মৈ হায়বগী লৈথুল ঊজিনা, হিংবা মতৌবু মঙাল

ওইনা উহল্লিবা "হা-হুং-হৈ-হে-হিং" হায়বা লাইমিং অসি তাইবংপান্বগী পোক্লক-বারী খঙজবদগী ঈবুধৌ পাখংবনা ফংজখি ॥ বারী অসি খঙহুনা মিংথৈগী অনিস্থবা থৌরাইবু মসক খঙগনি ॥ লাইমিং পিরিবা পীবানা থৌরাই মসক সেংনা তাকপিগনি ॥

মমিং অমদি লৈরগা মমিং অহুবু ফংলিবা মীসক অমা লৈতনদি মমিং অহু মমিং ওইদবগুম্না, মমিং অহু অরেম্বা ওইবগুম্না লাইমিং অসি হেক ফংহৌবা লাইপোক অমা লৈতনদি অরেম্বা ওই ॥ লাইপোক অহুনা ফংজহৌবদগী "মৈনা রাই তাংনা সম" মী মরোন মরোন সিন্নরক্কুনা লাইনিং-লম্বী অমগী লাইমিং-মিংথৈ ওইরক্লিবনি ॥ মৈরী অমদগী অতোপ্পা মৈরী লিসিং-লাখা মৈথাং চমখংনবগুম অমদি তোঙান তোঙানবা পোৎসক ময়াম্বু হং অমসুং তাং পান্দুনা সন্নখিবগুম্না মিংথৈ অহুনা অমগী মথংদা অমা অমগী মথংদা অমা পিনরক্কুনা লীখুল তৎলক্কবা অসিবু "মৈনা রাই তাংনা সম" কৌই ॥

মতৌ অসুম্না মিংথৈ অসি "মৈনা রাই তাংনা সম" লীখুল মুত্তনা লৈহৌরিবসি ঈবুধৌ পাখংবদগীনি ॥ পুম্নমক্কী মপা ওইরিবা মপু সিদবা অহুগী সিম্থাম্বু মসক মুন্না খঙখি হায়বগী মপা+মসক+খঙবা পা+খঙবা=পাখংবা কৌনা সিংথানরি ॥ মপুগী লীখুল চুম্না উরবা য়াইপীলেল মিংথৈ ফংলবা পাখংবনা মীওইবনা উবা ঙম্নদবা হুকচাং কয়াংকী মনুংদা লৈবা "থৌরাইমিচাক নিংথৌ সিদবগী মঙাল" অহু খঙখি ॥ থৌরাইমিচাক নিংথৌ সিদবগী মঙাল অহুদি হুকচাং কয়াৎমনুংদা ফুদোংলিবা মপু মহাক্কী মঙালনি ॥ মঙাল অহু ফংহুনা তাইবং মীওইবগী অহুমম্বা মিংপু পাংহুনা "পাখংবা" মিংথোল ফংখিবনি ॥ তাইবংপানবদা ইহান হান্না মঙাল অহু ফংখিবা মরম্না ফংলৈপাক্কী পুয়াসিংদা পা+খঙবা+অহানবা ওইনা পাখংববু সিংথাই ॥ মরম অসিবু "সিংতাপুং" কৌবা পুয়াদা অসুম্না ইরি—"থৌরাইমিচাক নিংথৌ সিডপা অহু থৈপিকসু উতে ॥ খঙসু খঙতে ॥ মনমসুং

নমতে॥ অতুকিপু অতিংকোক কৌএ॥ অতুপু খঙপতি পাখংপাতনা খঙএ॥ অতুকিতমক পাখংপা কৌপনে॥ বারোল অসিনা য়ায়পীলেল মিংথৈ ফংবদা মতিক চপ চাখিবা পাখঙবনা তাইবং পাম্বনা উঙমদবা খঙঙমদবা কয়াবু উবা ঙমখি হায়বা তাকই॥ হিংনা হিংনা মপুবু মসক খঙহুনা চংনা চংনা অরান-খুঙ্কম কংখি হায়বা খঙহল্লি॥ অদুগুম্বা তাইবংপানবগী মপুবু ইহান হান্না খঙখিবা ঈবুধৌ পাখংবনা মিংথৈ মরু অসি ঈশ্বাইমক্তগী হান্না ফংলকখি॥ ইহান হান্না মিংথৈবু ফংখিবা লাইপোক অমা হেক হেক য়াওরিবা অসিনা মিংথৈ অদুগী অনিস্নুবা থৌবাইনি॥ অহানবা মিংথৈ ফংবা মরাইবক ফবা লাইপোক অমা লৈতনা মিংথৈ অমা লৈবা য়াদে, মসিনা মিংথৈগুগী থৌবাই অমনি, "অচংবা মিংথৈ" হায়বহু ওইহল্লি। মসিবু খঙ-লুত্রবদি মিংথৈ চপ চাবা মহৈ: ফংবা ঙমদে॥

## (iii) মিংথৈগী অহুমস্নুবা থৌরাই

মিংথৈ অমা হেক ফংজহোবা মতমদা ফংলিবা মিংথৈগী ময়েকসিং অদুগী মরক্তা মিংকুপ অমত্তং লেপ্লুনা থাংথাং অমা পি॥ অসিগুম্বা তাইহাক লেপ্পা মফম অদুবু মিংথৈ অদুগী পল্লেপফম কোই॥ মিংথৈ অসি খুৎসিন্নরকপা মতমদা হায়রিবা "মৈনা রাই তাংনা সম" মপোপ কায়হন্দনা পল্লেপফম অসি তাক্লরকই॥ মিংকুপ অমত্তা পল্লেপফম পিরিবা তাইহাক্তং লেপ্পা অসিবু মিংথৈগী চৈথন হায়না খঙৈ॥ "মিংথৈগী চৈথন" অসি কায়হন্দনা চপ চানা ওরাইহুনা সোম্বা ঙম্বা ওইরকপদা মিংথৈগী মসাদা লৈজবা ময়াই-পাঙ্গল অদু হোৎলকই॥ মিংথৈগী চৈথন অসি তাকপনা মিংথৈ অদুগী মতৌং মাঙদনা সোন্বা ঙমহল্লি॥

"হা-হুৎ-হৈ-হে-হিং" ময়েক ৫ অসিগী মনুংদা মিংথৈগী চৈথন অসি 'হুৎ' হায়রিবা অনিস্নুবা ময়েক অসিদা পিরম্মী॥ মরম অদুনা

মিংথৈ অসি সোন্‌বা মতমদা "হুং" হায়বা অনিস্ুবা ময়েক হেক য়োৌবদা মিংকুপ অমত্তং পল্লেপফম পিরমগনি, ঙাইহাক লেপর্কনি ॥ মসিনা মিংথৈ অসিগী অহুমসুবা থৌরাইবু হৌদোকই ॥ মিংথৈগী চৈথম অসি চপ চানা কায়হন্দনা ঙাকপা অসিনা মিংথৈ অসিগী অহুমসুবা থৌরাইনি ॥

অসিগুম্বা মিংথৈগী চৈথন অসি অমা লৈবা য়াওই, অনি লৈবা অহুম লৈবা য়াওই, হেন্না লৈবসু য়াওই ॥ 'মিংথৈ অহুগী ফংজহৌবা হুমিত্তা উৎপিরম্বা চৈথনসিং অহু কায়দনা ঙাক্লিবমখৈ মিংথৈ অহুগী মতীং মাঙদে ॥ মিংথৈ পিরিবা পীবানা মিংথৈ অহুগী অচুম্বা কাংলোন কুপ্না খঙলবা মতমদত্তা মিংথৈ পিবিগদবনি ॥

## (iv) মিংথৈগী মরিসুবা থৌরাই

মিংথৈ অমগী চংদবা য়াদবা মরিসুবা থৌরাই অসি মিংথৈগী ময়েক্‌সিং অহুগী "খোলহায়" অহুনি ॥ মিংথৈ অমদা মতাং থরদা (১) লুম্না হায়বা, (২) য়াংনা হায়বা (৩) তেম্না হায়বা (৪) সাংনা হায়বা (৫) পুংলুম লুমথনা হায়বা (৬) পুংসাং সাংনা হায়বা (৭) নেম্না হায়বা, (৮) বাংনা হায়বা, (৯) থোংনা হায়বা, (১০) কন্না হায়বা (১১) পুংনেম (১২) পুংকন—অসুম্না খোলহায় ১২ থোক্লা লৈ ॥ করম্বা ময়েক্তা করম্বা খোলহায়না সিজিন্নবগে হায়বসি মুম্না খঙদবা য়াদে। মিংথৈ অহুব লাইগী শেৎজাল ফংজরবা মীওই-পোক অমদা পিনরিবম্বা মতমদা "খোলহায়" অসি য়াওনা পিবা ঙাক্তুনি। খোলহায় অহুগী খোম্লোক অনেম-অরাং, অলাং-অতেন, পুংলুম-পুংসাং পুম্নমক্, অমত্তা কায়রদনা ফংজহৌরিবা মী অকুবা লোম্বা মিংথৈ অহুগী ৪ সুবা থৌরাই ওই। খোলহায় অহুগী অরম-অরাং-অলাং অতেন, অনেম-অরাং থকিংবগী খোলহায় অসিগী "খোলহায়" কৌই ॥ [illegible] অবরকা খোলহায় অংখোংপা, খোলফম, অরাম-অরাং খোলফম

হায়দুনা লৈরিবা অসিনি ॥ মরম অদুনা সনাম্বী লাইনিংগী লাইমিং তীলমিং লৈরিবসিং অসিদা সিজিন্নরিবা খোলহায়সিং অসি পোনা খায়-দোক্লগা খোলফম ১২ নি ॥

য়াইপীলেল মিংথৈ "হা-হুং-হৈ-হে-হিং" অসিদা সিজিন্নরিবা খোলহায় অসি খোলফম ৭ নি ॥ (১) অয়াংবা খোলহায় (২) অরুম্বা খোলহায় (৩) অতেম্বা খোলহায় (৪) অসাংবা খোলহায় (৫) পুংলুম খোলহায় (৬) পুংসাং খোলহায় (৭) পুংয়াং খোলহায়—৭ অসিনা মপুং ওইনা মিংথৈ অসিদা সিজিন্নৈ ॥ মিংথৈ অসিবু খণ্ডবা অখণ্ড অহৈসিংনা খোলহায়দা শিজিন্নবা খোলফম ৪ অসিদি লোইনা মায়না চৎলি ॥

য়াইপীলেল মিংথৈ অসি অসোম্বা থুদিংগী অহুমক হায়গদবনি ॥ অহুমক সোম্বা অসিদা হকচাংগী লাইফম অহুম্বু (লাইপক ময়াই, থম্মোয় লাইয়ুম, খোইদো লাইরু) থকলোমদগী খারোমদা মথং মথং হৌদোকই ॥ অহুম্বা মিংথৈ অসি ৩ লক সোন্নকপা মতুমদা অহানবগী অমদি অনিসুবগী হা, হৈ, হে, হিং—৪ অসিনদি অয়াংবা অমসুং অতেনবা খোলহায় সিজিন্নৈ ॥ অহানবা সোন্‌বগী "হুং" অসিদা (১) অয়াংবা অমসুং (২) অতেনবা খোলহায় সিজিন্নৈ ॥ অনিসুবা হায়বা "হুং" ময়েক্তা (৩) অসাংবা অমসুং (৪) অরুম্বা খোলহায় সিজিন্নৈ ॥ অহুমসুবা হায়বা "হুং" ময়েক্তা (৫) পুংলুম অমসুং (৬) পুংসাং খোলহায় অনি সিজিন্নৈ ॥ "হা" দনা অতেম্বা অমসুং (৭) পুংয়াং সিজিন্নৈ, হৈ-হে হিং দি য়াংনা তেন্না চৎলি ॥ খোলফম ৭ অসিনা মিংথৈ অসিগী ৪সুবা থৌবাইনি ॥ খোলফম ৭ অসিনা চুম্না ঔরাইদুনা হেক সোম্বা ওয়দা মিংথৈ অসিগী ৪সুবা থৌবাইবু হৌদোকপা ওই, মিংথৈগী মতিক-ময়াই ফংবা ওম্মী ॥ অদুম্না কাংলোন থওনা লৌম্মৌবা মিংথৈবু "মিংথৈ অচংবা" কৌই ॥ মিংথৈদসু "চং-সি" তাবা লৈ ॥ "চং-তাবা মিংথৈ" হায়বসি লাইনিংলোন, থুমমক্তা পুন্সিগী, চৈস্থ-মৈদা ওইনা শিরিগুক্তা ওই ॥ "দি-তাবা মিংথৈ" অসিদি থৌবাই হুনা অমসুং তীনুমিং, চুমা থংবরগী

থোকপনি ॥ মিংথৈ অমা হায়বসি হিংলিবা, চৎলিবা, থবক নোম্লিবা থৌবাই পাম্বা অমগুম্বনি ॥ মিংথৈ অতুগী কাংলোন সুনা খণ্ডতুনা চৎত্রগনা অসিবা মিংথৈ ওই ॥ "চং-সি থোকপা মিংথৈ" হায়বসি লাইনিংলোয় পুম্নমক্কা কুপ্না খণ্ডদবা য়াদবা লাইনিং লম্বীগী অচৌবা কাংলোন অমনি ॥ মতাং অসিদা খোলহায়গী খোলকম ৭ অসিদি অখণ্ডবা মীতনা তম্বীগদবনি, লাইরিক ময়েক্তা পারগা খণ্ডবা ঙম্লোই ॥ ঔরাইবা হায়বা অমশু চংই, হেক তাবা য়াদে ॥

খোঞ্জেল হায়বসিগী মতিক ময়ায়দি থাবগী লোইবা নত্তে ॥ উ অমা য়ানবদা খোঞ্জেল খোকহন্দনা য়ানবা য়াদে, নোংথাং কুপ্পদা খোং-লকই, কৈনা সাউরক্লগা ঙংলকই, উচিখোইনা মচাবু ঙংলগা মতিক ময়াই হাপ্পি, চেনবগী–চোংবগী-পাইবগী-খোংবগী-হুম্বগী-হাইবগী খোঞ্জেল লোইনা খোক্লিবনি ॥ খোঞ্জেলগী মমুংদা থবক অমসুং মথৌ-মঙম অমমম লোয়নরিবা ঙাক্তনি ॥ "মোইলাং কংলৈলোন" কৌবা পুয়াদা তাইবং পাম্বা ওইরকদৈদা খোঞ্জেল অক্লম-অয়াংনা ফুদোকথিবা ময়াই পাঙ্গলবু অসুম্না সিংথাই—"হুম*-উম* খোনচেলকী ময়েক-অলুমপনা ১ তাইপং হুকসাং সানলকয়ে ॥ হুং*—ময়েক খোনচেল অরাংপনা ২ নয়ু হুকসাং সানলকয়ে ॥ হৈ*-ঈ-নোং কোইলৌ সিতপা মানা সানা তমফা থিনলকয়ে ॥" খোঞ্জেলগী তোঙান তোঙানবা খোলকম অমমমদা ময়াই-পাঙ্গল অমসুং থবক-থোদা অমমম লৈ হায়বসি কংলৈলোন পুয়া অসিনা মরিক চুম্না তাকই ॥

সুংসিংনা হুম্বগী খোঞ্জেল লৈ, মৈনা চাকপগী খোঞ্জেল লৈ, খোঞ্জেল অমনা মীবু কপহল্লি, খোঞ্জেল অমনা মীবু নোকইহল্লি, খোঞ্জেল অমনা মীওইববু কিহল্লি, খোলকম অমনা মীবু সুংসিহল্লি, খোলকম অমনা তুকচহল্লি, মমাগী খোঞ্জেল অমনা মচাবু সুমহৎনা তুমহল্লি, খোলকম অমদগী মী ঙাওহনা চৎলি, খোলকম অমনা মীবু মিংকপ থোকহল্লি,

খোলফম অমনা মীবু সাউহল্লি, খোঙ্গেল অমনা মীবু সুমহৎলি—পুম্নমক অসি খোঙ্গেল-খোলহায়তনা সান্নরিবা তাইবংগী কুমহৈনি ॥ খোলহায় অমগী অকক্পবা মতম লৈ, খোলফম অমগী অকক্পবা মথো লৈ হায়বসি মিংথৈগী খোলহায় ঊরাইরিবা লাইনিংলোয় অমত্তনা কাউথোকপা য়াদে ॥ মিংথৈগী খোলফমসিংদা মিংথৈ অসিগী মতিং চংহনা লৈরিবনি ॥ খোলহায় চুমদবদা মিংথৈ অসিগী ৪ সুবা থোৱাই সুত্রবনি ॥

## (v) মঙাসুবা মিংথৈগী থোৱাই

মিংথৈ অমগী "লংলা-লংজীল" হায়বসিনা মিংথৈদুগী মঙাসুবা থোৱাই ওই ॥ লাইমিং-মিংথৈ অমগী "লংলা-লংজীল" হায়বসি মিংথৈগী ময়েকসিং অদুবু লৈ-পরেং অমগুম্মা মচোই মচোই তাহন্দনা মসা অমত্তা ওইহন্দুনা লেংসিন্দুনা থম্লিবা অদুবুনি ॥ লৈরাং মথল কয়া, লৈচু তোঙান তোঙানবা লৈরাং কয়া লৈচল চানা ফমফম নাইনা লংলা অমনা লেংলগা মপুম ওইবা লৈ পরেং অমা ওইহল্লি ॥ অকনবা লংলানা লেংখিবা লৈ-পরেং অদুদি অসুক্কী মতিক কল্লি, মী-ওইবগী খুংনা থদংপা ফাওবা ঙমদে ॥ অসুম্না মিংথৈ অমগী ময়েকসিংবু পুল্লগা লেংসিন্দুনা থম্বা, পুম্নমক হাপচিনবা চৎবা ময়েক অমা মিংথৈ মসাদা য়াওজে ॥ অদুগুম্বা ময়েক পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা ফাজিন্দুনা পুল্লপা মতৌং ফুদোকহল্লিবা, ময়াই-পাঙ্গল হাল্লিবা মিংথৈগী ময়েক অদুবু "ময়েকসিংদুগী থোৱাই" হায়না খঙনৈ, "লংলা লংজীল" হায়নসু কৌই ॥ লৈরম কয়া লেংলিবা লংলানা মচিল অনি কিসি কিদুনা পুনশিল্লি, অসুম্না মফম কদাইদা পুল্লিবনো হায়বসি কিরিবা কিসিদা লৈরিবা লংগী মচীল অদুনা তাকই ॥ মিংথৈ অমদা থোৱাই ওইরিবা ময়েক অমনা মরক্কী ফমফম অমদা লৈদুনা মফম তাক্লিবদুবু মিংথৈ অদুগী "লংজীল" কৌই ॥ মতৌ অসুম্না থোৱাই ওইরিবা ময়েক অদুবু "মিংথৈদুগী লংলা-লংজীল" হায়না খঙনৈ ॥ থোৱাই ওই হায়দুনা "থোৱাই ময়েক" হায়নসু কৌই ॥

"হা-হুং-হৈ-হে-হিং' হায়বা লাইমিং অসিদাময়েক পুম্নমকী থৌবাই-ময়েক ওইবসি "হুং" অসিনি ॥ হুং-না থৌবাই-ময়েক ওইহুনা লংলা ওইনা মিংথৈগী ময়েকসিংবু লেংসিন্দুনা মপুম ওইনা থমই, অপুম্বা মতীং ফুদোকহল্লি ॥ মিংথৈ অসিগী লংলা-লংজীল সেংনা থম্‌দবনা লাইমিং পিবা য়াদে হায়হুনা সনামহী লাইমিংগী লাইনিংথোয় অহল-সিংনা চেকসিন্না হায়রল্লিবসি মরম অসি লৈবননি।। মিংথৈ অমগী লংলা লংজীল মাংখ্রে হায়নরিবসি তম্বীনবা অথঙ অহে লৈতবদগী মিংথৈ অহুগী "থৌবাই-ময়েক" মসক থঙ্‌দ্রে হায়রিবনি ॥

য়াইপীলেল মিংথৈ অসিগী "লংলা-লংজীল" ওইবা "থৌবাই-ময়েক" হুং* অসিনা ময়েক পুম্নমকপু লে সিনহুনা মতিক মঙম পুম্নমক মাঙহন্দনা য়োক্তুনা থম্বা মরম্না— (১) হুং*—দা মিংথৈ অসিগী চৈথন ওইরিবনি (২) খোলহায়গী খোলকম ৭ কী মমুংদগী ৬ অংগু হুং*-দা লৈরিবনি (৩) মিংথৈগী মথৌবাই মমি হাপ্লমু হুং*-দা হাপ্লিবনি ( নৈন-য়ক্তদবা ) ॥ ঈল সোনগৎপা—ঈল হুম্বা—ঈল থাদবা—ঈল খোনবা—ঈল চিংবা পুম্নমকপু ঈলগী খুচিংলীনা তৌবগুম্না মিংথৈ অসিদা হুং-ময়েক্না ঈলগী খুচিংলী ওইহুনা মিংথৈ অসিবু মথৌ-মঙম পুম্নমক পাংথোকহল্লি ॥

য়াইপীলেল মিংথৈ অসিগী মথৌবাই ৫বু মখাগী পোরম-পোসা অসিনম্মু অকপা য়াই—

য়াইপীলেল মিংথৈগী থৌবাই ৫

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| (১)সনামহী (মিংথৈ সিরম) | (২)পাথংবা (মিংথৈ কথকা) | (৩)মিংথৈগী চৈথন (পল্লেপকম) | (৪)খোলহায় (খোলকমসিং) | (৫)থৌবাই-ময়েক (লংলা-লংজীল) |

( ৬ )

## মিংথৈগী খোৰাই-মি হাপ্পা

মিংথৈ হায়ৰবসি তাইবং মীওইনা সিজিন্নৰবা লাইপোকসিংদা অমসুং অহুমসুবা মিং পাংলবা চিংউসিংদা লাইগী খোজাল ওইনা পিনবিবনি ॥ সিজিন্নবা লাইনি লোয় অহুতনা মিংথৈ অহুগী খোৰাই-মি হাপকদবনি ॥ অনিসুবদা মিথৈ পিবিৰিবা পীবা অহুনা অচংবা মিংথৈ ওইনা থুংসিন্ন-বিহুনা মহাক মসাগী মতিক ময়াইনা ফংজৰিবা লাইনিংলোয় অহুদা মিংথৈগী খোৰাই-মি হাপ্পিবা য়াই ॥ অহুম সুবদা লাইগী খোজালদগী মিংথৈগী খোৰাই-মি অসি হাপ্পিৰকপসু য়াই। অহুম অসিগী মহুংদগী অমা ওইৰবসু অমা ওইৰবসু য়াওদবা য়াদবা ইচংদা চংলিবদি মসানা মসাগী মিংথৈহুগী মমিঃ হাপচবা অসিনি ॥ মিংথৈগী "খোৰাই-মি হাপ্পা" নত্রগা "মমিঃ হাপ্পা" হায়না খণ্ডনৰিবসি মিংথৈ ফংলিবা লাইনিংলোয় অহুগী পুক্লিংগী চীক ফংনা মিংথৈ অহুবু সোম্ব-নিংবা অহুবুনি ॥

মি, মিৰেল, মমিঃ, খোৰাই-মি হায়হুনা তোঙান তোঙানবা ৱাহৈনা ফোংদোক্লিবসি অমত্তনি ॥ খোৰাই পানবা লিসিং লাখা লৈরি-বসিদা লৈতবা তাইবং মীওইবত্তগী লল ওইবা "অখণ্ডবা" হায়বসি লাইনিং লম্বীদা "মি" কৌই ॥ মিকোন থাগোনবদা "হে খোৰাই মণ্ডামক, মিগা থানা তরুকমক, খোৰাই হামচংনফদে, মিৰেল হাম-কোইনফদে লা-লা-লা, কুক-কুক-কুক ॥" হায়হুনা চোইথোকখিবা কাদোকখিবা ৱাখলগী ঈথকসিংবু কোনসিল্লি ॥ ঈসিংদা তাবা, উদগী

তাবা, মাংলাক্লহনা রাখল চোইবা থোপোক কয়াদা মী অহুগী মিরেল অহু কোনসিন্দ্না চোইথোকহন্দে॥ মসিবু "মি" ( অখণ্ডবা কৌবা রাখলগী থোরকফম ) অহুবু কোনসিল্লি, থা ওইনা মৈরা-চিং" কৌহুনা রাখলগী মণ্ডাল পিরিবা অহুবু কোনসিল্লি হায়বগী মি+কোন+থা+ কোনবা=মিকোন থাগোনবা কৌরুবগী রানি॥ অহুগুম্না তাইবং-পানবগী মচু মমেন, অচুম-অরান, অফ-ফত্তা, অমম-অভাল খণ্ডহল্লিরা ময়াই পাঙ্গল "মি" হায়রিবা অসিবু "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক" কৌবা পুয়াদা রাকোনপুংদা লৈবা "মৈলা চীং" কৌই হায়হুনা সিংথারি॥ রাখলগী কোমবু ( তুংনফম্ ) রাকোকলোন থিলেল পুয়ানা রাখলগী য়াফমনি হায়হুনা রা+কোন+পুং =রাকোন পুং কৌই॥ রাখলগী কোন অহুদা লৈবা ভাম্থোরকপা ময়াইনা খণ্ডদবা অমম্বা কয়াদু খণ্ডহল উহল্লিবা লৌসিংগী মণ্ডাল ফুদোক্লিবা মণ্ডাল থকতোকফম অহুবুনা "মৈরা চীং" কৌনা সিংথারুবতনি॥

অসিগুম্বা মীওইবা নত্তনা অতৈ থোরাই পানবা অমত্তদা লৈত্রবা "মি" হায়রিবা রাখলগী মণ্ডালবু অমুক থকতোকহন্দ্না 'অখণ্ডবা' হায়বহু ওইরিবা মৈরা-চীং অসি কনাদস্থু লৈত্রবা তাইবংপানবা মপুদগী হেন্না অতৈ কনাদস্থ থিবা ফংলরোইদবনি॥ মপুগী থোজাল অমথক্না তাইবং মীওইবদা "মিরেল" অসিবু লল ওইনা পিনবিরক্লবনি॥ মরম অহুনা মিংথৈ অমগী থোরাই-মি হাপ্পা হায়বসি মিংথৈ অহুবু সোল্লি-সল্লিবা-সিজিন্নরিবা মীওই অহুতনা পুক্লিংগী চীক য়োনা নিংজরগা ওইথোকই॥ অতৈ পাম্বৈদি ইসাগা সাগোম্নবা নত্তবনা অতৈগী থোজাল ভাইবা তাবনি॥ খ্বাইদগী সম্বা মিংথৈগী মমিং হাপ্প কাংলোন্দি —সোল্লিবা মী অহুনা মপুক্লিংগী কচী ফংনা নিংজহুনা লাইমিং-তীলমিংনা পুন্না পুক্লিংগী আঃ মথাদা লৈবা চীক য়োথিবা অসিনি॥ মিংথৈ সোল্লিবা মী অহুগী মিরেলনা পুক্লিংগী চীক অহুদা মিংথৈগী লাইমিং-তীলমিং ঈচেল অরূপগা তিম্নরগা

লাইনিংলোয়গী মসাগী মিরেলনা মিংথৈগী থৌরাই-মি হাপ্নি ॥ মিংথৈগী কাংলোন পুম্নমক মিরেল অসিদা মিংসেলদা পোংকী মমি তাবগুম্না অমসুং মিংসেল অতুগী মনুংদা পোংসিংতুগী মমিনা চংতুনা লৈবগুম্না মমি তাতুনা চংতুনা তিনখিবদা মিংথৈ অসিগী মমিঃ হাপ্লবনি ॥ মরম অতু না "পুক্লিং চংবা" হায়বসিনা লাইনিং লম্বীদা খ্বাইদগী মরু ওইবনি হায়তুনা চেকসিন্না তৌনরিবসি মরম অসি লৈবননি ॥

মীওইবা অসিদা থৌরাই মঙা, থৌরাই পোংচাক ৫, মিগা থানা ( অথংবা মৈরা চীংগা ) ৬ লৈরিবা অসি সুনা হা-হুং-হৈ-হে-হিং কৌবা মিংথৈদা লৈ ॥ মিংথৈ অসিমক্কী মসাদসু মথৌরাই ৫ মিগা থানা ৬ চংতুনা থৌরাইপানবা অমনা মথৌ মঙম পাংথোকপা ঙমলিবা অসিগুম্না ময়াই-পাঙ্গল ফুদোকই, মথৌ মঙম তৌই ॥ মরম অসিনা "রাচেৎলোন পথুপ" কৌবা পুয়ানা য়াইপীলেল মিংথৈ অসিবু "থৌরাই ৫ মিগা থাগা ৬ মক সুপ্লবা মিংথৈনে" হায়তুনা চেকসিন্না সিংথাতুনা ইরম্লিবনি ॥ মিংথৈ অমা সোনবদা মিংথৈগী থৌরাই-মি হাপ্পা হায়বা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না লুবা পুক্লিং চংগদবা মতাং ওই ॥

মমিঃ হাপ্পগী কাংলোন :—

(i) হা-হুং, হৈ-হে-হিং লাইমিং অসি অহানবা সোনবদা অয়াংবা অমসুং অতেনবা খোলহায়দা "হুং" ময়েকপু সোন্দুনা মিংথৈগী চৈথন মিংকুপ অমত্তং পিরিঙৈ সরক অসিমক্তদা থোংলোন অহুম লোন্দুনা লৈরিবা লাইপক ময়াই পিসুম অনিগী কারক্কী লৈচং অহুম-সুববু সনামহীগী লাইপক ফম্বাল ওইনা নিংসিংতুনা য়াকায়-হনগনি ॥

(ii) হা—হুং, হৈ—হে-হিং লাইমিং অসি অনিসুবা সোন্নদা খোল-হায়গী খোলফম অসাংবা অমসুং অরম্বা অনিনা "হুং"—ময়েক্তা পিরগা মিংথৈগী চৈথন মিকুপ অমত্তং থম্লিঙৈ সরক অসিমক্তদা "থম্মোয়

লাইয়ুম" অসিবু সনামহীগীময়াই থংবা থম্মোয় ফম্বালওইনা নিংসিংদুনা য়াকায়রমগনি ॥

(iii) হা-হুং, হৈ-হে-হিং লাইমিং অসিবু অহুম্নকম্বুবা ওইনা অবোইবা সোম্বদা "হুং"—ময়েকপু পুংসাংবা অমস্তুং পুংলুম হায়রিবা খোল-হায়গী খোলফম অনি অসিনা সোন্দুনা মিংথৈগী চৈথন পিরমগনি ॥ "হুং" ময়েক্তা মিংকুপ অমত্তং চৈথন পিরিঙৈ সরক অসিমক্তদা খোইদৌ মথা খুদোল ২½ ( অনি মথাই ) চংথরগা লৈরিবা খোইলিল-তীংগী য়াফম অসিবু সনামহীগী খোইদৌ ফম্বাল ওইনা নিংসিংদুনা হৌদোক্কনি ॥

(iv) খোইদৌ ফম্বাল হেক য়াবায়বা লোইবগা নিংসা সাংনা তপ্না চিংসিন্দুনা মৈ-ঈসিং-নুংসিং-লৈপাক-অতিয়া ৫ অমস্তুং মিগা থানা ৬ মকপু হৌদোক্কনি, খোমজিনগনি, চিংসিনগনি ॥

(v) নিংসানা চিংসিনখ্রিবা ময়াই ৫ মিগা থানা ৬ মকপু অমত্তা চোইথোকহন্দনা হকচাংদা অমস্তুং মিরেলদা তিন-সিন্দুনা তীল্লাং খোইদানা (খোইদৌ ফম্বাল য়োনা) পুক্লিংগী চীক ফংনা তীল য়োংথগনি, মহী ময়াই পুন্নমক অমত্তা চোইথোক-হন্দনা খোমজিন্দুনা থমগনি ॥

(vi) অস্তুম্না পুক্লিংগী চীক ফংনা লাইপক ময়াইদা লৈবা থোংলোন অহুম্মকপু হাংদে হায়না নিংসিংগনি, পুক্লিং লৈত্তাগনি ॥

অস্তুম্না পোরম-পোসাক্সি মথাগী অস্তুম্না পুম্না উংথোকপা য়াই —




অসুম্না মথক্কী পোরম পোসা অসিদা ইংলিবা কাংলম ২০ (৩+৫+৫+৭) অসি তমহুন থঙবা, ঔরাইহুনা খুংলোম্বা ওক্না অমস্থুং পুক্লিং থিংজিনবা ওমহুনা পুক্লিংগী চীক ফংবনু মিংথৈগী কাংলোন চংপা কৌই ॥ লাইমিং-মিংথৈগী অসুপ্পা কাংলোন হায়বদি মসিবুনি ॥

মিংথৈ অসি ঔরাইবদা হুংঙাইনবা অহুমক সোয়াগী খোলহায়মসিং অমদি পল্লেপফমসিং অদু মথাদা তাক্লি :—

১বা সোয়া— হা — হুং, হৈ — হে — হিং ॥

(i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা ॥ — (i) অসাংবা (ii) অরুম্বা, (iii) পল্লেপফম ॥ — (i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা — (i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা — (i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা ॥

২রা সোয়া— হা — হুং, হৈ — হে — হিং ॥

(i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা — (i) অসাংবা (ii) অরুম্বা (iii) পল্লেপফম ॥ — (i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা — (i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা — (i) অয়াংবা (ii) অতেম্বা ॥

ওবা সোৱা— হা — হুং, — হৈ — হে — হিং ॥

(i) অতেনবা (i) পুংলুম (i) অয়াংবা (i) অয়াংবা (i) অয়াংবা
(ii) পুংয়াং ॥ (ii) পুংসাং, (ii) অতেৱা (ii) অতেৱা (ii) অতেৱা ॥
(iii) পল্লেপকম ॥

---

## ( ৭ )

## লাইমিংগী তৌপরোল অমসুং খাবরোল

সনামহী লাইনি তৌপরোন অমসুং খাবরোন হায়দুনা লৈরিবা কাংলোন পরিংসিং অসি পুম্না মৈ থাদুনা ঈনাৎ নমথবগী থৌরাং অমা তৌখিবা অতুগী তুংদগী চৎনবা মাঙসিল্লকখি ।। অসুম্না সনামহী লাইনিংগী তৌপরোন খাবরোন কয়া ফুদোক্লরকদবা তাংককসিংবু ঈনিংথৌ ঈবুংঙো খাকেমপা হাকথক্তা লৈরবা মাইবী খাকি, লাংকোল লুখোই, লাইসাং খোমা, বাহিংপা খলো, মাইচৌ লুবাংচম থেংকুলা অমসুং সোইপম লাইথংপা হায়রিবা লাইনিংলোয় ৫ অসিনা মাংলমচংতা ইদুনা থম্লমী ॥ মখোয়না ইরবা তুংলমচংকী থোক্লগদবা থৌদোকসিং সিংথাবা "লালৈ লাথুপ থিলেল" কৌবা পুম্না অসিদা অসুম্না ইরি "অতুকী মথৈ লাইপাক মখক মখা ওল্লকাতপনে ।। উমংলাই ৯ মক থিললোইয়ে ।। তৌপলোন, খাপালোন, অসি খৈপিক্তী ঈলাসুং হুনতোকলকতপনে ॥ লাইনিংলোয় অহলসিং অদুমা তাল্লবা তুংলমচংকী থৌলোকসিং অসি হৌজিক কাওবদা ওইরিবসিনি ॥ তৌলবা কাংলোন কয়া তৌরোইদবা শাকদবা কয়াগী কাংলোনসিং কনানম্ থিগৎপিদ্রে ॥ তৌহৈবা তৌহৈদবা কনানম্ থঙনরকদ্রে ॥

মচুগী মহৈ: ওইনা পুন্সিরোন লৈওক্নুনা মল্ল চংবা ফিদম্লিঙাই ওইবা মীওই অমত্তা কংলৈপাক অসিদা উবা ফংলক্কবসি চহি ২৫০ ফাজিল্লক্ল-বসিনি ॥

হৌজিক্তি সনামহী লাইনিংগী মাংকত্রবা মঙালসিং অদু অমুক নোংহোননা পাম্মরক্লে ॥ কাংলোন পরিংসিং অমুক হন্না খোঙ্‌ল লৌদুনা পুখোক্কবা য়াদ্রে ॥ "তৌপলোন" হায়বদি তৌহৈবা, তৌকম খোকপা লাইনিং লম্বী তাম্নবা কাংলোন=তৌদবা য়াদ্রবা + কাংলোন = তৌপা + লোন = তৌপরোন হায়বনি ॥ মসিদা লাইনিংলোয় অমনা তৌগদবা চংন-লমদাং পরেং অমা মন্নুং চনগ্রে ॥ "থাপালোন" হায়বদি তৌ-য়োইদবা, পন থাগদবা, ঙাক্কদবা কাংলোন = লাইমিং-পন্না থাগদবা + কাংলোন = থাপা + লোন = থাবরোন হায়বনি ॥ থাবরোন্দা লাইনিং লম্বীদা ঙাক্কদবা তৌরোইদবা, তৌহৈদবা চংনলম কয়াগী পরেং অমা মন্নুং চনগ্রে ॥

পোংসক ওইনা পুখোক্নুনা উৎপা থুদমদা ঐখোয়না মৈবা চিংদুনা মৈ হৌই ॥ মৈবা চিংবা অসিদা অকংবা মৈ হৌগনবা পোংসক অসি থিদুনা তক্লগনি—মসি তৌগদবা মৈবা চিংবগী তৌপরোন কৌবা য়াই ॥ মৈবা চিংদুনা মৈ হৌগৎকে হায়রবদি তক্লগদৌরিবা পোংসক অনি অদু চোংহনবা য়াদে, ঈসিংগী সরুক য়াওদবা ওইহনগদবনি—ঈসিংগী সরুক য়াওহন্দবা হায়বসি মৈবা চিংবা অসিগী থাবরোননি, চোংহনবা হায়বসি তৌরোইদবা অমনি ॥ অন্নুম্না লাইমিং লৌবা অমন্নুং লাইমিং শিঙ্জিন্নবদা তৌগদবা-তৌরোইদবা হায়দুনা কাংলোন পরেং অনি লৈ ॥ তৌহৈবা-তৌহৈদবা পরেং অনি অসিবু তৌপরোন-থাবরোন কৌবগী বাতনি ॥

তৌহৈবা-তৌহৈদবা পরিং অসি ঙাকপা হৌগদবা মুমিৎ হায়বদি লাইমিং লৌবা মুমিৎ অসিদা লাইরী লাইথৌ অমা ঈরাং-ঈসোলনা হৌদোক্নুনা তৌবা চংলৈ ॥ তৌগদবা অমন্নুং তৌরোইদবা ঙাকদবা কাংলোন তাকপগী মুমিৎ অসিদা পাংখোক্লিবা ঈরাং লাইথৌ অদুবু

"লাবৈ লাথুপ থিলেল" পুয়ানা "তৌপলোন, থাপালোন অসি খৈপিক্কী ঈলাৎ" হায়না সিংথারম্বগী য়াতনি॥ "ঈলাৎ" হায়বদি "খমওই য়াংওই সেকনিং" পুয়ানচিংবদা লাইঙ্গ ঈসিংনা পাম্বে ওইরগা মৈ-মুংসিং-লৈপাক-অতিয়া থানা থোরাই ওইরিবা লাই ৫ লাৎথোকপগী থৌরম্ থন্ডনৈ॥ মরম অদুনা লাইনিং লম্বীগী তৌপ-রোন-খাবরোন হায়বসি অমনা চৎনলম্বী থোং হাংদোকপনি অমনা চৎনবোইদবা লম্বেলগী থোং থিংজিনবনি॥ থিংগদবা লম্বী অমদি চৎকদবা লম্বী অসিগী কাংলোন যাম্মী॥ মরু ওইবা তৎন থানফদবা সরুকমথৈ পন্দুপ অসিদা নৈনরি॥

## (i) লাইমিংগী লাইথৌ তৌবা য়াবা অমসুং য়াদবা মাইবা-মাইবীসিং

লাইনিং লম্বীগী থৌরম তৌবা মাইবা হায়বসি অথম্বে॥ মহাক্কী তম্লকপা কাংলোনসিং অমসুং মহাক্না পৃরিবা মথৌগী মতুং ইন্না মাইব-সিংগী সিন্থা তৌগনি॥ কংলৈপাক অসিদা মাইবা মথল ৭ মাইবী মথল ৪ লৈ॥ মথলসিং অসি মথাগী পোরম-পোসা অসিদা উৎলি—



মথক্কী অমাইবা ( মাইবা) ৭ অসিগী মপুংদা লাইমিং লৌবগী লাইথৌ প্যাংথোকপা য়াবসি—(১) কোনতে নাকথং মাই (২) নোংচুপ হাউলোং মাই (৩) থিংকোল মরিং মাই (৪) য়োইনৌ লাংপোক মাই অমসুং (৫) পনম্ য়াংকোক মাই হায়রিবা অমাইবা মথল ৫ অসিতনি॥ (১) সলথোং রাপু মাই (২) খুয়োল থুলা মাই—অমাইবা অনিসিদি লাইগী লাইথৌ অয়াম্বা তৌবা য়াদে॥ মরম অচুনা সনামহী লাই-নিংদা লাইমিং পিবা পীবা অমা ওইগে হায়রবদি অমাইবা লাইথৌ পুবা ৫ অসিগী ভঙাইফদনা খণ্ডবা য়াদবা কাংলোনসিং অখণ্ড অহৈদগী তমগদবনি, ঔরাইগদবনি॥ মরম খণ্ডনা হেক্ক তৌসিনবা হৌজিক অয়াম্বনা চৎথনরিবসি তৌহৈদবনি, লংজবা লাক্কনি॥ "হৈতনা অহৈ সাবা য়ামগনি" "অনৈবনা ময়ায়দা চেল্লনি" হায়তুনা মতমগী খোংলৈ পূয়াদা মাংজৌননা মসি থিন্দুনা তাক্লম্লবনি॥ পুয়ানা মাংজৌননা তাক্লম্লিবসি লংজবা ওইগনি তৌহৈদবনি খণ্ড-উদবা মক্কমদা অখণ্ডবা-অউবা সাগম্ন লৈপাক মাঙগনি হায়না চেকসিল-রা-পিরম্বনি॥

অমাইবী মথল ৪ লৈরিবসিদি লাইথৌ লোইনা তৌবা য়াই॥ তৌবতদি অমাইবা পীবাগী মথৌগা অমাইবী অমগী মথৌগা লাইথৌ অমা তৌবদা মান্নদে॥ লাইমিং লৌবগী লাইথৌদদি অমাইবী য়াওরবসু য়াই য়াওদ্রবসু করিসু কায়দে॥

## (ii) মিংথৈ-পীবানা মিংথৈ পিবদা সিজিন্নগদবা কাংলোনসিং

মাইচৌ কমথোল ফংলবসিংদুসু মিংথৈ পিবা ওম্বা লাইনিংলোই অরাংবনি হায়তুনা মিংথৈ-পীবা কৌই॥ কম ওইনা মাইচৌ ওইরক্কবা লাইনিংলোয় অথোইবা ওইবা সনামহী লাইনিংবু সিন্নাকপিবা অমগী মক্কমদগী কুপ্পা তম্লক্কবা, মিংথৈগী কাংলোন পুম্নক মসাদা হৈজিন্দুনা খণ্ডলবা মীওই অমবু মিংথৈ + পিবা + পীবা = মিংথৈ-পীবা = ওইবা য়াই॥ সম্মা হায়রবদা অহল লমন খল্লক্কবা, অখণ্ড-অহৈদা অমকত্রিবা হৃদয়লনো

কাংলোনসিংবু ঔরাইরকত্রিবা মীওই অমত্তনা মিংথৈ পীবা ওইবা য়াদে হায়রবদি মহাক্না মিংথৈ-পীবা ওইবা ঙম্লোই ॥ ওইদবা য়াদে হায়রবস্তু মহাক্না ঙম্লোই হায়রবনি ॥

মিংথৈ-পীবা অমনা নোনা সনামহী লাইনিংগী লাইনিংলোই ওইগদৌরিবা মী অমদা মিথৈ পিবা মতমদা কাংলোন ৫ সিজিনৈ ॥

(১) মিংথৈ-পীবানা মহী-ময়াই পিবগী অহান্বা মওং :— মিংথৈ লৌবিবা লাইনিংলোই অতুদা পীবানা মহী ময়াই হাপ্লিবা অহান্বা মওং অসি —চুম্না মিং অনিতনা য়েংলগা ইকথেংনদনা পিবা অসিনি ॥

মমানা মচাদা মমিং অনিতনা য়েংলগা মচা ওইবা অতুনা মপুক্লিংগী পাঙ্গল-থৌনা হেনগৎলকই ॥ অসুম্না মমানা মচাদা মমিংতনা য়েংবিরগা মপাঙ্গল হাপ্লিবা অসিগুম্না মিংথৈ-পীবানা লাইনিংলোই অতুদা মিং অনিনা য়েংলগা মিংথৈ পিবা মতমদা মহী ময়াই হাপ্লিগনি ॥ মসি ঙম্নবগীদমক মিংথৈ-পীবা ওইবসিংনা নিংসা কাংলোন, পুক্লিং লাকসিনবা, পুক্লিংগী পাঙ্গল হেনগৎহন্বা অসিনচিংবা সাজেল-কাংলোনসিং সিন্থাক পিবা অমগী মথাদা ঔরাইগদবনি ॥

(২) মিংথৈ-পীবানা মহী-ময়াই পিবগী ২সুবা মওং :— মিংথৈ কংলিবা লাইনিংলোই অমদা মহী ময়াই হাপ্লিবগী অনিসুবা মওংদি —থুংসা ১০না পুম্না সোক্লগা হেক ইকথেংননা পিবা অসিনি ॥

থুংসা ১০ অসিদা মী মী অতুগী পুক্লিংগী পাঙ্গল চংথোক চংসিন তৌই ॥ নৌরিবা মপালদগী ওল্লকপদা তাইজরিবা মাইরেল, থোংক্রেম অসি থুদোম্বীনা থিবদা নত্রগা থুং-সা ১০ না থিল্লবদা পুমহুনা কেন্নিবনি ॥ থুদোম্বীনা থিবদা লিল-কাংনা চংসিল্লক্তনা চিকপা ওমদে, কৈনা থুংসা—১০ অমুক্তদা ওংপদা চোংসিল্লকপা ওমদে—থুংসা-১০ অসি মীওইবগী পুক্লিংগী মহী—ময়াই—পাঙ্গল থোকফমনি ॥ মরম অতুনা থুংসা—১০

অসিনা মিংথৈ-পীবানা লাইনিংলোইদা কোক্কী সরুক্তা সোক্লগা মতীক ময়াই পিবিরমগনি ॥

য়েংনবী অমনা হেক হকথেংননা য়েরুম্বু কোল্লগা হকথেংননা মহী-ময়াই পিহুনা, মৈসা পিন্নুনা য়েন্নাও ওলহনবা অগুপুম্বা মিংথৈ পিবা মতমদা মিংথৈ পীবা অমুনা লাইনিংলোই অহুগী কোক্কী মথক থংবা সরুক্তা সোক্লগা মতীক-ময়াই হাপ্পিগনি ॥

(৩) মিংথৈ-পীবানা মহী-ময়াই পিবগী ওসুবা মওং:—
লাইমিং লৌরিবা লাইনিংলোই অমদা মতীক-ময়াই হাপ্পিবগী অহুমসুবা মওংদি—বাহৈতনা হায়রগা পিবা অসিনি ॥

মমাংদসু নৈনপ্রে, মীওইবগী বাহৈ অমসুং বাহৈ অহু হায়দোরকপগী খোঙ্জেলদা অঙকপা মতীক ময়াই কয়া লোয়নরিবনি ॥ বাহৈনা মী অমগী পুক্লিংদা পাঙ্গল-ময়াই পিবা য়াই, সোম্বহনবা য়াই, মুংসিহনবা যাই, সাউহনবা য়াই, কপহনবা য়াই, নোকহনবা য়াই ॥ পুম্নমক পুক্লিংগী পাঙ্গল অমসুং বাহৈগী পাঙ্গল অনিগী অপুনবা মতীক-মঙাল্লি ॥ বাহৈনা খোঙ্জেল ওইনা হায়দোক্লুনা মিংথৈ পীবা অমনা লাইমিং লৌরিবা লাই-নিংলোই অমদা মতীক ময়াই হাপ্পগনি ॥

থাপ্না লৈথিবা সন্নাও অমবু সন্বীনা লাপ্পা খোংহুনা খোঙ্জেলগী পাঙ্গলতনা মপাঙ্গল হাপ্লি, তুকক তুফাই চল্লম্বদগী খৌসাহুনা চৈলহল্লি, মপুক্লিং কৈনখংহল্লি ॥ উচিখোয়না মকোনগী মপান্দা পাইহুনা তৌংহুনা ওংলগা মকোন মমুংদা লৈবা মরুম্না খোই মচা ওল্লকই ॥ অসুম্না মিংথৈ পীবনা লাইমিং লৌরিবা লাইনিংলোই অনৌবা অমদা বাহৈতনা মতীক ময়াই হাপ্পিগনি ॥ বাহৈতনা মতিক ময়াই হাপপিবা ওমনবা মিংথৈ পীবা ওইবনা বাহৈ হায়দোকপগী কাংলোন, অঙ্কম-অয়াং, অঙাং-অনৈম অতেন-অসাং, থংলুম-থংসাং-থংনৈম হায়হুনা লৈরিবা খোঙ্জেল সিজিন্নবগী কাংলোনসিং অসি নিংথিনা ওয়াইবা চুই ॥

(৪) মিংথৈ-পীবানা মহী-ময়াই পিবগী ৪সুবা মওং:—
লাইমিং লৌরিবা লাইনিংলোই অমদা মতীক ময়াই হাপ্পিবগী ৪সুবা মওংদি—পুক্নিংতনা' থোজাল লৈনা য়েংদুনা পিবা অসিনি॥

পুক্নিংগী অসেংবা পাঙ্গল লৈ হায়বসি অতোপ্পা লৈপাকসিংগী ৱারী-দসু থোকখিবা থৌথোক্না কোন্ননা মসীং থিঙমদনা লৈ ॥ অমত্তং পনবা য়াই—পার্সিয়া লৈপাক্কী মনম পোল্লবা নিংথৌ মচা অদুগী ৱারীদা পুক্নিংগী মপাঙ্গলবু থিন্দুনা তাকই॥ সরু কোল্লবা মনম পোন্দুনা কয়াৎ সোয়রবা সৈনাইরবা পার্সিযা নিংথৌগী মচা মুপা অসি মশিকসু নেম্লম্মী॥ মনম পোল্লবা মখিকসু নেম্লবা নিংথৌ অসিনা মহাক্কী মসাগী অৱাংবা য়াংলেন তিংবা ফিভম ফজত্রবা সক্তম অমা থৌওইনা সাদুনা থম্লগা মহাক্কী মসা অদু ফজত্রবা সক্তমদুমক ওইরক্লবা হিরী কোন্দুনা মুনিৎ খুদিংগী হোৎনৈ॥ মমৈ থংদদি সওং সাদা চুম্বা অৱাংবা সক্তম অদুগুম্না পার্সিয়া নিংথৌগী মচা মুপা অসি মনম পোন্দ্রবা ৱাং-চাটবা সাবান অমা ওইরক্লুনা মপুক্নিংগী পাঙ্গলনা কদাইফাওবা ঙমখিবগে হ'য়বসি তাইবংপান্বদা উংলম্মী॥—

য়েন্বীনা ঙান্ন মরুম কোনবিবগা ওল্লকপা ঙান্ন মচাসিংনা লুনা মুসিনা তৌবিবা য়েন্বীগী পুক্নিং উরগা মুমামকনি থন্দুনা পুক্নিং চোইদনা মপুক্নিংগী পাঙ্গল ওইজে, অকিবা লৈতনা য়েন্বী অদুগী মনাক্তা চাক্তাজে॥ করিসু খল্লুদনা য়েন্বীনা নাওকোনবীবা মপুক্নিংনা থোজালগী মিৎয়েং য়েংবিবা অদুদা ঙান্ন মচাসিংনা ফংলিবা পাঙ্গল অদুগুম্না মিংথৈ পীবানা লাইমিং লৌরিবা মীসক অদুদা থোজালগী মিৎয়েং য়েংদুনা মপুক্নিং-তনা মতীক ময়াই পিবিগনি॥ মতীক লৈবা লাইনিং-পীবাগী থোজাল ফংবদা লাইমিং লৌরিবা মীওইগী মতীক মঙাল ওইহোই॥ মসিনা ৪সুবা মতীক ময়াই ফংহৌবগী মওংনি॥

(৫) মিংথৈ-পীবানা মহী-ময়াই পিবগী ৫ সুবা মওং:—
লাইমিং লৌরিবা লাইনিংলোই অনৌবনা মতীক ময়াই ফংজহৌনবগী মঙাস্সুবা মওংদি—মিংথৈ পীবাগী হান্ননা হৌদোক্তুনা, কাংলোন চংতুনা ফংবা মহী ময়াই অদুদগী সরুক থরা থাইদোকপিরগা পিনাববা অসিনি।।

মতীক লৈবা নিংথৌ অমনা লোইসংগী লানজিং পুরেল অমদা থাইথবিরকপা মথৌ-মঙম-পাঙ্গল অদু লানজিং পুরেল অদুনা সিজিন্নদুনা হান্নগী মতীক মঙমদগী হেনগৎপা অদুগুম্না মিংথৈ-পীবা ওইবনা মতীক ময়াই লৈবা কাংলোন চংপা মীথোই মীহেৎবা মীসক অমা ওইরবদি মহাক্কী পুক্লিংগী মতীক ময়াই অদুদগী লাইমিং লৌরিবা লাইনিংলোই অনৌবা অদুদা সরুক থরা পিবিবা ঙমই॥ উনা মসাদা য়াওবা মহী ময়াই অদু থাইদুনা উহৈ ওইরকপা অদুগুম্না মিংথৈ পীবাগী পুক্লিংগী মতীক ময়াইগী সরুক থরা মিংথৈ ফংজরিবা মীদা থাইবিদুনা মতীক-ময়াই হাপ্পিগনি ।।

অস্নুম্না মতীক-ময়াই হাপ্পিবগী মওং ৫ অসিদগী মওং ১ দা মিংথৈ-পীবা অমদগী লাইনিংলোই অনৌবা অমনা মতীক ময়াই ফংহৌগনি ।। নত্রগা মতীক ময়াই পিবিবগী মওং ২ সিজিন্নরগা, ৩ সিজিন্নরগা, ৪ সিজিন্নরগা নত্রগা লোইনা সিজিন্নরগা মহী-ময়াই পিবিবস্ য়াই ।। চিংউ মাইচৌ লোরেম্বা খোংনাং থাবা ( খোংলৈ থাবা ) মসামক্না সমুরৌ চিগোং মোইরাং ললগাবনচিংবা মাইচৌসিংদা পিবিখিবা লাইমিং মিংথৈদদি মতীক ময়াই হাপ্পিবগী মওং ৫ মক লোইনা সুপ্না সিজিন্দুনা তাক্লপিখি হায়রবগী ৱারী ফংই।। তৌবগীদি মওং অমা হেক সিজিন্নবদা মওং অতৈগী সরুক থরদি অদুম মচুংলবনি ।। অমগা অমগা পুমথা হেক থানবদি য়াদবা লম্বী ঙাক্কনি ॥ হায়রিবা লম্বী পুম্নমক্তা সিন্তাকপা নাইবা, পুক্লিং লাকসিবা অমসুং নিংদা কাংলোনগী সাজেলসিংদি মিংথৈ পীবা ওইগে[illegible] লাইনিংলোই

পুন্নমক্না থাদোকপা য়াত্রবা পথাপনি ॥ নিংসা-কাংলোন, লাইনিং লম্মী হায়রসি তম্বা চই, ঔয়াইবা চংই, ঔয়াইরিবত্থ য়ে সিনবীবা চংই ॥

(৬) মিংথৈ-পীবানা মহী-ময়াই পিবগী ওসুবা মঙং — পুন্সিরোন কাংলোন চংপা হৌরবা সিস্তাকপা নাইত্থনা কাংলোন কয়া নৈনবা লোইশ্রবা লাইনিংলেই অমা ওইরবদি মঙোন্দা মতীক নৈবা মিংথৈ-পীবা অমনা চেন্দা ইরগা ময়েক্তা ওইনা পিবা মিংথৈদা মহী-ময়াই হাপপিবা ওমই। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা মঙাং নি থৌ পুন্সিবদগী মিংথৈ লৌবদা ময়েক্তা লৌথি। থুমন নিংথৌম্থু লুবাং নিংথৌ পুন্সিবদগী ময়েক্তা লৌথি। মসি মথোয়না সান্নখিবা পুন্সিরোনগী সাজেলসিং অহুগী মহৈঃ নি।

## (iii) মিংথৈবু সিজিন্নগদবা মতাংসিং

য়াইপীলেল মিংথৈবু নোংমগী মনুংদা সিজিন্নগদবা মতাংসিংদি মথাগীসিং অসিনি —

(১) অয়ুক য়াহৌরকপদগী থোং নৈপাক তাপ্রিঙৈদা অতৈ তিংলী-য়াংলী সাজেল, সনামহী থুরুম্বা, হকসেল কাংলোনগী কয়াৎ সেংদোক-পনচিংবা কমুংদা নৈরিঙৈদা তৌবা লোইরগা লমলেন লৌত্থনা (ময়াম্না লমলেন লৌবা হায়না খঙনবা) ইহান হান্না থোং থারমদাইদা খুৎনিংথৌ মতোম্না মালেম নৈবু কৎপদা মিংথৈ অসি অকৎপা খুদিংগী (তলক কৎপদা) কাংলোন চুম্না সোন্দুনা লাইপক ময়াই থোংলোন ও লোম্না নৈবা মপাদা কৎকনি ॥ "নোংমগী পকলৈ নমসা থিবা", "লৈ কৎপা" হায়না সনামহী লাইনিংনা লুনা তৌনরিবসি মসিবুনি ॥ সোবা হেক লোইবগা নিংসা চনিং তানা হোনজিন্দুনা (চিংখৎতুনা) থোইদৌ তানা অয়ুকী তীন্নাং য়োৎসিনগনি ॥

য়াহৌরকপা মতমদা থোং নৈপাক তাপ্রিঙৈদা সোন্নিবা অসিনা নোংমগী মনুংদা ইন্নান হান্না সোনগদবা মতাংনি। অদুম্না সোন্দুনা লাইপক ময়াইদা খুৎনিংথৌগী পান্বৈনা মালেম নৈমবু কৎপবা লাইনিংলোই

অতু নোংমতুগী মনুংদা তীলমু লাইমু কত্তবা, হেন্নোই তম্লাই অমত্তনা মমাংদা লেপ্পা তমদে 'চাতুনা চেনখিগনি, মহাক্কী থবক্তা অকাইবা পিরবা তমদে ॥ লাইপক মন্নাইদা লোন্দুনা লৈরকপা থোংলোন ৩ হাংবা তমই ॥ মালেম লৈনাই অসিদা মুমিৎ চুপ্পা নেৎতুনা কত্ত-হৌখি সিজিন্নতুনা চৎলিবা মী অতুগী লংজবা খিবিক যাহৌ-থৌরম অসিনা কোকহল্লি, য়াইফবা চাওখৎপা পি ॥

(২) ওসাই য়াহৌরকপা পকলৈ নমসা কৎখিবা অতুবু নিংসিংতুনা মরক্তা ইরুজ মাইতাজরগা মচু ফজবা পক্লৈ নমসা লাইপক্তা খুৎনিংথৌনা মসক উনা কৎকে ( খিনগে ) হায়রবসু মিংথৈ অসি অহুমক কাংলোন চুন্না সোন্দুনা তৌগনি ॥ মতুনা য়াহৌ থৌরম অতুগা চপ মান্ননা কান্নবা চাওখৎপা ফংই ॥

(৩) সনামহী লাইনিং চৎলিবা লাইনিংলোই অমনা নোংমগী খুরুম্নরিবা মঙাং-লুরাং-খুমন পুংফম অহুম অসিদা মায়ওন হোং-হো তুনা মায়ওন অহুম ওবগা লোয়ননা য়াইপীলেল মিংথৈবু অমুক অমুক্কং সোনগনি ॥

(ক) মঙাং সিদবগী পুংফম:—"বাচেৎলোন প'থুপ" নচিংবা লাইনিং লম্বীগী ইবা পুয়াসিংদা মুমিংনা পোরকপা মঙাং সিদবগী পুংফম অসিসু য়াইপীলেল মিংথৈ সোন্দুনা থৌরাই ৫ মিগা থানা ৬ মক হৌ-দোকপগী কাংলোনসিং ইরি ॥ মুমিৎ থোরকপা মঙাং সিদবগী পুন্সিরোন সান্নগদবা পুংফম অসিদা মায় নোংপোক্তা ওল্লগা পুক্লিং মকা লায়্না—"হৈ থৌরাই ৫ মক নমু মিগা থানা ৬মক—হা-হুং,-হৈ হে-হিং" অসি হায়না সোন্দুনা খুরুমগনি ॥ মুমিৎকী মৈসানা তাইবং পানবদা থৌরাই অমা ওইতুনা চংতুনা লৈববু নিংসিংগনি ॥ লাইপক থম্বালবু হৌদোকনি ।

সোম্বগী থোলহায় ঃ—"হা-হুং, হৈ-হে-হিং" মিংথৈ অসি অমুক্কমক সোনগনি ॥ হা-হৈ-হে-হিং ৪মক অসিদি অয়াংবা অমাহুং অতেৰা

খোলফমদা লৈগনি ॥ মিংথৈগী চৈথল ওইবা, লংলা-লংজীলস্ু ওইরিবা “হুং” অসিদসু (১) অয়াংবা অমসুং (২) অতেনবা খোলফম ২ দা হায়গনি ॥ মিংকুপ অমত্তং হুং-দা চৈখন পিহনা লাইপক থম্বালবু সনামহীগী ফম্বাল ওইনা হোদোক্কনি ॥

(স) লুরাং সিদবগী পুংফমঃ—কৌইরেংহনা নুমিৎনা তাইবংমীওইবগী কোক্তোন্দা য়ুংনা বাংনা হাইগৎলকপবু লুরাং-সিদবগী-পুংফম হায়না কৌই ॥ মতম অসিদা সোন্নপুং, ই খোলগী ময়াই কংলা অসিদা থোক্কনা লুরাং সিদবগী মতীক-ময়াইবু নিংসিংহনা— ‘হে থৌরাই ৫ মক, নমু মিগা থানা ৬মক—হা-হুং, হৈ-হে-হিং” অসুন্না সোনগনি ॥ খোঞ্জেল থোক্লবসু য়াই, থোকহন্দনা নিংলবসু য়াই। থবক চৎথোকপা মতমদদি থবক মফম অহুদা অচুম্বক তৌগনি ॥ মিংথৈ অসি সোল্লগা থৌরাই ৫ মিগা থানা ৬ মকপু পুন্না নিংসিংহনা তিল্লাং খোই তানা নিংসা চিংসিন্না য়োৎথগনি ॥

খোলহায়ঃ—মঙাং সিদবগী অহুগুম্না “হুং” নত্তবা ময়েক ৪ অমদি অয়াংবা অমসুং অতেনবা খোলফমদা পমগনি ॥ মিংথৈগী চৈখন অমদি লংলা-লংজীল ওইরিবা “হুং” ময়েক অসিদনা (১) অসাংবা অমসুং (২) অরূম্বা খোলফম অনি সিজিন্নগনি ॥ পুক্লিংদা থম্মোয়দা লৈবা লাইয়ুম থম্বালবু সনামহীগী থম্মোই ফম্বাল ওইনা হোদোক্কনি ॥ মায়ৎন্দি থক্তা হাইফেত্তং হঙ্গৎকনি অহুগা পুক্লিংনা থক্তা লৈবা কোইরৌহংবু নিংসিংগনি ॥ নুমিৎপু অপান্ননা য়েংবদি তৌরেদে, মপা লাক্কদবনি ॥

(ল) থুমন সিদবগী পুংফম— নুমিৎনা নোংচুপ (নোংমবু চুপ্লিবা), মফম অসিদা লৈথরকপবু থুমন সিদবগী পুংফম কৌই ॥ লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা সলাইগী অহল ৭ তগী তমজহৌবা পুন্সিরোন্দা য়াইপীলেল মিংথৈ অসিবু মথাঙ্গী মতৌ অসুম্না কাংলোনগা কোন্ননা সোবা চৎনরম্বী ॥



( ২শুবা মমি শক্তম, মিংথৈ-সাজেলগী ফিথুপ )

(১) মাযওন—(i) মঙাংগী মতমদনা নোংপোক ওনগনি ॥

(ii) লুৱাংগী মতমদনা থক্তা মিৎলম হাইগৎকনি ॥

(iii) খুমনগী মতমদনা নোংচুপ ওনগনি ॥

(২) ফিথুপ—(i) খোংদগী তোন ফাংবা চপ তিংনা লেপকনি ॥

(ii) খুবাক অনিমক লোন্নতুনা, খুবক হোহন্দনা, খুৎশা ১০ না থস্নোয লাইযুম মপাদা চপ চানা তাহন্দুনা থা শোক্লা থমগনি ।

(iii) মিৎযেং পিস্লুম অনি কারক মপাদা যেংগনি ॥

(iv) খুদিং সম্নগনি খুদোন ৱাই মচা অমা লাওনা ফাক্তোকনি ॥

(ফিথুপ উৎলিবসি কংলৈপাক থৌসিনকোনগী থৌবুৱেল ওইনা পুৱিবা স্নুমখাইবমচা লুৱাংখম্বাগী মমি শক্তমনি ।।)

মায় নোংচুপ ওয়া—

(১) মুংসিং অসংববু (ঈসিংগী ফম্নবু) হা-লাউনা নিংসা চিংসিনগনি ॥

(২) মুংসিং অমুববু (লৈপাক্কী ফম্নবু) হু-লাউনা নিংসা চিংসিনগনি ॥

(৩) মুংসিং অঙৌববু (অংভিযাগী ফম্নবু) খে লাউনা নিংসা চিংসিনগনি ॥

(৪) মুংসিং অঙাংববু (মৈগী ফম্নবু) উম-লাউনা নিংসা চিংসিনগনি ॥ মুংসিং অঙাংবা মৈগী ফম্নবু চিংসিনদুনা উম-হায়না নিংসা চিংসিল লকপা অরোইবা অসিদা খুযা-লিলফু যেংনা যোংসিন্দুনা থমগনি ॥ চিংসিনবা খুদিংগী খুনিং কাংখৎকনি তিল্লা যোংথরকপগা ইরোইনবা খুনি থাদরক্কনি ॥

(৫) অসুম্না নিংসান মুংসিংকী পাম্নিনা ঈসিং লৈপাক-অতিয়া-মৈ ৫ অসিগী হকচা দগী মুমিং অতুদা মা খিবা চৎপোকখিবা পুম্নমক অদু পুন্সিরোন কাংলোন সান্নদুনা চিংসিন্দুনা তিল্লা ৪ রক যোংথরক চিংসিনবা হেক লাইংগা হে খোংহাই ৫ মক, মিগা থানা ৬মক—হা হুং, হৈ-হে-হিং" অসুম্না য়াইথীলেল মি থৈবু সোনগনি, অমুক হন্না তিল্লাং খোইদো তানা নিংসা চিংসিন্দগা ইরোইনবা যোংথগনি ॥

**মিংথৈগী খোলহায়ঃ**—৫ সুবা অরোইব সকক্না সোম্লিবা মিংথৈ অসিদা "হা" অমসুং "হুং" ময়েক নত্তবা অতৈদি অয়াংবা অমসুং অতেনবা খোলকমদা লেংদনা থমগনি ॥ মিংথৈগী চৈথন, লংলা-লঙ্জীল অনি সুপ্লবা "হু" ময়েক অসিদনা (১) পুংসা অমসুং (২) পুংলুম খোলফম ২দা পুগনি । "হা"দা পুংযা অমসুং অতেনবা খোলফম ২ চৎকনি ॥ মিংথৈগী চৈথন্দা মিংকুপ অমত্তং লেপ্পসিদা খোইদো থম্নাল, খোইলীল-তৌংগী মফম অসিবু সনামহী লাইনিংথৌগী খোইদো ফম্নালনি । অসুম্না পুক্নি না নিংদুন হোদোক্কনি । পুন্সিবোন অসিনা মীওইববু ময়েং তাহন্দে, না-য়েকহন্দে, মীথোই মীহেৎনা হায়বদু ওইহল্লি ॥ অপোইনবা মচা, চিংউ মাইচৌ অসিনা তাকপিরম্বা পুন্সিবোন কাংলোন্দা মিংথৈ অসিনা থোরাই

ওইববু "বাচেৎলোন পাথুপ" নচিংবা পুয়াসিংদা ময়েক লানা ইদুনা থম্মীরম্মী ॥ মিংখৈ অসিবু নিংসা কাংলোন অমসুং মঙাং-লুবাং-খুমন মতম অদুমগা কোন্ননা সিজিন্নবগী নোংমগী কাংলোনসিং অসি পুন্সিরোন খঙবা পুন্সিবা অহল কয়ানা চহি লিসিং কয়া মতুং য়ান্দুনা লাইপোক ওইনথ্রবনি ॥

অসুম্বা মঙাং-লুবাং-খুমন পুংফম অদুম্মক্তা লাইমিং-অসিবু সোম্বদা নিংসা চিংখৎলিবা খুদিংগী খোংদোল ফাক্তোক্লগা খুনিং সমজিন্ননা লেপ্লগা খুনিং কাংদুনা হাইথরকপদা তিল্লাং খোইতানা য়োৎথগদবনি ॥

(৪) অতৈ নোংমগী মনুংদা লাইগী থৌরম অমা তৌরকপা, পুক্নি দা অকি-তুজুং ফাওরকপা পাঙ্গল ময়েং তারকপা, তিনমু-লাইমু পেংনবা, খুদোং থিবা নংবা, পুক্নিংগী সাজেস অমগীদমক হন্ন হন্না সোন্দুনা ঔরাইবা ঈরুজ-মাইতাজবদা হকচাং-পুক্নিংবু পুন্না সেংদোকপদা, অরা পোথাপদা, পুক্নিং লাকসিন্নদা, মীগীদমক য়াইফরোন পিবিবদা অমসুং ফত্তবা থবক্তা সিজিন্নবা নত্তবা য়াইফনবগী মসক ওইবা পুক্নিংনা পান্না মতাং কয়াদা কাংলোন চুম্না য়াইপীলেল মিংখৈবু সোঙবা য়াই ॥ মিংখৈ অসি অরান খুভম তানবদা লংলবা মৈরা অমনি ॥

## (iv) লাইমিং লৌবগী মুমিং-থাবান

**থা ঃ**—মিংখৈ লৌবা হায়বসি চাওখৎপা তাম্বনি, মঙালগী লম্বী তাম্বনি ॥ মরম অদুনা সজিফু, কালেন, ইঙা, ঈঙেল, থাবান, লাংবন, মেরা, হিয়াংগৈ, পোইনু, বাকচিং, ফাইরেন, লমতা হায়দুনা লৈবসিদা বাকচিং অমসুং থবান থা অনি অসি নত্তনা লেমহৌরিবা থা ১০ অসিদা অকবা মুমিং থাবান য়েংলগা লাইমিং লৌবা য়াই ॥

**থাবানঃ**—থা অমগী মনুংদা নোংমা (থাবান ১) পাম্বদগী থাবুং মুমিং ফাওবগী মনুংদা লাইমিং লৌবনা খাইদম্বী হেন্না কৈ ॥ সিথরকপা থাবান্দা য়াইফরোন তাক্লিবা থৌরম য়ারিবমখৈ পাংথোক্লোইদবনি ॥ সিথরকপা

থাবানসিংগী মনুং অমত্তং খনগৎপা তারবদি থাস্ত (থা সুবা) নুমিৎ ময়াম্না থাসি নুমিৎ হায়নরিবসি খনগদবনি ॥ থা সুবা নুমিৎ অসিদি ফত্তবা কয়া কাকই ॥

থাবানসিং অসিদা লাইমিং থৌরম তৌবোইদবা হায়ববু লাইচা ফত্তবা থাবানসিংনি ॥ লাইচা অফব -ফত্তবা খঙনবা থাবান পরেং মখাদা পিরি ॥

| থাবান | লাইনা চাবা | মহৈ : |
|---|---|---|
| ১—১১—২১ | লাইনা লাই চাই | থাইদগী ফৈ |
| ২—১২—২২ | লাইনা য়েন চাই | য়াম্না ফৈ |
| ৩—১৩—২৩ | লাইনা ভাম্নু চাই | ফৈ |
| ৪—১৪—২৪ | লাইনা লুই চাই | কয়া পাংদে |
| ৫—১৫—২৫ | লাইনা ওক চাই | খরা ফৈ |
| ৬—১৬—২৬ | লাইনা সামু চাই | ফৈ |
| ৭—১৭—২৭ | লাইনা ইবোই চাই | খরা ফৈ |
| ৮—১৮—২৮ | লাইনা সগোল চাই | ফৈ |
| ৯—১৯—২৯ | লাইনা সল চাই | য়াম্না ফত্তে |
| ১০—২০—৩০ | লাইনা মী চাই | থাইদগী ফত্তে |

**নুমিৎ** :—চয়োল অমগী মনুংদা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, য়ুমসাকৈসা, সগোলসেল. ইরাই থাংজ ৬ অসি লাইমিং লৌবা য়াই ॥ লৈপাকপোকপদা লাইমিং লৌবদি পাঙদে ॥ লাইমিং লোবা য়াদবা নুমিৎসিংগী মনুংদা তৎনবা নুমিৎ পুম্নমক চিংই ॥ তৎনবা নুমিৎ হায়ডুনা থা থাগী লৈরিবসিং অসিদা লাইমিং লৌবা য়াদে ॥ তৎনবা নুমিৎসিংদি মখাদা উৎলি ॥

তৎনবা মুমিৎসিং—

| থাগী মিং | | | তৎনবা মুমিৎকী মিং |
|---|---|---|---|
| সজিফু | থরান | পোইন্নু | নোংমাইজিং + নিংথৌকাবা |
| কালেন | লাংবল | বাকচিং | য়ুমসাকৈসা + ইরাই |
| ইঙা | মেরা | ফাইরেন | লৈপাকপোকপা |
| ঈঙেল | হিয়াংগৈ | লমদা | সগোলসেল + থা জা |

## (v) লাইমিং লৌবদা তৌরোইদবা

লাইমিং লৌবদা কাংলম কায়না চৎথরবদি পিরিবা মীদস্থু লৌরিবা মীদস্থু অমাঙবা ওই ॥ লাইমিং লৌবদা তৌরোইদবা মরুওইবা থবা মথাদা পিরি—

(১) অমাং-অসোই মরক্তা অমস্থুং ফি-.রাল ফত্ত হৌথি সেৎতুনা ঈরুজ মাইতাজদনা লৌবা ॥

(২) কনামক্তা য়াওদনা লাইরিক্তগী মিংথৈ ময়েক সিন্দোক্লগা ফাবা অতুগা লাইমিং লৌবা সকপা ॥

(৩) মী অমনা হায়বা ৬াংবদগী ময়েক কাহৌতুনা লৌবা লাইমিং ॥

(৪) কাংলোন মুন্না খংদবা মীদগী লৌবা ॥

(৫) ময়াই কাবা অচৌবা ( য়ু, গঞ্জা, কানিগুন্বা ) বাথল-হকচাং মাংহনবা সিজিন্নবা মীদগী লৌবা ॥

(৬) নাতুনা লৈরিবা অমদি বাথল চোইতুনা লৈরিবা মীদগী লৌবা ॥

(৭) পিরিবা মী অমদি লৌগদৌরিবা মী অনিগী মরক্তা য়ানবা অমত্তা লৈতনা লৌবা ॥

(৮) মমিংতা ওইনা পুংসম সমজিন্নগা লৌবা ॥

(৯) মিংথৈগী থৌবাই ৫ মিগা থানা ৬ অমদি লাইমিংগী তীলমিং মসক তাক্লনা ( মসক থঙহনবা য়াওদনা ) লৌবা ॥

(১০) ময়েক লান্না, খোম্লোক কায়না লৌবা লাইমিং ॥

## (vi) মিংথৈবু সিজিন্নরোইদবা মতাংসিং

মিথৈ অসি সিজিন্নরোইদবা তৌহৈদবা মতাং কয়া লৈ ॥ তৌহৈদবা মতাংসিংগী মনুংদগী মখাগী অসিনা অথোইবনি —

(১) অনিংবা পান্দম অমা য়াওদনা অরেম্বদা মিংথৈসি হায়বা

(২) লাইমিং লৌদ্রিবা মী অমনা চিনফা পুরগা অতোপ্পা মীদা লাইমিং পিবা

(৩) লাইমিং লৌদ্রিবা মীনা মচীলদা লাউনা লাউনা মিংথৈ অসিবু হায়বা, ভাংথোকপা

(৪) লাইমিং অসি লৌদ্রিদ্রৈদা অতোপ্পা সনামহী লাইনিংগী লাইরোলসিং সিজিন্নবা

(৫) লাইমি-মিংথৈ অসিগী মতীক ময়াই অসিবু ফত্তবা হিকাপ য়াইকাপ্পা সিজিন্নবা

(৬) মিংথৈ অসিবু লম্লাই ওইজ ওইথঙ্গী লম্বীদা সিজিন্নবা

(৭) মিংথৈ অসিবু অতোপ্পগী মাঙনবদা সিজিন্নবা ॥

হায়রিবা মতংসিং অসিদা সনামহী লাইনিংগী লাইমিং মিংথৈ অসিবু সিজিন্নরবদি সিজিন্নরিবা মীসক অতু থাঙ্খক্তা মাঙবা হায়বতু ওই ॥ মরম অতুনা মতাং চাদবা মফমদা মিংথৈ অসি কাংলোন লান্না সিজিন্নরোইদবনি ॥

## (vii) মিংথৈবু অচংবত্তা ওইতুনা লৈহন্নবা ঙাক্কদবা কাংলোন

য়াইপীলৈল মিংথৈ হায়বসিদি মথৌবাই ৫ সুবনি, লাইমিং অসিগী মনুংদা তৌলমিং ৫ লৈবনি, মমিঃ হাপ্পুনা থৌবাই পাম্বা অমগুম্না মিংথৈ লৌরিবা লাইনিংলোই অতুগী মসাদা হিংতুনা "অচংবা মিংথৈ" হায়বতু ওইনা লৈ ॥ মিংথৈ অসিবু পুন্সিচুপ্পা সিহল্লোই, অচংবা মিংথৈ অসুম ওইহনাগে হায়রবদি মথ'গী মরু ওইবা "থাবরোন-পরিং" অসি ঙাক্কদবনি ॥

(১) মিংথৈ ফংলবা লাইনিংলোইনা পোল্লাংখোক-ফিয়ানথোক মথা লিৎলোইদবনি, সংবল-কোম্থোং-সেবোৎ-মাইরেল মরী চৎপা অচৌবগী মথাদা লিৎতুনা চৎলোইদবনি ॥

(২) থাংমৈ মরুম, থোংজল মরুম, মীরুমদা চাবা থকপা তৌরোইদবনি ॥

(৩) মথোং ৪ পান্বা থুমোক তাইকরুচিংবনা উপ্পা চাক য়েনসাং চারোইদবনি ॥ মরম অদুনা কংলৈপাক্কী ঈপা ঈপুসিং অদুনা চাগুপ থুমোক খোঙনাইদবী হায়দুনা মথোঙ পান্দবা অকোযবা চাক য়েন্সাং কুপ্পবা অমা তোঙান্না সিজিন্নরম্লিবসিনি ॥ নত্রগনা ফি অসেংবনা সাজিন্নরম্মী ॥

(৪) মীগী করাংদা লিৎপা, মীবু কান্দুনা চৎপা, মীনস্থ মসাবু কান্দুনা চৎখিবা, মীগী মীনু চংবা থবক তৌবা পুন্নমক থোকহল্লোইদবনি ॥

(৫) চারগা চাই হায়বা তুরগা তুই হায়বসি মিংথৈবু কনগে থব্বা মীওই পুন্নমক্না তৌবিগদবনি ॥ মীওইবা হায়বসি লান্দবা ঙমদে, মুক্লান লাল্লরোই হায়বসি লৈবা য়াররোইদবনি, বাহৈতনি ॥ সোয়দুনা লাল-লুরবদি হায়দোক্লগা কোকই ॥ অসুম্না চুমথ্রিং চৎপা অতিংবা পুক্নিং নত্রবদি মিংথৈ অসিগী মতীক ময়াই চপ চানা ফংবা ঙমদে ॥

(৬) মিংথৈ অসিবু পিবিখিবা লাই সনামহী, ইহান হাল্লা ফংজহোবা পাখঙবা অনিবু অসাওবদগী চৈবা-ঙাংবা অকায়বা বাহৈ সিজিন্নবা তৌ-রোইদবনি ॥

(৭) মিংথৈ পিবিরিবা মাইচৌ নত্রগা মিংথৈ পীবা অদুবু চৈবা, হুন্দুনা ঙাংবা, থকসি-থাসি কায়না চৎপা তৌরোইদবনি ॥ মদুনা থাজবা পুন্নমক মাংখিদুনা ফংঙমদবা মতীক ময়াই কয়া থাঙথক্তা মাঙখিগনি ॥

(৮) লাইনিংলোই অহেন্বসিংবু থাজবা, অহল লমলবু লাই ওইনা থব্বা, মমা মপাবু অহানবা মিৎনা উবা লাইনি থনবা মথাগী অঙাং নহা-সিংবু ঈচাগুম্না মুংসিবা অদুগুম্বা মীসিংদি মিংথৈগী পান্দম লায়না ফংই ॥ "সিংতাপুং" কৌবা পুয়াদা মতাং অসিবু—"মলুপু থাচপা, মথককী অহলপূ লাই ওইনা নিংপা, মমা-মপাপু অহালপা মলুনে

## (vi) মিংখৈবু সিজিন্নরোইদবা মতাংসিং

মিখৈ অসি সিজিন্নরোইদবা তৌহৈদবা মতাং কয়া লৈ ॥ তৌ-হৈদবা মতাংসিংগী মনুংদগী মখাগী অসিনা অথোইবনি —

(১) অনিংবা পান্দম অমা য়াওদনা অরেম্বদা মিংখৈসি হায়বা

(২) লাইমিং লৌদ্রিবা মী অমনা চিনবা পুরগা অতোপ্পা মীদা লাইমিং পিবা

(৩) লাইমিং লৌদ্রিবা মীনা মচীলদা লাউনা লাউনা মিংখৈ অসিবু হায়বা, ঙাংথোকপা

(৪) লাইমিং অসি লৌদ্রিঙৈদা অতোপ্পা সনামহী লাইনিংগী লাইরোলসিং সিজিন্নবা

(৫) লাইমিং-মিংখৈ অসিগী মতীক ময়াই অসিবু ফত্তবা হিকাপ য়াইকাপ্পা সিজিন্নবা

(৬) মিংখৈ অসিবু লম্নাই ওইজ ওইথক্কী লম্নীদা সিজিন্নবা

(৭) মিংখৈ অসিবু অতোপ্পগী মাঙনবদা সিজিন্নবা ॥

হায়রিবা মওংসিং অসিদা সনামহী লাইনিংগী লাইমিং মিংখৈ অসিবু সিজিন্নরবদি সিজিন্নরিবা মীসক অদু খাঙথক্কা মাঙবা হায়বদু ওই॥ মরম অদুনা মতাং চাদবা মফমদা মিংখৈ অসি কাংলোন লান্না সিজিন্ন-রোইদবনি ॥

## (vii) মিংখৈবু অচংবত্তা ওইহল্লা লৈহনবা ঙাক্কদবা কাংলোন

য়াইথীলেল মিংখৈ হায়বসিদি মথোবাই ৫ তুবনি, লাইমিং অসিগী মনুংদা তৌলমিং ৫ লৈবনি, মমিং হাপ্পুনা থোবাই পাবা অমগুম্না মিংখৈ লৌরিবা লাইনিংলোই অদুগী মসাদা হিংহুনা "অচংবা মিংখৈ" হায়বহু ওইনা লৈ ॥ মিংখৈ অসিবু খুদ্দিচুক্কা সিহল্লোই, অচংবা মিংখৈ অমুম ওইহনগে হায়রবদি মখাগী মরু ওইবা "খারমোন-পক্সি" অসি ঙাক্কদবনি ॥

(১) মিংথৈ ফংলবা লাইনিংলোইনা পোল্লাংখোক-ফিয়ানখোক মথা লিংলোইদবনি, সংবল-কোম্বোং-সেবোং-মাইরেল মরী চংপা অচৌবগী মথাদা লিংতুনা চংলোইদবনি ॥

(২) থাংথৈ মরুম, থোংজিল মরুম, মীরুমদা চাবা থকপা তৌরোইদবনি ॥

(৩) মখোং ৪ পাম্বা থুমোক তাইরুক্লচিংবনা উপ্পা চাক য়েনসাং চারোইদবনি ॥ মরম অদুনা কংলৈপাক্কী ঈপা ঈপুসিং অদুনা চাঙ্গপ থুমোক খোঙনাইদবী হায়দুনা মখোঙ পান্দবা অকোযবা চাক য়েন্সাং কুপ্পবা অমা তোঙাম্না সিজিন্নরম্লিবসিনি ॥ নত্রগনা ফি অসেংবনা সিজিন্নরম্মী ॥

(৪) মীগী করাংদা লিংপা, মীবু কান্দুনা চংপা, মীনস্থ মসাবু কান্দুনা চংখিবা, মীগী মীমু চংবা থবক তৌবা পুম্নমক খোকহল্লোইদবনি ॥

(৫) চারগা চাই হায়বা হূরগা হূই হায়বসি মিংথৈবু কনগে থম্বা মীওই পুম্নমক্না তৌবিগদবনি ॥ মীওইবা হায়বসি লান্দবা ঙমদে, সুক্লান লাল্লরোই হায়বসি লৈবা য়াররোইদবনি, ব্রাহৈতনি ॥ সোয়দুনা লাল-লুরবদি হায়দোক্লগা কোকই ॥ অসুম্না চুমথ্রিং চংপা অতিংবা পুক্রিং নত্রবদি মিংথৈ অসিগী মতীক ময়াই চপ চানা কংবা ঙমদে ॥

(৬) মিংথৈ অসিবু পিবিখিবা লাই সনামহী, ইহান হাম্না ফংজহৌবা পাখঙবা অনিবু অসাওবদগী চৈবা-ঙাংবা অকায়বা ব্রাহৈ সিজিন্নবা তৌ-রোইদবনি ॥

(৭) মিংথৈ পিবিরিবা মাইচৌ নত্রগা মিংথৈ পীবা অদুবু চৈবা, হুন্দুনা ঙাংবা, থকসি-খাসি কায়না চংপা তৌরোইদবনি ॥ মদুনা খাজবা পুম্নমক মাংখিদুনা ফংঙমদবা মতীক ময়াই কয়া থাঙথক্তা মাঙখিগনি ॥

(৮) লাইনিংলোই অহেৎসিংবু থাজবা, অহল লমলবু লাই ওইনা থম্বা, মম্না মপাবু, অহানবা মিংবা উবা লাইনি খনবা মথাগী অঙাং নহা-সিংবু ঈচাঙ্গম্না হুংলিবা অদুগুম্বা মীসিংদি মিংথৈগী পান্দম লায়না কংই ॥ "সিংতাপ্পুং" কৌবা পুৱাদা মতাং অসিবু—"মলুপু থাচপা, মথককী অহলপু লাই ওইনা লিংপা, মম্না-মপাপু অহালপ্পা মলুনে

হায়না নিংপা, মখাকি নহাপু মচা ওইনা নিংপা, মী অফপা অতুনা খঙ্‌কতনে॥" অমুম্না মীথোই মীহেনবা তাল্লিবা মী অফবা মীসিংগী অচুম্বা লম্বেলবু সিংথারম্মী॥

(৯) লাইনিংলোই অমনা মাযাই কম্বা, ময়াই কাবা পোৎ সিজিন্ন-রোইদবনি॥

(১০) মীগী মাঙনবা তৌরোইদবনি॥

(১১) চাক লুখাক চাবা, অপুন-অসা চাসিনবা, যত্তবা মফমদা চাবা থকপা, চজিক চনাই ত্রোয়না সিজিন্নবা থাদোক্কদবনি॥

(১২) কমুংদা পোৎচৈ-লুখাক তানা চাবা-থকপা তৌরোইদবনি॥

(১৩) মুংদা দা সোকপা ঈসিং, মুংদাংদা হেকপা পোৎচৈ মনা মসীং, মুংদা মথুন হা দোক্কুনা পুরকপা চাক য়েন্সা অসি সিজিন্নবোই-দবনি॥ তঙাই ফদবা মতমগীদমক্তদি ফত্তবা-ভোথিব। কোকথোক চাম-থোক্লবা লাইরোল লৈ, কাংলোন লৈ মহু খঙজিল্লগা হান্নবা কোকথোক্ক-দবনি॥

(১৪) লাংফম ফত্তবা ঈমুংগী পোৎ চৈ থাদোকপা, য়েলহিং থাবা, উসিল ঙা নচিংবা চাবা থকপা তৌরোইদবনি॥

(১৫) অরাম খৌরাংবনা থাঙবা ঙমদ্রবা মীওইসিংগী মমাংদা সরুক থরদং খাইদোক্কুনা পিবা তৌরমদনা মীমু চংনা পোৎচৈ চারোইদবনি॥

(১৬) ওক্কবা লীচৎ সাজৎ চৎপা মুপা মুপীগী মসা-মউ, ফিরোল সোরু পম্নবা, সিজিন্নবা তৌরোইদবনি॥

(১৭) মসিগী মমুংদগী খ্বাইদগী মরু ওইবদি মুমিৎ থুদিংগী মিংথৈ অসি ঊন্নাইহুনা নোংমগী পুন্সিরোন সাজেলদা য়াওজহনা লৈরিবা অম্নিদি কায়হন্দনা হেক্তা লৈরম্বা মফমতুমক্কদা বাহৈনা নত্রগা পুক্কিংনা নিংসিংবা হায়বসি তৌদবা য়াত্রবা অমনি॥ নত্রবদি মিংথৈবু ভত্তনা খৌবাই-মি হৌদোকত্রবদি মজীক ময়াই মাঙলকই॥

(১৮) মিংথৈবু কুইনা প্লাদোকলুবরদি লৈমরেলগী সাইওন্না ওয়া মিংথৈনা অমুক হন্না হোদোকহনা মিংথৈগী মতীং হোদোকপরবনি ॥

(১৯) মপুরোইবা লৈবী নুপীদা মিংথৈং চুমহনবা তৌরোইদবনি ॥

(২০) খবাংন্না লেংপা, খোঙ, তৈথোক্কবা ফিনা কোক্তা য়েংপা তৌরোইদবনি ॥

(২১) তোকনিংকোক, লোম্বা, মখ্যাংবা, ফকপাই চারোইদবনি ॥

(২২) নুপী ঈশ চিংহনা ঙা ফারোইদবনি ॥

---

# (৮)

## মিংথৈ সিজিন্নবগী লম্বী—৭

মিংথৈ হায়রিবা অসি সিজিন্নবগী লম্বী কয়া লৈ ॥ সনামহী লাইনিং চৎপসিংনা মিংথৈ অমবু থৰী ৭ থোক্না সিজিন্নরম্মী ॥ লম্বী ৭ মক অসি মিংথৈ অহুগী মতীং অহু ফংননবা, মতীং অহুনা পুন্নিংগী চীক য়েনা লৈতোখিনবা অমসুং মথং মথং য়োথখিহনা তাইবং পান্থা মপুগী মসক খঙনবগী পাম্বৈ ওাকনি ॥

করিগুম্বা অমা খঙবা-উবা-তাবা-ফাওবা হায়বসি অচম্বা ঈতাউ তাউবা, তুরেলগী কৌসিং অমনা ঙৈহাক্তং তাউথরম্বা অহুগুম্বা নত্তে ॥ খুদম ওইনা (১) জীওইবগী নাকোংনা মিংথৈ অমগী ময়েকশিংগী অচুম্বা খোঙ্খোক অহু ইম্লান হায়া তায়—মথংদা নাকোংবগী নাগী জীলসাজা (ওল্‌ফিতোরি নার্ভ) খোক্কেনা অহুবু ক্যাজিন্দুনা পুরকই—নাকোংবা ঙৈরা খোক্কেনগী ঈথক অহুবু বাকোনপুং মপুংদা (ব্রেইন মপুংদা) তৈরা (২) নারীগী য়াফম-থাংফম (ওল্‌ফিতোরি নার্ভ সেন্তর) অহুনাকুরক—

হায়না নিংপা, মথাকি নহাপুমচা ওইনা নিংপা, মী অফপা অতুনা খঙ্কতনে।।" অসুম্না মীথোই মীহেনবা তাল্লিবা মী অফবা মীসিংগী অচুম্বা লম্বেলবু সিংথারম্মী।।

(৯) লাইনিংলোই অমনা মায়াই কম্বা, ময়াই কাবা পোৎ সিজিন্নরোইদবনি ।।

(১০) মীগী মাঙনবা তৌরোইদবনি ।।

(১১) চাক লুখাক চাবা, অপুন-অসা চাসিনবা, যত্তবা মফমদা চাবা থকপা, চজিক চনাই হৌয়না সিজিন্নবা থান্দাক্কদবনি ।।

(১২) ফমুদা পোৎচৈ-লুখাক হানা চাবা-থকপা তৌরোইদবনি ।।

(১৩) মুংদা দা সোকপা ঈসিং, মুংদাংদা হেকপা পোৎচৈ মনা মসীং, মুংদাং মথুন হা দোক্নুনা পুরকপা চাক য়েন্সা, অসি সিজিন্নরোইদবনি ।। তঙাই ফদবা মতমগীদমক্তদি ফত্তবা-হৌথিবা কোকথোক চামথোক্নবা লাইরোল লৈ, কাংলোন লৈ মতু খঙজিল্লগা হান্ননা কোকথোক্কদবনি ।।

(১৪) লাফম ফত্তবা ঈমুংগী পোৎ-চৈ থাদোকপা, য়েলহিং থাবা, উসিল ঙা নচিংবা চাবা থকপা তৌরোইদবনি ।।

(১৫) অরাম খৌরাংবনা থাঙবা ঙমদ্রবা মীওইসিংগী মমাংদা সরুক থরদং থাইদোক্নুনা পিবা তৌরমদনা মীমু চংনা পোৎচৈ চারোইদবনি ।।

(১৬) ওক্তবা লীচৎ সাজং চৎপা মুপা মুপীগী মসা-মউ, ফিরোল সোক্ন পম্নবা, সিজিন্নবা তৌরোইদবনি ।।

(১৭) মসিগী মনুংদগী খ্বাইদগী মরু ওইবদি নুমিৎ খুদিংগী মিংথৈ অসি ঔরাইহুনা নোংমগী পুন্সিরোন সাজেলদা য়াওজহুনা লৈরিবা অসিদি কায়হন্দনা হেক্তা লৈরম্বা মফমতুমক্তদা বাহৈনা নত্রগা পুক্লিংনা নিংসিংবা হায়বসি তৌদবা য়াত্রবা অমনি।। নত্রবদি মিংথৈবু তত্তনা খৌরাই-মি হৌদোকত্রবদি মতীক ময়াই মাঙলকই ।।

(১৮) মিংথৈবু কুইদা খাদোকলুরবদি লৈমরেলনা সাইওন ওনা মিংথৈনা অমুক ইন্না হৌদোক্কনা মিংথৈগী মতৌং হৌদোকদবনি ॥

(১৯) মপুরোইবা লৈবী নুপীদা মিংয়েং চুমদবা তৌরোইদবনি ॥

(২০) খ্বাংদা সেংপা, খোঙ, তৈথোক্লবা ফিনা কোক্তা য়েংপা তৌরোইদবনি ॥

(২১) তোকনিংকোক, লোম্বা, ময়াংবা, ফকপাই চারোইদবনি ॥

(২২) নুপী ঈল চিংদুনা ঙা ফারোইদবনি ॥

---

# (৮)

## মিংথৈ সিজিন্নবগী লম্বী—৭

মিংথৈ হায়রিবা অসি সিজিন্নবগী লম্বী কয়া লৈ ॥ সনামহী লাইনিং চৎপসিংনা মিংথৈ অমবু লম্বী ৭ খোক্তা সিজিন্নরম্মী ॥ লম্বী ৭ মক অসি মিংথৈ অহুগী মতৌং অহু ফংননবা, মতৌং অদুনা পুক্নিংগী চীক য়ৌনা লৈত্তাখিনবা অমসুং মথং মথং য়ৌখিদুনা তাইবং পান্বা মপুন্না মসক খঙনবগী পাম্বৈ ঙাক্তনি ॥

করিগুম্বা অমা খঙ্বা-উবা-তাবা-ফাওবা হায়বসি অচম্বা ঈতাউ তাউবা, তুরেলগী কৌসিং অমনা তৈহাক্তং তাউথরম্বা অহুগুম্বা নত্তে ॥ খুদম ওইনা (১) মীওইবগী নাকোংনা মিংথৈ অমগী ময়েকসিংগী অচুম্বা খোঙ্হোক অহু ইহান হান্না তায়—মথংদা নাকোংদগী নার্ভ শীলসাংদা (ওদিতোরি নার্ভ) খোঙ্জেল অহুবু ফাজিন্দুনা পুরকই—নার্ভদা লৈবা খোঙ্জেলগী ঈথক অহুবু ব্রাকোনপুং মনুংদা (ব্রেইন মনুংদা) লৈবা (২) নারৌগী য়াফম-থাংফম (ওদিতোরি নার্ভ সেন্তর) অহুনা তায়—

মায়ীগী য়াফম্না তাবিবতু (৩) পুক্লিংনা অমুক তায়—পুক্লিংনা তারিবতু (৪) ঐহাক কৌবা মীওইবগী য়াইবীনা অমুক তায— "ঐহাক" কৌবা য়াইবীনা তাবিংসিবু (৫) অচৎবা হায়ন্তুনা মীওইবগী পুক্সিদা লৈরিবা "সনামহী" কৌবা হকচাং কাংলোন অসিবু "লৈরক সাথৌবা" ওইন্তুনা থৌন্তুনা চৎলিবা য়াইবীরেন অসিনা অমুক হন্না তায—যাইবীরেন্না তারিবা খঙলিবা পুম্নমকপু তেংবাম্বু পুরিবা মতীক মযাইনা মপান নাইখিদ্রবা, হৌবা লোম্বা নাইখিদ্রবা (৬) "অমা কৌবা মপু" হায়না পুয়ানা সিংথারিবা সিদবা মপুনা অবোইবদা খঙই ॥ মপুদি খঙদবা-উদবা লৈতে, অখঙবা হায়ববু মপু সিন্নবনি হায়না সিংথারিবসি মবম অসি লৈবননি ॥

মথক্কী মরমসিং অসিনা মিংথৈ অমবু সকপা সোনবা সিজিন্নবা হান্নবসিদা ইহান হান্না য়োৌদবা য়াদবা মফমসি মীওইবগী পুক্লিং অসিনি ॥ মসিমতং হান্না য়োৗব্রবদি, পুক্লিংগী চীক ফংন্তুনা মথং মথং মহৈ: য়ানবা ঙম্নকই ॥ মসিগীদমক "পুক্লিংনা য়োৗরবদি ইয়ৌ য়োৌই" হায়না লাইনিংলোই পুরেনসিংনা হায়নরক্লি সিনি । সনামহী লাইনিংদা চৎনয়ম্লিবা মিংথৈ সিজিন্নবগী লম্বী ৭ মঙ অসি পুক্লি হান্না য়োৌনবা, পুক্লিংগী চীক ফংলগা মথং মথং মহৈ: য়ানখিনবা পাম্বৈ ঙাক্তনি ॥

## (i) মিংথৈ সিজিন্নবগী অহানবা লম্বী

### ( লৈ—লাংবা )

মিংথৈ সিজিন্নবগী অহানবা লম্বীদি— লৈতোম্না লৈয়াইনা লৈয়েংনা থৎন্তুনা লেং-ওন্তুনা মিংথৈগী চৈখন, খোলহায়, অমিঃহান্না কায়হন্দনা খোল থোক্না সোম্বা অসিনি ॥ অন্নম্না মীওইবগী লৈতোন-লৈয়াই-লৈয়েংগী পাম্বৈনা মিংথৈ অমা সোম্বু "লৈ-লাংবা" হায়না কৌই ॥

মীওইবগী লৈতোন্দা ঈয়েক লৈমা লাইরেম্বীনা ফমহেংই, লৈমাইদা লাইখুরেম্বীনা ফমহেংই, লৈরেংদনা লাইনৌতাবীনা তোংই ॥ অসিগুম্বা মীওইবগী লৈনা শংতুনা লেং-ওংতুনা লাইরেম্বী অহুম্মকপু হৌদোক্তুনা মিংথৈ সোনববু লৈনা + মিংথৈবু + লাংই হায়বগী — লৈ + লাংবা = লৈ-লাংবা কৌই ॥ অমাইবা অমাইবীনা কাংলোন চুম্না লাইগী মিংথৈ সোল্লিবসি লৈ-লাংবা অশেংবনি ॥

খণ্ডজিনগদবা—য়াইপীলেল মিংথৈগী ময়েক ৫ অসিবুসু মঙং অসিদা লৈ-লাংই, সোল্লি ॥

## (ii) মিংথৈ সিজিন্নবগী অনিসুবা লম্বী
## (সিংয়েল লৈরাং কংপা)

মিংথৈ সিজিন্নবগী অনিসুবা লম্বীদি—লৈনা লেং-ওত্তুনা মিংথৈ অমবু লাংবা অতুগী মহুৎ সিন্দুনা সিংয়েল লৈরম ৭না কংকনি ॥ অসুম্না মীওইবগী লৈবু সিংয়েল লৈনা মহুৎ সিন্দুনা লাংববু "লৈ-কংপা" কৌই ॥ মীওইবগী লৈয়েংগী মহুৎ সিন্দুনা লাংই হায়দুনা "লৈরাং" হায়নসু কৌই ॥

খণ্ডজিনগদবা :—য়াইপীলেল মিংথৈ অসিবুসু লৈরম ৭ না মহুৎ সিন্নগী কাংলোম্না থোগল্লি ॥ খম্বনা মোইরাং কংলৈরোন্দা লৈরম ৭ হেক্তুনা লৈ-লাংথিবদু মিংথৈবু থোগম্বনি ॥

মীওইবনা মপুম্ব নিংসিংলক্লবা মতমদা মিংথৈ সোম্বতনা পুক্লিংগী ইহুল অদু মপুং ফাহন্বা অসি মীপুম খুদিংনা তৌবা ওম্মদে ॥ মীচম লাইবু নিংজবা কয়াম্না মক্কমদি তাইবংপাম্বদা সাংলিবা লৈসিং অসিবু মীওইবগী থম্মোয়না অমুকী মতীক পামজবা, কজববু কল্লকচবা, চিম্লিংবা অসি লৌসিন্দুনা নিংথিবা লৈবু মপুগীদমক ফমহনা কংনিংলকই ॥ অদুম্না তাইবংমীগী লৈয়েংনা থত্তুনা মিংথৈবু লাংজবগী মহুৎ লৈনা মিন্দুনা লৈরম ৭ সুনা কংলি ॥ মীয়ামগীদমক থাংজিং লাইদা খম্বা নোংবাম্না

লৈ লা-লিবসিনি—ইসৈয়ৈ মকোক, লৈরোয় হৌবা চাণ্ডুনা লৈপাক চাক্লোন্দা চংনরম্লিবসি মরম অসিননি ॥

## মিংথৈ সিজিন্নবগী অহুমসুবা লম্বী
## ( হৈ-চিম্বা )

মিংথৈ সিজিন্নবগী অহুমসুবা লম্বীদি—নিংসা হোল্লিবা, চিংসিন্না থাদোকপা, লেপ্পা, থিংবা, খাইবা হায়নুনা মীওইবগী থৌরাইনা লৈরিবমথৈ হঙ্গং হন্দা চংলিবা নিংসা-ফিথুপসিং অসিনা মপুগী মিংথৈ ওইনা নিংসিংববুনি ॥ তাইবংপাম্বা মপু অমা লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্বদি মীওইবকনি, মীওইববু লাইগী মচৈ; কৌই ॥ তাইবং সেম্লকপগী মচৈঃ যাম্বা হায়বসি মীওইবা ফাওরকপা অসিনি হায়না "রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক" পুয়াদসু ইরি ॥ নিংসা হোল্লবা মতমদতা মচৈঃ য়াম্বা অচংবা হায়বতু ওই ॥ মরম অদুনা-হোল্লিবা "নিংসা" অসিবু "হৈ" কৌই, "হৈ" না মীওইবগী হকচাংদা সান্নদুনা, হিংদুনা লৈববু সনামহী লাইনিংদা "হৈ-চিম্বা" হায়না কৌই ॥ হৈ চিম্ববু "হৈ-লাংবা" হায়নসু কৌই ॥ হৈ-চিম্বগী ফিথুপ ৭ লৈ ॥ হৈ-চিনলোন ৭ অসি মপুনা তাইবং মীগী হকচাংদা থৌবাইরেন ওইনা চংদুনা লৈরিঙৈ মথৈ ওই-থোকপনি ॥ মরম অসিগীদমক নিংসাগী ফিথুপ ৭ অসিনা মপু সিদববু নিংসিংবনি ॥ নিংসা লৈত্রবদি থৌবাইসু লৈত্রে, মপান থোকখি ॥ মস্তিবু "য়াইবী পল্ল চোংবা" কৌই ।

খওাজিনগদবা—য়াইপীলেল মিংথৈ অসিগী ময়েক পুম্নমক নিংসাগী ফিথুপতনা চিংসিন্দুনা নিংসিংই হৈ-চিল্লি" হৈ-লাংই ॥ লৈয়েংগা পুন্না "হৈ-লাং লৈ-লাংবা" কৌই ॥

## (iv) মিংথৈ সিজিন্নবগী মরিস্নুবা লম্বী
## ( হৈ-কৎপা )

মিংথৈ সিজিন্নবগী ৪স্নুবা লম্বী—নিংসানা হৈ-চিন্নবু মহুৎ সিন্দুনা তাউজিং হৈ-রম ৭ না মপুদা লাংদুনা নিংসিংবা অসিনি॥ তাইবং মী ওইনা মহৈঃ য়াল্লে খঙনরিবা নিংসা হৈবম ৭ অসিগী মহুৎ তাউজিং হৈনা সিন্দুনা মপুদা লাংজববু "হৈ-কৎপা" হায়না কৌই॥ লৈরম ৭ কৎপগা হৈরম ৭ কৎপগা মিংনা উনা পুন্না লাংজববু "হৈ-কৎ লৈকৎ তম্বা" হায়না লাইথৌ তৌবদা খঙৈ॥

মীওইবগী পুক্লিংনা মসীন ফবা-মহাউ লৈবা তাউজিং হৈ কয়াবু উরগা হেকনিংই, তংনিংই, ফজবা-অহাউবদুবু কল্লকই, পামজৈ॥ অদু-গুম্বা পুক্লিংনা তাজবা তাউজিং হৈবু উরগা তাইবং মীওইবনা নিংজরিবা মপুদা কৎনিংলকই, কৎচরগা পুক্লিংদা পেঞ্জে, খোইদাই॥ মরম অদুনা কংলৈপাক্কী ঈপা ঈপুসিং অদুনা নিংসা হৈরম ৭ পু মহুৎ সিন্দুনা নিংসা কাংলোন খঙজদবা লাইবু নিংজবা মীচমসিংনা তাউজিং হৈরম ৭ কৎপগী কাংলোন হৌদোকখি॥ মতুদগী অফংবা হৈরম্না মসিং স্নুত্রবস্থ মপুবু নিংসিংবা চৎনরকই॥

সিংখুম লম্বী তাল্লকপা মতমদা নিংসা ফিথুপ পুম্নমক থুপচিল্লম-দাইদা অঙাং ওইরিবৈদা মপুনা সিন্নবিরকপা "নাউরা-পীরেন-হৈ" অদুবু অমুক নৌহৌনা নিংসিংলকলিবা অসি মরম অসি লৈবননি॥ তাইবং পুন্সিদা মপুনা হেক সিন্নদুনা পিবিরকপা পুম্নমক্কী নিংসা হোল্লিবা অসিনা খাইমক্কী অথোইবনি॥ অসিগুম্বা খাইদগী অথোইবা অচংবা তাইবং ওইহল্লিবা "নিংসা" তাইবং পাম্বগী "মহৈ" য়াল্লরিবা অসিবু পীরকপগী + লেল ওইবা + হৈনি হায়দুনা = পী + রেন + হৈ = "পীরেনহৈ" কৌই॥ অঙাং নাউরা ওইরিবৈদা সিন্নরকপনি, খঙবা ঙমদ্রিবৈদগী চিল্লক্লবা নিংসানি হায়দুনা "নাউরা পীরেন-হৈ" কৌবগী বাতনি॥ অদুনা হৈরম ৭ পু মহুৎ সিন্দুনা নাউরা পীরেন-হৈ বু সিংখুম লম্বী থারকপদা য়াওবনি॥

খণ্ডজিনগদবা ঃ—য়াইপীলেল মিংথৈ অসিবুস্থ থৈ-চিন্নগী মহুৎ সিন্দুনা তাউজিং হৈরম ৭ কৎনা মপুবু নিংসিংগনি ॥ মসিবু থৈ-কংপা কৌই ॥ তাউজিং হৈনা নিংসা-হৈরমগী মহুৎ সিন্না লাংই হায়বগী "হৈরাং" হায়নস্থ কৌই ॥ মিংথৈগী মহুৎ সিন্দুনা তাইবংমীগী মহৈ নিংসানা ওইববু নিসিংতুনা হৈরম ৭ না নিসা ফিথুপ ৭ পু নিংসিংতুনা কৎকনি ॥ অস্তুম্না মীচম লাইবু নিংবসিংনা নিংসা-ফিথুপকী কাংলোন খণ্ডনবস্থ তাউজিং হৈরাংতনা মপুবু নিংসিংনরম্মী ॥

## (v) মিংথৈ সিজিন্নবগী মণ্ডাসুবা লম্বী

মিংথৈ সিজিন্নবগী ৫ সুবা লম্বীদি—ঈসৈ ওইনা সৈথাড়ুনা সকপা অসিনি ॥ মিংথৈবু ঈসৈ ওইনা সকপগী লম্বী অসিবু "মিংথৈ সকপা" হায়না কৌই ॥

পেনা সকপনা সক্লিবা লাইরোল, লাই হরাউবদা সক্লিবা অমাইবীগী ঈসৈ কয়াদা মিংথৈ সকপা যাওরি ॥ মতু মিংথৈ সকপা হায়বতুনি ॥

খণ্ডজিনগবাঃ—অতুবু "হা-হুং, হৈ-হে-হিং" হায়বা য়াইপী-লেল মিংথৈ অসিদি খোলহায়গী খোলফম ৭ অতু থুগাইতুনা ঈসৈ ওইনা সকতোকপা য়াদে ॥ ময়েক ৫ অসি পুম্না ঈসৈ ওইনা সকপা তৌহৈদে, লাইমিংগী মথৌরাই-মমিঃ চোইথোকই, মিংথৈগী মতীং মাওথি ॥ য়াইপী-লেল মিংথৈদি থোরাই পাম্বা অমগুম্বনি, চোইথোকহৈদে ॥

লাইমিং-মিংথৈ অসিগী মহুৎ সিন্দুনা ফোংনা খোলহায় খোলফম ঈসৈ ওইনা পুথোক্তুনা সক্তোকপা য়াবদি—"হে থৌরাই ৫ মক, মন্থু মিগা থানা ৬য়ক থৌরাই হাম্চৎনক্লে, মিরেল হাম-ফোইনক্লে ॥"—হায়বসিনি ॥ লাইরোল অসি য়াইপীলেল মিংথৈগী অকোংবা সক্তম্নি ॥ মসি ওইনা ঈসৈদা সকনি ॥ থাবল লীরোল সকপা, থাবল চোংবা, লাইরেল মথেক চংপা লোইরকপদা ! মিকোন থাগোনবদা মিংথৈগী মহুৎ মসিনা সিন্দুনা সরৈ ॥ অকোংবা মিংথৈ অসিগী লাইরোল

অসি নত্তনা লাইমিং মসামক ওইনা ঈসৈ সকতোকপা য়াদে কৈদৌ-কৈদসু তৌরোইদবনি ।। মসি ঈপা ঈপু হাকথক্কী তৌহৈদে হায়দুনা তৌনরকতে ।।

## (vi) মিংথৈ সিজিন্নবগী তরুকসুবা লম্বী ( মিংথৈ-হীরী )

মিংথৈ অমগী ৬ সুবা সিজিন্নবগী লম্বীদি—পুক্লিংতনা খোল খোকহন্দনা, নিংসাগা মরী লৈনহন্দনা নিংসিংবা অসিনি ।। সুপ্নগী পুক্লিংতনা চীক ফংনা মিংথৈবু নিংসিংজবা অসি "মিংথৈ-হীরী" হায়না খঙৈ ।। কাংলোন নাইনা পুক্লিং লাকসিন্দুনা সান্নবগী মরোল্দুনা "হীরী কোম্বা" হায়না কৌই ।।

লৌরেম্বা খোংনাংথাবা চিংউনা লাইনিংথৌ সনামহীগী মিংথৈ অথোই-ববু হীরী কোম্বদা ঈসিং মথক্তা মৈ হোই হায়দুনা পুয়াদা ইরিবসি মিংথৈ হীরীগী ৬ সুবা লম্বী অসিনি ।।

খঙ্জিনগদবা—য়াইপীলেল মিংথৈ মসিসু মিংথৈ-হীরীগী লম্বীদা নিংসিংবা য়াই, মহৈঃ থুনা য়াল্লি ।। হীরীরোন অতুদি তোঙাল্লা তমগদবনি ।।

## (vii) মিংথৈ সিজিন্নবগী তরেৎ সুবা লম্বী ( মিংথৈ-সাজেল )

মিংথৈ সিজিন্নবগী ৭ সুবা লম্বীদি—মিংথৈবু পুক্লিংগী চীক য়ৌনা চিংসিন্দুনা, নিংসা কাংলোনগা লোইননা, হকচাংগী ফিথুপ-সাথুপ য়াওনা নিংসিংদুনা সান্নবা অসিনি ।। অসুম্না হকচাংগী ফিথুপ য়াওনা মিংথৈ সোববু "মিংথৈ-সাজেল" হায়না কৌই ।। সাজেল হায়বসি সাসেন=সা+সেনবা=হকচাং+সাবু+সেন্নবা হায়বসিদগী থোরকপনি ।। "রাচেৎলোন পাথুপ" পুন্নানচিংবদা মিংথৈ-সাজেলবু "সাসেল" হায়না সিংথারম্নিবসি মরম অসিননি ।।

লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা "হা-হুং, হৈ-হে-হিং" হায়বা য়াইপীলেল মিংথৈ অসিবু পুন্সিরোনগী সাজেল ওইনা সায়দুনা পুন্সি মহৈ: য়ানখি, মীরোন কয়া পুন্সিখি, মপুবু মসক খঙখি ॥

খঙ্‌জিনগদবা:—মিংথৈ সিজিন্নবগী ৭ সুবা লম্বী মিংথৈ-সাজেল হায়রিবা অসিগী মওংদা য়াইপীলেল মিংথৈ অসি সিজিন্নরবদি অমসুং ঔরাইরবদি পুন্সি মুংসাংবা পাম্বা, পুন্সি মহৈ য়াম্লিংবা, মপুবু হিংলিঙৈ পুন্সিদা মসক খঙনিংবা, তীং-য়াং চুম্না পুন্সিচুপ্পা লৈনিংবা, অয়ুক-মুংথিল-মুমিদাং অহুমদা মপুবু কাউদনা লৈবা পাম্বা লাইনিংলোইসিংনা মহৈ: লেপ্পা য়ানবা ওই। হকচাংগী ফিথুপকা, নিংসাগী ফিথুপকা সাগোম্নবা সেনবা সাজেন্না মিংথৈ অসিগী মতীং হাপ্লদসু মতেং পাংই ॥ নোংমগী মঙাং-লুবাং-খুমন মতম অহুম্বু কায়দনা সেম্বা সাজেল ওইবনা মিংথৈ অসিগী মথৌবাই মমিঃ মতম পুন্নমক্তা অচংবা ওইদুনা লৈহল্লি ॥

হায়রিবা মিংথৈ সিজিন্নবগী মওং৭ অসিগী মমুংদা ঈসৈ ওইনা সকপা অসিমত্তং সিজিন্নবা য়াদে ॥ লেমহৌরিবা ৬ অসিদি লোইনা সিজিন্নবসু য়াই অমমমতা নত্রগা খুংলোয়বা খন্না সিজিন্নবসু য়াই ॥ লম্বীসিং অসি তম্বা ঔরাইববু "লাইনিং লম্বী তম্বা" কৌই লম্বীসিং অসিবুনা অহাম্বা লাইনিং লম্বী" কৌই ॥ লাইনিং লম্বীদা ইহান হানবা থোঙ হাংবদি "লাইমিং লোবা" হায়বসিনি, অহানবা লাইনিং-কাংলোন হায়বনা "লাইমিং-কাংলোন" অসিবু খঙনরকই, মিংথৈ সিজিন্নবগী লম্বী ৭ অসিবুনা "লাইনিং-লম্বী-তরেৎ" হায়না সনামহী লাইনিংদা খঙ্‌নরকই ॥

সমপৎনা অসিবাইদা লোইজরে ॥

হা-হুং, হৈ-হে-হিং
হা-হুং, হৈ-হে-হিং
হা-হুং,-হৈ-হে-হিং ॥

**পুৰাম্বী লাইমিংবী লাইৰিকসিং :**

### যৌৱন পৱেং অমুবা

—খোকাচানবা

মমল লুপা ৫

এস: এন: পব্লিসিং হাউস, বিজোৱগোবিন্দ
ইম্ফাল—৭৯৫০০১।

---

### থমওই মাংওই সেকনিং

—এনজী: কাংজীয়া

মমল লুপা ৮

### সত্ৰীকু চৈৱাওবা

—এনজী: কাংজীয়া

মমল লুপা ৮

**মখংদা থোকলগনবা :**

### বাচেংখোন পাখুপ
( পুয়া )

—এনজী: কাংজীয়া

---

মুদ্ৰক : লুকমনি প্ৰেস, উৰিপোক ইম্ফাল-৪।